# লমজিংবা

কমদোম লোখোন সিংহ।

মক অইবগানি। অমল লুপা ২·৭৫ পৈশা।

কোংজবী :—

শ্রীমতি ইবেচা দেবী




অহানবা ফোংবা কপি ১০০০

ইংশোক ১৯৬৭, আগষ্ট।



অনম্বা :—

আইচঃ ইবোবী সিংহ।

সেবেন ইউনিয়ন্ প্রেস, পাউনা বাজার ইম্ফাল।



ফংফম :—

লাইরিক য়োনফম দুকান অয়াম্বম

শিংঙমত্রব লমন তোল্লবা
ফদোম মাধপ সিংহ
পন্থোগী খুয়া থম্বালদা কচ্চরি ॥

লোখোন সিংহ
তাং ১৫ । ৭ । ৬৭ ইং

# হৌরকফম

ঘড়ী পিল্লবা খুঙ্গংনি। মাইকৈ মরিমক্তা লৌবুক লমহাংনা কোইশীল্লি। ইম্ফাল সহরগী নিল-খোংবা পামজদবা, অশেংবা মুংশিৎ ফংবা মফমনি; চীকই অমস্তুং ফজে। খুঙ্গংগী মীপুম অয়াম্বা পুক্লিং মকা লাম্না লৈবা উই। কুম অমগী লৌ-ইখোলদগী লোকচরকপা মহৈ মরোংনা, কনা অতোপ্পা লমদস্তু শিল্লংউবা লৈতনা লেনজবা মীওই ঙাক্তনি। মহৌশানা লমদম অসিগী অন্নাৎপা করি অমতা লৈতরবস্তু, চাওখৎপগী থাক অসিমদি হৃস্থনা লৈরমই। অহল লমনশিংনা লাইরিক নিংথীনা তম্লক্তে। হৌরক্লিবা নহারোলশিংদস্তু মহৈ মশিং তমহনবগী খুজিন থৌরাং অসি তৌরমদে, লাইরিক লাইশু হৈবনা চাওখৎপগী পাঙ্গলনি হায়বা অসি লৌমীশিংনা খংলমদে।

মীওইবগী পুন্সিদা মতম্না হেক হেক য়েংশীল্লি। চাওখৎপগী খোংথাংদা পিকখরবা খুঙ্গং অসিবু খক কাম্থোক্তুনা চৎখিবদি নত্তে। কনাগুম্বগী মতৌ উরগা, অমদি মপান থোক্ত থোকউরগা খংবা ঙম্লকই। মহৈ হৈবতনা পুন্সিগী কাম্নরবা খুংলাই অমনি। লৌমীশিংনা মমৈথংদা মহৈ তমহনবগী ৱাখল লাক্লে; অঙাংশিংবু লাইরিক তম্ফমশংদা থাবা হৌরক্লে। মথংদা ছাত্রশিংনা লমজিং ওইত্নুনা স্কুল, কমিটি অমস্তুং ক্লব লিংখৎলক্লে। মসিদস্তু মহৌ-শানী থেংনরক্তুবা অহলশিংনা থৌওইনা খনবিদবা কাংবুশু য়াও-দবা নত্তে। হিরম অসিদগী লাইরিক তম্বা কাম্রিঙৈদা ছাত্রশিংবু

ষনপোৎ খোইহনবা, কুম্লক্লগা লৌরাং শুহনবনচিংবা শিজিন্নৈ। ছাত্র ওইরিবা মশা মশানস্থু হৈনরকপা শিনফমদা থাদোকপা ঙম্মদহুনা ঙা ফাবনা ফাবা, খোই চোপ্পনা চোপ্পা, ফিবুন হাবি শান্নবনা শান্নবা অমস্থুং লৈবুং ফম্বনা ফম্বা ; অসিগুম্নবা মহৈদা পুক্লিং চংদবা উৎপা কয়াস্থু কোঙ্গাইনি।

পুন্সি হায়বসিমক্তি অব্লাবনি। মসি মপুং ফানবা হোৎনবদা তুরৈ-ঈরৈ থক চেন্দবদি নত্তে। সমাজগী মপুং হৌরকপা নহা-রোলনি। য়ুম্বালবগী মরু অঙাংনি। অঙাংশিংগী লমজিং মমা মপানি। মমা মপানা মচাবু থক হুংশিদবা ঙমদে। হুংশিবহুবু খুত্নম চনবা ঙমদবদগী মচা ওইবগী পুন্সিবু তখাই তখাই মাংহল্লি। ঘড়ীগী য়ুমথোং খুদিংগী ব্লারীবু কনানা লিহুনা লোইগনি। তাইবং অসিদা খংঙম উঙমদরবা কয়া লৈরি।

নিল্লগোপাল কোবা মীথোই মীহেল্লবা অমা লৈ। মাগী চহি নিফু তানখৎলক্লে। মাবু কোনবিরম্বা অহলমখৈ নোঙ্গাখরে। মখোইনা থম্বীরম্বা সমপ্তীনা মাগী ওইরে। মালেমদা মাগী অব্লাৎ-অপা লৈতরে। য়ুম-কৈ, লন-থুম, মরুপ-মপাং অমস্থুং নিপী-অঙাং শুনা লৈরে। পুম্নমক অসিগী মহুৎ শিনবদি মচা অনিগীনি। মাগী মচানিপানা অহলনি, রাজেশ্বর ; নিপীনা অনিশুবা মচানি সখী কৌই। হুংঙাইরবা য়ুম্নুংহুগী নাওশুমথক্তা অমনা হুমিৎনি অমনা থানি।

নিল্লগোপালনা খুঙ্গংগী লৌমীশিংগা খেৎনবা মওংদা লৈবশুম্না মাগী মচা অনিবুস্থু তোঙান্না থমনিংই। খুঙ্গংগী অঙাংশিংগী

মতৌত্থু খক তমহন্নিংদে। অদুবু মচানদি মমান্নবশিংগা শান্নমিন্নবা পামই। মরম অসিদগী মচাশিংগা নকশিন্ননা তিন্নবা অঙাংশিং-ফাওবা য়েংশিন্দুনা তিন্নহল্লোইদবগী থৌরাং লাংই।

খুঙ্গংগী এল, পি, স্কুলদা মতমচানা রাজেশ্বর অমসুং সখী লাইরিক তমহনবা হৌই। মথং মথং পরীক্ষা ওন্নক্তুনা হাইস্কুলগী থাক য়ৌরে। মতম অসিদা মণিপুর গভর্ণমেণ্টকী ওইবা হাইস্কুল মশিং য়াম্না লৈরমদে; মফমদুদা রাজেশ্বরগী ফমফম ফংদনুনা অতোপ্পা মরন্নাইগী ওইনা লিংখৎচবা হাইস্কুল অমদা মীং চন্দুনা ক্লাস সেভেন্দা তম্বা হৌরে। মতম অসিদা রাজেশ্বরগী চহী তরামঙা মপুং ফারে। অদুগা সখীদি তরা-হুমদোই চংলকপদা মঙাইরি। নিপীমচা অমা ওইদুনসু লাইরিক নিংথিনা হৈহন্নিংই। মশানসু থন্নাই য়াওনা মহৈ তমই। সখীদি ক্লাস সিক্স কারকপদা মঙাইরি। অঙাং ওইরিঙৈগী থৌদোকপু কনানসু শিংথানদবা ওন্নদে। মদুমক্লা পুন্সিগী ন্নাহৌদোক ওইনরিবনি।

লোখোন সিংহ

---

# লমজিংবা

## অহানবা মতাং

### মিং ককপা

ঙসিদি মেরা থাগী থাঙ্জিন্দা ঘড়ীগী খুঙ্গং অসি অশংবা ফৌনা মরক্তা চীং-লেম্না ঙাস্লোইরি। সন্ধ্যা য়াচংবা মতম ওইরক্লে। খুঙ্গংগী অনকপদা হৌবা খোংনাং পাস্বীশিংদা উচেক শঙ্গু শঙ্গু পাইশিল্লক্লে। শান্নফম লমহাংদগী অঙাংশিংনা হরাও তয়াম্না ময়ুম পাংনরক্লে। উপাল য়াপাল, য়ুম কৈ, ফুরা দলান, পাৎ তুরেল, পুখ্রি-খোংবান, লম্বী থোং অমস্তুং হৈকোল লৈকোল অপুম্বা অমম্বদা তিনখরে।

মতম অসিদা রাজেশ্বরদি মাগী মথক থংবা কাদা মপাবুং চখোকখিবা ঙাইহুনা লৈরি। নিল্লগোপালনা মখা থংবা কাগী মাঙ্গোলদা উখোং চৌবর অমদা ঙারহুনা হিদাক থক্লি। মরক মরক্তা তোংজে চিংবগী হিদাকফু মখোলস্তু তাহল্লি। রাজেশ্বরনা খোংথাঙগী মখোল থোকহন্দনা মখা থংবা কাদা কুমথরক্লে। অহুদগী ইমুংগী লৈমায়দা তপ্পা তপ্পা চৎপা হৌরক্লে। মিহুৎথোং তপ্পা হাংদোক্লক্লে অহুগা য়েংলকই; মহুনস্তু পুক্লিং তপথবা

ওন্নক্তরে। মমৈথংদা চাকশং তাক্না য়ুম্নুংগী লম্বীদা লাক্লে। চাকশংদু হেক য়ৌবগা মনিঙ্খোংদা চিংখরে। মরাইবক থিবনা খোংদু হাংদোকপদা 'গে ··· গে' হায়না খোঞ্জেল অমা অনি তারক্লে। চিংলমলিবা খুৎতু খংথা থাদোকই, শ্বরস্তু ঙৈহাক থিংই। তাঙ্গা অসিদা চাকশংদা মমা ইবেম্মা কুঞ্জমনিগা সখীগা চংলক্তুনা লেপ্লরে। রাজেশ্বরনা মপাবুং ওইরবোই নিংথৌনা খুম্নক কোক্তগী থগৎপা পাও অমা নিংদোলগী শিংলিদা য়ৈররে। মতম অসিদা সখীনা "পাবুং তাকউরগে" হায়রকই। রাজেশ্বরনা মখুৎনা তাকউদু হাইনা ইঙ্গিত পিরম্লগা থোংদু খংহাং হাংদোক্লগা অতুম্মক চেম্থোক-খরে। মচা অনিগী মতৌ অদু মমানা উরগা মুংশিন্দুনা নোকমি নোকমি তৌরিঙৈদা মপাল্লোমদগী নিল্লগোপালনা কৌরকপা তারমই—"রাজেশ্বর! রাজেশ —"

ইমুংদগী কুঞ্জমনিনা খুম্নকই—"শিদদি লৈতেয়ে।"

নিল্লগোপালনা খোঞ্জেলদু কল্লপ্পা হায়রকই—"থাদোকপ্রবদি কদাইদগী লৈগদগে।"

মতম অসিদা রাজেশ্বরদি কোম্থোং য়ৌখরে। অমুক শম্বরম্বা লৈতনা লম্বী ময়াদা লৈবা শঙ অমগী মমুংদা চংলক্লে। মদুগী মমুংদা উরে, মাগী মরুপ মনমুহোন ফম্লদুনা লৈরি। মনমুহোনগী মাংদা থাউমৈ লেমট্রেন অমা মৈরী পিক্লা লৈখরগা থাল্লি। মাগী মিৎফম অদু করিদা য়েংলিবনো হাইবদু রাজেশ্বরনা খিরক্লে। মমৈথংদা মদু খংলে— মনমুহোন্না য়েংলি, ফক্লাংগী অম্থোবা মরক থিদুনা থাবলগী মঙালনা লৈথরক্লিবশিং অদুবুন্নি। রসুল মাবা

থল্লিবা অত্তুদি রাজেশ্বরনা ঊশিল্লুবদা ল্লামা থোক্লে। অমুক ল্লা ঙাংঙ্ক্বা লৈতনা মনাক্তা কমথরে।

শঙ অসি মনমুহোনখোইগী কোম্বোং ময়াদা লৈবনি। মতুদা মবোকশিং থোকপা অহল ওইরবি অমনা পোং য়োল্লি। অহিংগী মতমদদি মফমতুদা মী লৈতবনা য়োক্লবা পোং চৈ মথৈ য়ুম্মুংদা থমগ্রবনি। মফম অসিদা পিংবা নহারোল মী কুম্না শাবা মরুপ অমগী তিন্নফম ওই। করিগুম্বা শঙ অসিনা ফংলক্রবা অত্তুগা মনাশিনবা অমম্লুং ফল্লাং ল্লাই তৈবা মতমদা মখোইনা হেক হেক মতেং পী। হৌজিক্তি মখোইগী অপুনবা মরুপ অসিবু চাওথং-নরকপগী মতুং ইন্না 'ক্লব' হায়না খংনথরে। অত্তুগা ক্লব অসিগী তৌফম থোকপা হিরমশিংসু মখোইগী নিয়ম মতুং ইন্না ল্লারেপ চে ইত্তুনা থমই।

হায়রিবা শঙ অসিদা রাজেশ্বরতা নত্তনা মমান্নবা মথং মথং লাক্কুনা থুংলরে। মরুপশিং অত্তুদগী অমনা থাউমৈগী মৈরিত্তু চাওনা লৈখৎলক্লে। মনমুহোন্না থাবলগী মঙাল মাংগ্রবা অত্তুদা কা'মুংদা য়েংলকপদা উরে, মমান্নবা ময়ামত্তুনা মহাকপু য়েংথুম্না লৈরমই। ল্লা অমফাওবা ঙাংদনা মনমুহোন্না মাগী থবক পায়থৎপা হৌরক্লে। মাগী থবক্তি, অহানবদা ময়ামত্তুগী মমিংইবা বোয় অত্তুদা মিং কৌরগা শেম্থাং *শিকি অমমমগা লৌশিনবনি। অত্তুগী মতুংদা মনমুহোন্না হায়রকই— "মরুপ মপাং পুম্নমক হৌজিক ঐখোইগী শেল অসি লোইনমক্লা লুপা চামায়াম্থে শুরে।

---

*হৌজিক্তি পৈশা কুনমঙা হায়না চৎনরে।

মশিমক্না অহানবগী ব্বারেপ্তা য়াওবা নিয়মগী মতুং ইন্না ক্লব অমা শাবগী মতিক চাবস্থ ওইদরি। অদুনা শেলশিং অসি য়ামখৎনবা লৈকাইগী থাজবা য়াবা। অহল অমদা পুথোকহনশি হাইববু ময়াম্না করি হায়বগে?"

ময়ামগী মরক্তগী রঘুমনি কৌবা অমনা হায়রকই—"ঐখোই মশেন খর খর লৌথনশি। শেন্দোয়দু ঐখোইনা অদুম্মক পুরগা লোইরে।" রাজেশ্বরনা হায়রকই—"মদুথ্রি ফত্তে, মরমদি ঐখোইনা শেন থোকপা থবক তৌনত্রিবনিনা শোইনরক্কনি। শেন্থাং খর খর থাগী ওইনা পুখৎনবা অসি ফাওবা অন্নাবা য়াওনরিবনি।"

ময়াম খরনস্থ খুম্নরকই— "চুমই, চুমই।"

ময়ামগী মরক্তগী লৈস্থ খর খর লোম্বা নিল্লচন্দ্র কৌবা অমনা ব্বা ঙাংবদা লৎ-লৎ লাওরদুনা ব্বাহৈ অমগা অমগা শমজিন্নরদুনা হায়রকই—"ঐগী ব্বাখন্দদি শেলদু ওক্লবস্থ ওক্তবস্থ ক্লব শাবা হৌরশি হায়নিংবনি। শাববু হৌগ্রবদি শোইদনা লোইরক্কনি।"

অত্তৈ খরনস্থ মাগী মতেং পাংলদুনা খুম্নরকই— "অদু নত্রবদি ঐখোইবু অহলশিংনা শুকথা থাজররোই। অদুগা মীগী পোৎফম অসিস্থ লেপ্পা ঙম্নরোই।"

মনমুহোন্না হায়রকই—"ফরে মদুস্থ ঙসিগী ব্বারেপ্তা ইশিনজরগে। অদুগা লৈকাইগী মরু ওইবা থবক্তি ঐখোইগী ইথক্তা পাথং য়াইতোংশিংনা পুরিবনিনা মতেং খর খর পাংগদবা মঙাইরে। ঐখোইনা থৌবু ওইরুগদবস্থ মতিক চাত্রি অঙাং ওইমল্লি।"

ময়ামদগী অঙাং ইওই ওইবা তোম্বা কৌবা অমনা লুমাংগী

মফম অশাংবা অহু মখুৎনা নানখৎ নানখৎলহুনা হায়রকই—
"ঐখোয়স্থু চাওরক্লগা শিংলকখিগনিদা, অঙাং অসুম ওইহন্না থক্কে
নৈরক্কে।"

তোম্বগী ঙাশি তাবদা ময়ামহু ঙা ঙা লাওনা হেক নোকই।
রাজেশ্বরগা মনমুহোনগতদি খোঞ্জেল থোক্লমদে। ক্লবকি মন্নুংদা
ময়াম্না নোকপা হেক লোইখিবগা, ঙসাইমখৈ ফক্লাং ময়াদা
নাকোং নপশিন্দুনা ঙা তারক্লিবা নিল্লগোপালনা মখুৎতা চৈ
অমা পায়রহুনা কা অহুগী মন্নুংদা চংলকলে। মতৌ অসি
উবদা নহারোলশিং অহুদি চৈ অহুদা মমিংশিং অহু থম্নহুনা
কিবনা মিহুন চেনখৎপা য়াওনরক্লে। চৈ কিগনবা কাংবুনা মশা
থক থক নিক্কুনা চেনগদবগী থৌরাং তৌনরক্লে। অমরোমদা
চৈ মতোন অহু খ্বাইদগী অঙাং ওইরিবা তোম্বা অহুগী
ওইথংবা পাম্বোম ময়াদা শোক্লিং শোক্লিং লৈরি। তোম্বা অহু
তুখোংপুম্বা হুমাংনা থুমহৎপা হৌরক্লে। তহুদগী তপ্না হৌগৎলগা
খোংলোমদা অহুম্মক চেম্বোকখরে। অঙাংশিং অহু ঙা অমত্তা
ঙাংখিদরে। মতম অসিদা নিল্লগোপালনা হায়রকই—"রাজেশ্বর
মহাক ঙসিগী লাইরিক ঔৱাইরবরা?"

রাজেশ্বরনা মমাল্লবা মন্নামগী মমাংদা অম্বুম্না ঙারক চেংপা
উৎপা অসি হৈনরমদে। অহুম্নদি ওইরগা মপাবুংদি অকিবা য়াম্না
শোক্লকই। তপ্না তপ্না, কিনা ক্লিনা খুম্লকই—"ময়াম তিন্নবা
অসি লোইরগা ঔৱাইগে তৌরিবনি।"

ঙ্লাকম অসি তাবদা নিল্লগোপালনা চৈ অহু থাঙৎলহুনা
থর থর চংশিল্লক্লে। অহুগা অমুক শাওনা হায়রকই—"হৌজিক-
ফাওবা চত্রিবরা?"

রাজেশ্বর অহু করি অমত্তা খুন্নমদরে। করিনা চৈ অহু মনাক্তা লৈরে। মপাবুংনা হায়খ্রিবা রা অসিমক্লা চৈ অহুগী মখৌ পিগদৌরে হায়বসি মশানা খংজে। মথংদা মপুক্লিং সুংশি সুংশিনা মরুপশিংহুগী মমাংদা চন্নবা মিৎলু অনিহুদা পিরাংনা পানা কুপ্লক্লে। থুনমক কাহুদগী থোকখরে।

রাজেশ্বর চৎখরবা মতুংদা নিল্লগোপালনা লৈহৌরিবা মমান্নবশিং অহুদা হায়রকই—"ইবুঙোখোয়গী মফমদা খুন্না রা অমা হায়গে। রাজেশ্বরগা ময়ামগা তিন্নবদা মতিক খর চাফাত্রি। মসিগী অঙাং অসি ওক্তেনে, মা তিন্নরুগন্নু, মা তিন্নরগা নখোয় ফাওবা মাংলকনি। অহুগা য়ারবদি মাগী মমিং অহু ককথৎলু, নখোয় পৈশ্যাগক্যা চংনরিবরা মহুস্নু ঐঙোন্দা হায়য়ু?"

অঙাং ময়াম অহু ইতুক তুকথরহুনা লৈরে। মনমুহোন্না থৌনা ফবগা লোয়ননা হায়রকই— "ঐখোয় করিগুম্বা অমত্তা চংনজবা লৈজদে, মিং ককপা তারবস্নু মাগী রা অমা তারগা ককচগে।"

নিল্লগোপাল অহু শাওগৎলক্লে, খোন কন্দ্রবদি কান্নররোই খল্লে; হায়রকই—"ঐনা হায়রিবা অসিনি। মা ঐগী ইচানি খংলবরা? করি ভাংনগদবা রা লৈ, ঐগা ভাংনশিনে?"

অঙাং ওইরবস্নু মনমুহোন্দি তপই, ইংই থক শাওদে। অহুগা অচুম্বগীদমক্তদি মহাক নিংহন্নদবা অমনি, খুন্নকই—"মশানা য়ানা ককতরবদি ঐখোয়গী নিয়ন্না লেপ্পখিবগী মতুং ইন্না থকু য়াদে।"

মনমুহোনগী ব্বাহৈ খর অসিনা নিল্লগোপাল অদু থাঙ্গে-শেংবমক্ শাওরদুনা হায়রকই—"নখোয় অঙাংনা শেম্বা আইন্দুনা ঙম্বরা, ঐনা ঙম্বরা য়েংউ।" অসি হায়না হায়না পায়রিবা চৈ অদুনা মনমুহোনগী মনঙ্গন্দা অমুক্তং কম্বরক্লে।

মনমুহোন অদু চৈনাখোন ফংলবনি, অদু ওইরবসু থোইনা শাওনিংবা পোক্তে। অদুম্মক তুমিন্না চৈফমদু নাল্ল নাল্লদুনা লৈরমই। মওং অদুদা নিল্লগোপালনা অমুক চৈ ব্বাংনা হাই-গৎলক্লে। মতম অসিদা ইখং খংহৌদনা মনমুহোনগী মপা দেবেন্দ্র শিংহ চংলক্কুনা নিল্লগোপালগী খুৎতগী চৈদু মুল্লরে।

দেবেন্দ্রসিংহনা হায়রকই—"নচাদি ব্বারকপা ঙমদরগা, ঐগী ইচানা করি তৌররে?"

নিল্লগোপাল অদু ব্বা ঙাংখিদরে, অদুম্মক তুমিন্না লৈরে। মমৈথংদা মনমুহোন্না রাজেশ্বরগী মমিং ককখরবা তুংদা নিল্লগোপাল অদুম্মক কাদুদগী থোকখরে। ক্লবকী মন্নুংদা লৈহৌরিবা নহা-রোলশিং অদু মচোই মচোই তান্নবগুম উরে। মদু পুন্নকক্কু দেবেন্দ্রসিংহনা থেমজিল্লক্কুনা হায়রকই—"ইচাশা নখোয়দা ওইর-বসু অদুম্মক তিন্নৌ। রাজেশ্বর তোকখরগা নখোইগী মরুপ কাইরে হায়বদু ইকাইদরা। মরক মরক্তা তিন্নবা অসিবু ব্বারকচেৎপা শারদনা, মানা নখোয়গা তিন্নদরগা কয়ামুক ফরকপা হায়বদুদা য়েংউ। ঐনা হায়বা ব্বাদুদা মহাক্লা খুন্নকপা তারক্লবদি, ঐনা নখোয়গীদমক্তা করি তৌবা হায়বদু খংগদবনি।"

অঙাংশিং অদু অসুন্না থেমজিল্লবা মতুংদা হুমিৎতুগী ওইনা

ত্তিন্নবহু লোইশিল্লে। মুমিদাং অহু মনমুহোন্দি রাজেশ্বরগীদমক্তা থনবদা চাক চাবা চংখিদরে। অহিংহুমা থব্রাই মুংঙাইত্তনা তুমখরে।

---

# অনিঙবা মতাং

## অরেম্বা মরুপ

নোং ঙাল্লে, রাজেশ্বর অহু ওরাং মুমিদাংগা চাক চাখিদথল্লে মশা অহু হৈনিং শিংনিঙদনা ফমুংদগী হোগৎলক্লে।

অশেংবমক্তি মপাবুংনা ঙাংমনবদগী চান্না হেনখিবনি। অহিং অহুদা মমা ইবেম্মা কুঞ্জমনিগা মচন ইবেম্মা সখীগা মমিংতা মপি হেক তানা চাক চাননবা হায়বনি। অহুবু রাজেশ্বরনা মাগী মথুং অনিবু পায়রগা চিংশিল্লবা ঙাইরুবগী চাহৌত্রবনি। হৌজিক অয়ুক ঙস্তানা চাক লাখগী অন্নাবা মতৌহু থেংনরক্লবদা মশা মতোমতা খনজরকই 'চাক ওইনবগী অঙম তানবা অসিমন্না অন্নাম থৌন্নাংববু অন্নাবা পিবতা নত্তনা ইমা অমসুং ইচনবুন্নু থব্রাই ন্নাক্লবনি।'

অহিংদদি মিহুৎথোংশিংহু জোনশিল্লগা তুমই। অয়ুক্তদা অশোংবা মুংখিং চংননবগীদমক্তা মিহুৎথোংশিংহু হাংদোক্লক্লে। নোংপোকী মিহুৎথোংদা উরে, কোম্বোংদগীনা য়ুমু্ং তাবা লক্সী লৈ, অরীহুদা রঙ্গুমনি চংলকলি।

রঘুমনিনা থব্বায় মুংঙাইতনা রাজেশ্বর উন্নবী চংলকই। মহাক্না চংলকপদা কোম্বোংদগীনা 'নয়ন পুঞ্জি' 'লৈকোন' 'মন্দির' অমস্তুং মাঙুপ লাম্বোক্লক্লে মমাং শঙ্গোইদগী হেক লৈশিল্লকপদা নিল্লগোপালনা কমেন্দা ফম্নম্ব উবে। রঘুমনিনা মুন্দিদাংগী থৌ-দোক্কু নিংশীঙলক্লে। মুংঙাইতবা, অকিবা অমস্তু হকচাংদা ফাওরে। য়ুমগী য়ুম্বুরেলদু রঘুমনিবু হেক উখিবদা খংহৌদনা শাওখিবগী শকফমদু থেংনরক্লে। মরম খরা অসিদগী হান্নগী ইচম চম্বা খোংথাঙ অদু কাওথোকখিদুনা অকিবগী খোংথাঙদা চংলক্লে। মতম অসিদা শঙ্গোই মচিন্দা কুল্লম্বা হুইজাও লৈফোন কৌবদুনা চিক্কদবগী খোনজাও থারদুনা হোৎচিল্লক্লে। রঘুমনি অদু অকিবা পোকপদ নত্তনা পাখৎপা অমস্তু য়াওরে।

লৈফোন অসি মহৌশানা মাগা খংনবনি। মুমিৎ অসিদদি খংনদবগুম্না খোংলে। মতম অসিদস্তু নিল্লগোপালবু কিবদগী কনাগুম্বা য়ুম্নুংগী মী অমত্তনস্তু হুইদুবু খাম্বীররোইদরা হায়না চিংনবস্তু পোক্লকই। মরাইবক ফবনা রাজেশ্বর থোক্লক্কুনা থাম্নরে। রঘুমনিদু মাগী হান্নগী অকিবগী খোংথাঙদু অদুম্মক থাংলম্বা থোক্লবদি লৈফোন্না চিংনরম্বা অদু মনিং থুংজরমগদবনি।

রঘুমনিগা, রাজেশ্বরগা মথক থংবা কাদা চংলক্কুনা ফম্মীন্নরে। মবানিগী মরাইবক ফবনা য়ুমদা মমান্নবা লাক্লবদি মপাবুংন্না থক ঙাংদে, চৈদে। মরম অসিদগী মবানি ব্বারী শারা হৌরক্লে। তৌবদি মথক থংবা কা অদোমদা মী কাখৎলকপগী খোংথাঙ মখোন তাননবস্তু নাকোং অমমম থমই।

মনুমসিদা হায়রকই—"রাজেশ্বর নহাক ওয়াং মুদবরা ?"

রাজেশ্বরনা থুমই—"মুবমক্তি মুদে। ঐনা চৎখরগা করি করিদি হায়রকই ?"

মনু—"ইশ, অশুকপনি! নংগী মিং ককউ হায়রে। অহুনা মনমুহোন্না মশানা য়াদরবদি ককওই হায়জরে। অঙ্গকাওবা মখোয় পাবুংনা তোক্কে। মনমুহোন্দা চৈ অহুনা অমুক হুরক্রে। মতমদা মনমুহোনখোয়গী পাবুং চংলক্কুনা খায়রে। খংন-চৈনবমক্তি থোকখিদরে। মমৈথংদা নংগী মিং ককখরবা মতমদা নখোয় পাবুং থোকখরবনি। মনমুহোনখোয়গী অহলশু লাক্লমদরবদি ঐখোয় ময়াম ফাওবা ফুরমগনি।

রাজে—"মিং ককশ্রবোইরে, অদু ওইরবসু য়াওথিগনি অমুক। মানা ওস্বরা য়েংসি। অহুনরা মনমুহোন্না ঐখোয়দা চংলক্তুবা অসে ?"

"অং মান্নি মাস্থু মথল্লাই য়ায়া মুংঙাইতনা লৈহৌই। ফত্তে, ফত্তে রাজেশ্বর; ঐখোয়গা শুকতিন তিন্নহন্নিংদে। নং রুবতা অমুক য়াওরগনু। নখোয় পাবুংনা শাওরিবা অসে ঐগা মনমু-হোনগবুনি। ঐস্থু নখোয়দা অমুক চংলক্লরোই।"

"মাবুদি লৈকাইগী ইমান্নবনা হেন্না লুই। মাদি অহলনিনা শিগ্রগদবনি। মরুপশিংদি লৈকাই পুহনা লৈমিন্নহৌগদবনি। ফরে মরুপ, মাগী মমাংদা তিন্নদরবসু ঐখোয়দি হেক হেক উনশিকো ?"

"ফরে মরুপ, অদু ওইরবদি ঐহাক চৎলগে; নহাক লৈহৌরো।"

"মরুপ ঐহাক মুমিদাংগা চান্না হেনবনে ঙসিদি লাইরিক তম্বা কাররোই। মমাংদা খোঙদবা তল্লে, থিল্লোক্লরোই অন্নুম লেপ্লৌরগে।"

"লাইরিক তম্বা কাদবদি ফম্ভে।"

"য়াদে হায়বা অমা খংহনগে তৌবনি মরুপ।"

রঘুমনি মখা অমুক তারমদরে, অহুম্মক কারনরক্লে। রাজেশ্বরদি নোংমহুগী লাইরিক তম্বা কারোইদবা অহুগীদমক্তা করিগুম্বা মপাবুংনা হংলকপা তারবস্নু, মহুগী পাওখুম পিননবা শ্লেম-শারে। মসিগী মরক অসিদা নিল্লগোপাল কাহুদা য়োরক্লে অহুগা হায়রকই—"হৌজিক লাক্লমলিবা অহুনা করি হায়রম্লিবা? ঐনা তিন্নরুগম্নু হায়বা মীশক ঙাক্তা তিন্নবা। ঐনা কয়ারক হায়রে, লৈকাই অসিদা লৈবা মচা অমত্তা মহে হৈরোইদবনি; মমাম্নবগী মীরক তিনবা ঙম্লোই। কদাইদগী সঙ্গ মতাশিং অসিনবু মমিৎ ফাওবা পাংফাক্লিভেনা অহল লমন্দা অকিবা লৈতরে। করি হায়য়ে নখোয়গী ক্লবনি হায়হুনা তৌরিবা অহুনা করি কাম্লগদৌরিবা? ঙরাং মিং ককউ য়ারমদরবদি লোইনমক ফুরমগদবনি। মনমুহোন্দু মপা লাক্লম্বগী ফবনি, নত্রবদি খুং পেম্লনবা ফুগদবনি। মানা হৈ-শিংবা শাহুনা শিল্লিবা ঙাক্তনি। মখোয় মপা মচা অসি অমুক্তং তাঙ্গা চাবা ঙাইরিবনি। ইস! মানা 'নচা ম্লারক্পা ঙমদরগা ইচানা করি তৌরে' হায়খিবা। অহুবুদি খংগদবা লৈরেদনা। কৈদৌঙৈদম্নু নশা চাওখৎতনা লৈকাই চাওখৎপস্নু য়ারোইদবদা। ম্লারেম খৌরেম্না মখৌ ওইরে।

লাইরিকপু ওরাইদনবু হৈগদরা? লাইরিক তম্লিৌঙ মন্নুং অসিদি মপানগী ইরাং কয়ামরুম কাওথোক্লদবনি। ঐনা করি ব্লাংহল্লি? শেংপদগী চাবদগী ননিং তম্লিবা নত্রা? ঐনা ঙাংলিবা অসে কনাগীদমক্তনো, নংনবু হায়বা ইনবা অঙাং অমা ওইরবদি পুম্নমক অসে নহাক্কীনি। ঐ লৈরিৌঙ অসিদা নশাগী ওইজবা নরল তানশিনজহৌগেদি খন্দ্রদনা। ঙসিদগী মনমুহোন তিন্নবা য়াদে। মা তিন্নরগা করি কান্নে। করি লৌশিং লৌথোকনিংঙাই লৈ? ইখাদা লৈবা মী তিন্নরগা নংদ নত্তনা ঐ ফাওবা মীনা উশিৎলরোই। ঐনা হায়বসিদা য়াদরবদি নহাক মীরৈবাক্তা মহৈ তম্বা থাগদবনি। ঐনা ঙাংলিবা অসে হৌজিক্তি শাওনিংলমগনি। ঐনা শিখরবা তুংদা নমিৎতা নপী তারক্খিগদবনি।"

রাজেশ্বর অহু হৈনদবা মওং অমা থোকহল্লে। ব্রা ঙাংগন্দবা মীনা ঙাংবা হৌখরবা, অহুগা ফুগন্দবা মীনা ফুবা হৌপ্রবা মহু অন্নাবগী মশক্নি। রাজেশ্বর-লাইরিক ইনা ইনা মনাকোং অমুক মেনশিল্লি; ব্লাখন লক্ষে অমদা তাশিন্নদনা অমুক লৈ। মতুংদদি থাংবা ঙম্লক্তুনা মফম অহুদগী ফুক হৌগৎলগা মখা থংবা কাদা কুমথরক্লে। মতম অহুদা মচন ইবেম্মা সখীদি চেংহি লুজরুনবগী শেম শাহুনা লৈরমই। মহু উবদা হায়রুই—"হৌজিক ফাওবা ইরুজদ্রিবরা মীদি ঙাইহুনা লৈরম্নগনি।"

মচন ইবেম্মা সখীহু থিন্দনা ইরুজনবা থোকখরে। মখা থংবা কাহুদা নিল্লগোপাল-কুমথরক্লে। রাজেশ্বরনা লাইরিক

তম্বা কারোইদকী রাজাংচু তারমই। তপথরদুনা নিম্নগোপালনা হায়রকই—"রাজেশ্বর মংদি লাইরিক তম্বা কারোইদরা ?"

রাজেশ্বরনা মকোক পায়রগা থুম্নকই—"পাবুং কোক য়ায়া চিকথরে। ওসিদি ছুটি নিখরগনি।"

নিম্নগোপালনা ওরাংদগী চায়া হেরকলনে, ওাংখি চৈথিবনে; শোইদনমক কোক চিল্লয়গনি থাজরক্রে। মথংদা যা অমুক ওাংখিদরে।

# অহুমশুবা মতাং

## লৈমাইদা চন্দ্রসখী

লমজংগী খোংনাঙমখোংদা ফম্নদুনা মনমুহোম্না লৈমাইথকলা য়েংলি। খোংনাঙমখোংদা তারিবা অকুপ্পা উফুলশিংচু উরকই। মদুদা চৈতেক অমনা করি করিনো ময়েক থর ইদুনা শান্নরক্রে। থুংইচু অমুকস্মু শাংনা ইরি, অমুকস্মু মুখংলি। অমুকস্মু ইরি, অস্মুয়া শান্নদুনা লৈরি। মনমুহোম্না লৈমাইদা ইরি, অহানবদা সখীতম্নক অমুক্তা চন্দ্র ; মমৈথংদা চন্দ্রসখী অস্মুয়া ইরে। চন্দ্রসখী হায়বা ময়েক অসিবুদি মুখংপা তৌদরে। মদুদা থুংই ফজনবা শেম শাদুনা লৈরক্রে। খংহৌদনা মদু কনানো অমা চংলক্তুনা মুখংলরে। মনমুহোম্না উরে, মনাক্তা সখী লেপ্লি। মনমুহোম্নু হৌগংলকলে অদুগা তম্বা হায়রকই—"করিগী মুখংলি ?"

লাইনা থুককই—"ঐগী ইমিং চন্দ্রলগী কোৎ।"

মনমুহোনা হংলকই—"চন্দ্রসথী নখোয় লাকুংদি?"

লাইনা মবুংগী ছুটি নিবগী চিঠি পিদনা পিদনা শাজনংননা হায়রকই—"ঐগী ইমিং চন্দ্রসথী কৌদে, হায়রিবসিনি।"

মনমুহোনা চিঠিদু লৌরগা হায়রকই—"থেংখ্রে চংলসি চন্দ্রা।"

সথী অদু হন্দকমুক্তি করি অমতা ভাংখিদরে। অদুগনা মনমুহোনগী মতুং ইন্দুনা লাকপা হৌরে। কনা শাংনা চংনরক্লে, অদু ফাওবা রা ভাংনখিদরে। মনমুহোন, রাজেশ্বর অমসুং সথী মখোয় অহুম অভাং ওইরিভৈদগী লোয়নমীয়রকপনি। শামমিন্নে মীচংনি, চংমিন্নে খোংবুনি। অতৈ অভাংশিংগা থংনরবসু মখোয় অহুমতা হেক্তা শানৈ। মচুদসু অমনা অমবু শাওনৈ, ওইনৈ, থংনৈ অমসুং চৈনৈ; কপ্নে। অমুক্তা পুক্নিংনা, মুংখিবগী খোং-নাংমখোওদা, মমিদাংরাইরমগী নৈকোন্দা, লমহাংদা, লমদম; ততনা শামমিন্নে। হৌজিক পুক্কক চাওনরক্লে। অভাং ওইবি নৈগী মনিংতম্বা অদু মাংশিনরক্লে। মনমুহোন্দি অনংবা মচানি। মখোয়গুম্বা লৌশান চাবা, শেনলাও পাম্বা, ইমুং মচুংগী মচা নত্তে। চুম্মতগী লৌমী মচানি। করম্বা মোক্ত তিম্নগনি। খোংকনা উনরক্তরে, নিনিদসু অসুম্বা হৌথরে; করিগুম্বা চয়োল অমা চুপ্পা শুকউ উম্নবা ফংনরক্তে। অসুম্বা অসুম অসুম থাপ্পনি। মসিনা হৌনশা ওইরক্লে।

তোইনা ভাক উম্নবগা কাওবা হায়বদু হেক মওইবরা?

উমথা ওয়েন্দা হেক মুংশিনবা পোল্লবরা ? মহু পুম্নমক্ পুমতোক তোন্নবগা ওয়ি করিগী মনমুহোম্না কৈমাইদা চন্দ্রসখীবু শিংঙ্কুমিন্ না অমুক কৈরকবী ঐবোল্লনা কারিসু থবা ওম্লে। মীখী থম্বোল্লবু হেক উতবা হায়রগি অমানবা থবক্তি নত্তে। অপিকপা ঈচেলনা সমত্রু তম্না চেস্থরি। অপিকপা ঈচেলদা মুংশিংনবু শিংলবদি ঈথক ঈপোম অতুম্মক হোৌরকই। চংনা চংনা মনমুহোন্না কৌরকই—"চন্দ্র।"

"ঐগী ইমিং সখী কৌই" সখীনা খুম্লকই।

"ঐদি চন্দ্র কৌগনি।"

নিপীমচা অসিগী মমিংদি থাঙ্গেশেংবমক চন্দ্রসখী কৌবনি। মহুস্থ মাগী জন্ম কুঠিদা ইরি। অদুগা অঙাং পিশক পিল্লিন্দ্রে-দগীসু চন্দ্রসখী হায়না থংনরমই। কদোমদগীনো ইথং থংহৌরনা মীরোন হেক তারকপদগীনা য়ুম্লোন কৈরোম্নবতা নত্তনা খুল্লোন ইরোম্নবা ফাওবা, চন্দ্র হায়বা অমুক নিংথীবা মিঙ্গৌ অসি ছন্দোকপিরম্নগা সখী হায়বা অতেনবা অশম্বা মিং অসি কৌনগ্রিবনো? অদুবু লৈশাবী পুংকক চাওরক্লবা মতম অসিদা মনমুহোম্না নৌনা নিংশীংহনবিয়ে। অসিদসু নত্তনা অঙাং ওইরিবৈগী থোদোক অপুম্বা ময়েক শেংলম শেংকাত্তনা মথং মথং নিংশীঙ-লক্লে। ওস্থোকপনি মশিমক্না নিংশীওওশংসু হায়না কাওথোক্লরবা মিঙ্গৌ অসিবু কৌরুবা নত্তে। মনমুহোম্না খল্লি, সখী হায়বা মিং অসি তেনমল্লি, থোংচ নৌজদে। ফজবগী শকতমসিগা তিন্নশনবদা পকচদে। থাবলগী মচুগুম্না মেংলবা; চন্দ্রশখী হায়না

কৌরবস্থ পুক্লিং পেল্লা ইফদ ফজে। চন্দ্রতমক কৌরবগী সখীনা খোইজংনা নিংথীজে, অস্নুমা মণ্ডল মণ্ডল থল্লুবগা চেনাইনা ইরুবনি। মনমুহোন্না "ঐদি চন্দ্রা কৌগনি' হায়বদা সখীনা শাওরংননা হায়রকই—"ইতৈনা কৌনিংবতা হেক কৌরো।"

"নুহাক্তি করিগী ইতৈ কৌরি?"

"শিন্দি মিঙ্গৌনা য়াদবনি।"

"ঐগীস্থ মিঙ্গৌনি।"

"কদোমদগী?"

"ঐভোন্দগী।"

সখী অদু অমুক তুম্মিনা লৈথরে। মনমুহোনস্থ ন্না ভাংখিদরে। অদুগা মবানিগী থম্মোইদদি তুম্মিন্না থক লৈথোকপা ঙম্মদে। হায়খিবা, খুমখিবা ন্নাহৈশিংদু নিংশীঙ-নিংশীঙদুনা চংনরি। মমৈথংদা সখীনা নোক্ল-নোক্লদুনা হংলকই—"ইতৈ করি ইনশাং চারকই?"

"ভা থোংবা।" হায়না মনমুহোন্না নোক্নুনা খুমই।

"ইনাকখুনবা হায়বসে।"

"হু, মাগী হৌনবি নোক্লরক্লে।"

মবানিগী ন্নান্নী অসি করিনো? য়াম্না চমই, অদুগা মসিদি শরুক চামা হেন্না ভাংনগ্রবনি; ভসিস্থ ভাংনরি। অদুন্নদি ওইরগা মহৌশাগা খেৎনবা থরদি লৈ। অভাং ওইরিভৈদদি ন্না ভাংবদা নাতোন, পীশুম শুগৎনৈ, নোক্লে অমস্থং অমগী খুৎনা অমগী কোক্তা; নাদা, নক্লন্দা অদুগা ফিজিদা লাম্নে। মদু ভসিদি তৌদরে। পুন্নমক মাংখরে। য়াম্না চীং লেম্নরে। ন্নাখন থনবগা

1163



লোইননা হংই অমম্মুং খুমই। মবানিগী পূক্লিং করিনো ? মনমুহোন্না কৌরকই—"চন্দ্র।"

"ইতৈ।"

"ঐহাক্ক হয়েংমখৈদি নখোয়দা চংলক্লরোইদো ?"

"করিগী ?"

"ঐখোয়' পাবুংগা নখোয়' পাবুংগা কয়া মুংশিনদে। অদুগা নখোয়গা ঐগা তিন্নবা অসে তিন্নহন্নিংদে।"

"অদুনরা ওসি চংলক্লিবদি ?"

"অং।"

চন্দ্রসখী ন্না অমুক ঙাংখিদরে। থন্নাই মুংঙাইরক্করে, মাগী মাইথোংদু লাংশিল্লক্লে। খর চৎলগা নিপীমচাশিংগী স্কুল য়োরে। মৃতম অদুদা হায়রকই—"ইতৈ অহান' অহান' ঙাইনশিকো ?"

"অং অহান' অহানবা" হায়না মনমুহোন্না খুমই। চন্দ্রসখী চংহোবে। মনমুহোন মতোমতা মাগী স্কুল তন্না লাক্লে। স্কুল হেক য়োবদা পুং তারমদরি। মাগী কান্নুংদা চংলক্কনা ফন্নরে। তৌইগুম্বমুং নিতিগী ফম্মীন্নরবা ফাল অদুদা রাজেশ্বরগী ফমফম হাংবা অদুদা থোইদোক্লা পূক্লিং অদু ইয়াং য়াংলে। মতম ঙাইতুনা পারা ঔরাইনবা লাক্লরক্লে।

পুং তারে, ক্লাস মাষ্টর চংলক্লে। অঙ্ক থোকই। মশানা হৈনজবা বিষয়নি পুং তাখিবা খংহৌদনা মতাংতুমা লোইখবে। অনিগুবা পুং তারকপা মতমদা কাংশিগী মখোন লোইরম লোইফ্যাক্ত্রিঙৈনা মৈতৈলোন (ভারনিকুলার) লৌবা ওঝা ধনিরাম

অহৌ চংলক্লে। ছাত্র মরাম অহু হৌগংলি। ওঝা অতুনা মথুংতা পায়রিবা চৈ অমখক্লা ফমউ হায়বগী খংননবা ইঙ্গিত তৌরকই। হন্দক্তা মাগী অনৌবা মিংথোল অমসু কারবনি। মরামা মাবু ওঝা শমখোইবা হায়নসু খনেরমই। মশমদি ফমা নিংথীনা খোইখরে। মতুদি মাগী মশমশিং অহু শমচেৎ অমুক হাংপা খাঙ অমুক তৌবগী মরম লৈরমদে। ছাত্র ময়াম্না মাবু ওঝা শমখোইবা কৌখিবগী রাদী মচা অমা লৈ—

রঘুমনি কৌবা ছাত্র অমগা নিলচন্দ্র কৌবা ছাত্র অমগা নোংমা স্কুলগী ময়াই চল্লকপদা ( টিফিন ) ছাত্র অয়াম্বনা শান্ন-ফম লমপাক্তা থোকখ্রিদৌদা মবানিদা ক্লাসকী মনুংদা চুরুট থকই। মসিদা ওঝা ধনিরাম অসিনা ময়ামগী ওইবা কাদগী মিছুৎথোংলোমদা য়েংলকপদা উরুরে। ওঝা অসিনা শাওমন-গ্রহুনা মথুংতা চৈ অমা পায়রগা কা অহু তম্না লাক্রমই। মরক অসিদা স্কুলগী মাঙ্গোলদগী রাজেশ্বরনা উররক্লহুনা মরুপ অনি-হুগীদমক্তা নুংশাথিরমই। রাজেশ্বরনা থোংদা চেনশিনখিহুনা ওঝাহুগী মমিং পন্দুনা তাকে লাকুরকপদা ফিঙ্গংমনগ্রহুনা নিংশীঙবা থোকখিদরে। খুদক্তা কোক্কী মশম অখোইবহুগী তোঙানবা মওং অহু নিংশীঙহুনা তকিং তফিংনা—"ওঝা শমখোইবা লাক্লে" হায়খিরমই।

মতম অসিদা ওঝা ধনিরামসু থোংজিন য়ৌরক্লে। রাজেশ্বরনা হায়খিবহু ওঝাসিনা তশেংনমক তাহৌরে। চুরুট থকপা উরুবদগী মিংদা থিবা রাহৈ অসি তাবনা শরুক চামা শাওবা হেংজি।

অতুম্ব ওবাতুগী নিংবা থারখরে। চুরুট থক্লগা ছাত্র অনিতুনৈ, রাজেশ্বরনে মখোয় অতুম্মক মিতুংখোংদা চোংথতুনা চৈনখরে। মথংগী ক্লাসতসু চংডক্করে। নোংমতুমা অতুম্মক ছুটি লৈখোকখরে। নোংডানবগী অনিগুবা পুংফমদা ওঝা ধনিরাম্না হেক চংলকপগা রাজেশ্বর হাপ্পা য়েংই। চুরুট থক্লবা ছাত্র অনিতুদি ছুটি লৈখোকখরে, ক্লাসতা কপ্পা উদরে। ওঝাতুনা রাজেশ্বরবু ফাল মথক্তা লৈপহল্লে। মীনা চুরুট থক্লগা মানা ওঝা লাকপা য়েংতুনা লৈ, হায়তুনা মথুবাক অজিদসু চৈতুনা নাম্ম নাম্মদা মডা মভাকক কন্না কুখরে। চৈ অতুসু অটথা মস্তে, ওঝা অসিগী লায়াই ওইনা থমজরবা য়াইইরিগী চৈমি। অইনিবদা রাজেশ্বর অতু মমাই ভাংই, মথংদা মিংতা পি ঈরা চেন্না থাংখি। ফুরবা নত্তনা সুমিংতুমসু ওঝা অতৈ অতৈদা ব্লাচংতুনা ফাল মথক্তা লৈপহন্দুনা দণ্ডি তৌথি। মসিনসু ওঝা অসিগী অশাওবা শোকপা নত্রমাল্লে। অমুকসু ছাত্রশিংতুগী মমিং ইবা থোয় অতু লৌকতুনা মিং কৌরে। মতুদা বঘুমনিগা নিল্লচন্দ্রগা ব্লাংলে ; মবানিমক মতুংদা মতিক চাবা দণ্ডি ফংননবা খুদম থমখরে। শাথিনা শাওমনবা মরম অসিদগী হৌরতুনা ক্লাস অমদগী অমা, ছাত্র ময়াম অতুদগী ওঝা অতৈশিং ফাওবা অরোনবা মিৎকৌ ওইনা থংনখরে। মমৈথংদদি মপানগী মীপুমশিংনসু "ওঝা শমখোইবা" হায়না ওঝা ধনিরাম্বু থংনখরে।

মমৈথংদা ওঝা ধনিরাম শাওখিদরে। রাজেশ্বরবুসু মরাল থোইনা লৈতে থংলে। 'ঐনা শম খোইরম্বদগী হায়বনি' অসুম্না

শাওরক্লমদাইদা পুক্নিং ফাখিরমই। অমরোমদা রাজেশ্বরগী চৈনা-খোল অত্থুদি কোকখরে, অত্থুগা ওঝাত্থুগী মিংদা থীবা ব্রাইট অত্থুবুদি খক কোকপা লৈখিদরে।

অসিগুম্লবা ওঝা অসিনা হেক চংলকপগা পারা হংই। অফাবনা ফমহল্লি, ফাদবনা ফাল মথক্তা লেপহল্লি। ময়াম্না-ডম্লদবা শরুক অমা য়াওরকপদা মনমুহোনগী শরুক ওই। অসি-গুম্লবা ওঝা অসি স্কুল অমদা য়াওদবা নত্তে। অস্মুম্না ব্রারক চেৎপা অমস্লুং ইকাইখুম্নবা পাম্বা ওঝা ফংজবা অসি ছাত্রশিং-গীদমক্তা অমাংবা নত্তে। ওঝা অসিগী ক্লাসতা ছাত্র অমতা পারা ফাদবা য়াওরমদে, করিগুম্বা পারা ফাদবা তারবস্তু মত্থু লেম্না তোক্তে। অসিগুম্বসি উরগা ছাত্র অয়াম্বনা মাবু ফত্তে হায়বসি খল্লমদে। ওঝানা ছাত্রবু মশক খংবা হায়বসি মরুওইনা, মরম অনি লৈ মত্থুদি ; য়াম্না ফবা, পারা ফাগনবা ছাত্র ওইবা। অত্থুগা অমনা ফত্তবা হায়বা ইন্দবা, পারা ফান্দগবা ছাত্র অমা, ওইবা অসিনি। মহৌশানা ফত্তবা ছাত্রশিংদি পারা হংবগী মত্থুংতা মখা লৌথবনা হেন্না পামজে। নত্রগনা মথং মথংগী কাংশি য়ৈরকপা তাবনি। পুং তাগদবা মিনিট তরারোম ব্রাংলত্থুনা ওঝা শমখোইবত্থুনা হায়রকই—"ঙসিদি পুং তাগদবা মতমস্তু খরা ব্রাংলি, ঐহাক অতোপ্পা ব্রারী অমা হৌদোক্কে।"

ছাত্র খরনা য়ৌ-য়ৌ তৌত্থুনা লাংলকই। মত্থুদা অফবা ছাত্র য়াওরমগদ্রা য়াওরম্লোইদ্রা খংদে। অত্থুবু ক্লাসতা অতোপ অতোপ্পগী হিরমদা নৈনবা পাম্বা ছাত্রশিংত্থুস্তু ফত্তবা ঙাক নত্তে। ছাত্র খরনা খুম্নকই—"তাশি ওঝা, তাশি ওঝা।"

"নখোয় হায়য়ু, মীওইবনা পোক্লিবসি শিননবনি, অদুগা শিদনবা হিংগদবনি। করম্না শিরোইদগে ?" অসি হায়দুনা ওঝা শমখোইবদুনা ছাত্রশিং অদুদা হংলক্লমই।

ওঝাদুগী ৱাহংদু ছাত্র অমতনা খুম্বা ঙম্মদরে।

ছাত্র থরনা হংলকই—"ওঝা করম্না শিরোইদগে—?"

ওঝানা হায়রকই—"নখোয় অযাম্বনা মহাত্মা গান্ধী, জৱাহরলাল নেহেরু, নেতাজী শুভাষচন্দ্রবসু, বীর টিকেন্দ্রজিৎ অসিনচিংবা ইতিহাসকী ফাওর ফাওরবা মমিং চৎলবা কয়ামরুমগী ৱারী অমসুং লমচৎ শাজৎকি লাইরিক তমলে। মখোয়গী মরৈবাক নিংবা, মথৌনা ফবা, ৱাখল অমসুং লৌশিং লৈবা ঙসি ফাওবদা কাওনদ্রিবা অসি মখোয়গী মিংচৎনি। মিংচৎনা অখোয়বা মপোক্লি। মিংচৎপু লৈরবদি শিদবগা মান্নে। য়েংউ ডাঃ কমল নোঙ্গাখরে, অদুবু মাগী মিংচৎতি ঙসি ফাওবা ইনৌ নৌনা হিংদুনা লৈরি। মানা ইরম্বা লাইবিক্লা নহারোলশিংগী লৌশিং ওইনরি। অদুগা মরম অমনা অমুক অফবা থবক্লি হায়দুনসু মশানা হৈনিংবা নৎতরবদি অমসুং হোৎনদরবদি করিসু মাইপাকপা ওইরোই। কনাগুম্বনা লাইরিক তম্বনা ফৈ হায়দুনা মমা মপানা তমহন্নরি, অদুগা ছাত্র ওইরিবা মশানা থৱায় য়াওনা তমদরবদি থক হৈবা য়ারোই। মরমদি মানা হোৎনদনা কনানা হোৎনগনি। লৌ উনিংবা, অমোৎপা গুনিংবা ; পোৎলুম থাংবা অমসুং অতোনবা ওইবা কনানসু পাম্নদে। পৃথিবীগী মীপুম খুদিংমক লাইরিক তম্বা ঙাক ওইরগা লৌ উদরবদি করি চারগা হিংগনি। অসুম্না ঈশ্বরনা মী পুম্নমকশিং অসি লৌশিং

মাল্লহল্লক্কে। মখন মখনগী থবক্তা শিনগুনা মক্তেং পাংননবা, মানা মানা পাম্বা ৱাখল লৌশিং খেৎনহল্লকই। লৌ উনিংবনা লৌ উরগা মহৈ চাই। লাইরিক তম্লিংবনা তম্লগা হৈ। উ শুনিংবনা উ শুরগা ফৈ। অস্তুম্না মানা মানা হৈনজবা শিনফম অহুদা মীকোক থোংবা ঙম্লবদি মতুস্থু মিংচৎ অমনি। অস্তুম্না মীওইবনা হিংননবগীদমক্তা ঈশ্বরনা মাগী মাগী শিনফমগা লোইননা থারকপনি। মতুদা শিনফম ওল্লবদগী অৱা অনা, অফ-ফত্ত, লৈত-লাইর অস্তুম্না নংলরিবনি। নখোয়না হৈনিংউবা পামজবা শিনফম অতু ঈশ্বরনা পিরকপা নথৌনি।"

ওঝা শমখোইবতু ঙাংবদা হালেংবা লৈতবা মী অমস্থু ওইরমই। অতুবু কবম্নদি তৌগনি, পুং তারকপগী কাংশি মখোল হেক তারকপদা "মতুংদা অমুক শারসি" হায়রম্লগা অতুম্মক থোকখরে।

ওঝা অতুনা থোকখরবা মতুংদদি মনমুহোন অতু মপুক্লিংদা হৌজিকী ৱাফমতু হন্না হন্না হায়রিবগুম খল্লক্লে। মতম কুইনগী মতুংফাওবা ৱাফমশিং অতু মাগী থম্মোইদা তুংতুনা লৈখরে। অতুগী মতুংদা স্কুল ছুটি থাবে। মতোমতা লম্বীদা চৎলি, মতুদস্থ মহাক কাওবা লৈতে। মহাক্না হৈনিংবা শিনফম অমগী-দমক্তা খনবা লাক্নরি। অমস্থং মতু মিংচৎকি মবগদনি। মানা মতোমতা খল্লকই—'ঐনা লাইরিক তম্লিবা অসি ইশানা পামজে। অতুবু ঐনা হেক য়োনা পামজবদি কবিগী সংসারদা হিংবনি। মসিস্থু লাইরিক তম্বগী মম্নুং চল্লমগদরা?' অস্তুম্না মিংচৎকীদমক্তা

থনবদা লোইবা খম্বা লৈতরবা ব্রাখল পরেং ময়াম্না চন্দ্রসখীবু ঙাইরম্বা কাওথোকউরে। ঙসাইদি ঙাইনসি হায়নখি অদুবু স্কুলদগী ফনা শাংনা চৎথোক্লম্লে। মনমুহোনগী মাংদা নিংপীমৃচা অহুমথক চৎলমই। মখোয়গী অশংবা, অঙাংবা, অমুবা ফিশিং অদু উরকপদগী চন্দ্রসখীবু নিংশিংলক্লে; মফমদুদা অদুম্মক ঙাইরক্লে। অথাপ্পদা চন্দ্রসখীনা মরু লুকথরদুনা থব্রাই মুংঙাইতনা লাকপা উই। চন্দ্রসখীনা নকশিল্লকপদা উরে, মাগী মাইথোংদু মকশিল্লে। মনমুহোনগী মনাক য়োৌরক্লিঙৈদা হান্ননা কৌরকই "চন্দ্র"

চন্দ্রসখীনা শাওদুনা করি অমতা থুম্লমদে। মনমুহোন্না অমুক অনিবক কৌবক্লে, মদুদসু খুমদরে। মমৈথংদা মনমুহোন মপূক্লিং মুংশিবক্লে। মতাং অসিদা কৌহৌদ্রবদি মহাকপু ঙাইদুনা লৈবম্লিবা মনমুহোনবু হেন্দোক্কনা চৎলমগদবনি, মসিনা তাকপদি চন্দ্রসখী অদু সাথিনা শাওরে অসিনি। খুম্বদি লাইরদনা খোংথাং অদু হান্নদগী কনখৎখরে। অঙাংনা ওইনবা হৌনশানি। করিগুম্বা ব্রা অমা হায়নবদা শোয়নরে, মদুসু অদুম্মক মশাওনৈ। চিংনবা মনিংথুংদবা অমা হেক থেংনবদা মদুদসু অদুম্মক মপূক্লিং মুংশিবক্কনা হেক্তা মওইনৈ। মরুপমক্তা তিন্নবদা অমনা অমগী মুংঙাইতনবা তৌবকপা, নত্রগা অতোপ্পা অমগা লোইনব্রগা খোয়রাং খোয়শাওনবা পোকপদুনি। অদুগুম্বা মতৌদু ঙসি চন্দ্রসখীদতা থোক্লবা নত্তে। মনমুহোন্না উপাই লৈত্রদুনা চন্দ্রসখীবু খোংথাং কন্না তান্নরক্লে, অদুগা হায়রকই—"চন্দ্র নহাক শাওরবরা?"

"কৌবিরক্কনু করিস্নু" হায়রগা চন্দ্রসখীত্থ অত্থম্মক কন্না চখৎখি ।

মনমুহোন্না মত্থদস্নু অমুক তান্নে, অত্থগা অমুক হায়রকই—"ঐগী ব্লাসি তারগা শাওগে হায়রবস্নু শাও চন্দ্র ।"

"তাদরবস্নু ঐনা খংলে—" ব্লাহৈসি চন্দ্রসখীনা থব্লাই শোক্লা হায়রকই । চন্দ্রসখী অত্থ মনমুহোনগী মতুংদা লৈথহোরে ।

মনমুহোন অমুক খোংথাং তপথরক্লে । অত্থদস্নু অমুক চন্দ্রসখীনা হেঙ্গৎখরে । শাথিরবা মওং অসিদা মনমুহোন মপুক্লিং-দা মওল মওল থল্লুরগা শাওনিংলক্লে, চৎখৎলগা হায়রকই—"চন্দ্রা নহাক ঐগা কৌনদবা ভক্নগদ্রা ?"

"নহাক্লা ভক্নগা ঐদি করিগী ভক্নোই ।"

"কৈ নহাকস্নু নিপীমচানি, ঐস্নু নিপামচানি ।"

চন্দ্রসখী তুং থংহৌরে । মনমুহোন্না অমুক পম্বরম্বা তৌদনা অত্থম্মক খোংথাং কন্না চৎখৎলক্লে । অস্নুম অস্নুম থাপতোকখরে । মতম অসিদা চন্দ্রসখী অত্থ চিংনরক্লে । য়ুম য়োৌরগা মমিৎত্তগী মপি তারক্লে ।

# মরিশুবা মতাং

## বাথোকপা

খুঙ্গংগী মখাথংবা শরুক্তা ষঙ্গাবুং অমা লৈ। মহু ইঙা ইঙেনগী নোংনা লৈমাই পুম্বা চোংখিবদগী নাপীতনা শিনবা থুংনা ইশং শংনা হৌথরে। লমহাং অসিগা তাইনবা শরুক্কুসু পিরুবা তুরেল অমখক্কা লৈই চিংশিন্দুনা খুঙ্গংসিবু থৎলি। হৌজিক তুরেল অসি লৌবুক্কী ঈশং ঈথৈনা লৌখোংগী ঈচেন্দা তিন্নর-হুনা ঈমাই চোন্না চেল্লে। তুরেল অসিগী ঈচেনবু তোংজৈ মরিলগী লম্বীদা উকু মচা মচিন অনি ফাংবা থোঙ অমনা মপুং ফানা চিংথোকখিহুনা ঈশিংহু ঈনোৎ পিরুথহনগদবগী লাক্লরি।

তুরেলগীসু মপান ওইরবা, ষঙ্গাবুংগীসু মতাই ওইরবা অব্লাং পাংবদা হৈগ্রু পাম্বী অমা থেক্কা খোইনা হৌরি। মহু অসুক্কী মতিক থেকনা খোইখরে, অহানবা লৈমাইদগী হৌগৎ-লকপদা পাম্বী অমত্তগী মওংনি। অতুদগী গজ মখায়রোমদগী ওইরক্লবা মফমদগী পাম্বী অনিথোক্কা উহল্লি। পাম্বী অমনা অব্লাং নোংপোক্লোমদা লামথোকখিহুনা তুবেলগী ঈচেন্দা মমি য়েংলি। পাম্বী অমনা নোংচুপ খারোমদা মশা মরেং শন্দোকখিহুনা তুরেলগী লৈরাইদা মোনখাংনহুনা খুয়া তুশিংনা তুমজরি। মশা মরেংনা য়াম্মনখিবনা মহুগী মনাশিংনসু অমুক মনাপুংলবা পাম্বী অমগুম্না উহল্লি। মফম অসি 'চিংবান লৈমা ইমা' লাইরেম্বীগী খুডম্নি।

মসিদা খুঙ্গংগী যণ থারবা লাকপা অঙাংশিংনা উরাওবি তান্নবা, অমাং কৈবোই শান্নবা, চৈ লংবি চেন্নবা অসিনচিংবা মখল মখাগো শান্নবা মওংদা কাহুনা শান্নে। উশাদা নোমহুনা য়াম্নৈ, 'তুরেলগী'ঈশিংদা চোংথহুনা ঈরোই, ঈরুপই। যন থারবা অঙাংশিংনা যঞ্জেন্নহাদা যন শিন্নরম্নগা ময়ুম ময়ুমদা হন্নখরে। স্কুমিং অসি স্কুলগী ছুটি ফংলহুনা মমমুহোন্না যন শেনবা লাকই। অহানবদা যনলুপশিং অহু মপুক থন্নবা চিঞ্জাক খিবদা মখোং য়াম্না চংলি। মহু মনমুহোন্না চেকশিন্না ঙাক শেল্লি। স্কুমিং য়ুংবা মতমদা লমহাংহুদা লৈবা ওম্নক্তরে। মুংশাগী মৈশানা খাংবা ওম্নক্তুহুনা উকম লাংবা মফম থিরকই। হৈগ্রু মখোংদা উকম ফংলহুনা মুংশা অহু খাংলক্লে।

মনমুহোন্না যঞ্জেন্নহাসিংবু য়াম্না মুংশি। মখোয়না অয়ুক্তগী স্কুমিংতাবা ফাওবা লমহাংদা লৈবা অহু মুংঙাইরমগনি নিংই। মুংঙাইবরা ব্লাবরা হায়বহুদি যঞ্জেন্নহাতনা খংই। স্কুমিং অসি লেংশু মখোয়গী থোক্লহুনা মপাদা হায়জরগা যন শেনবা লাকপনি। যঞ্জাবুং অহুনা ফনমক মরাং কাইবা ওইহুনস্থ নোংমগী লেপ্তুনা যল্লুপশিংগী চিঞ্জাক তম্নকপনা, অশংবা নাপী তিংথৌশিং অহুস্থ লৈমাইদগী নিংথীনা হেঙ্গৎলকখিদরে। মরম অসিদগী যনশিং অহু মপুক থম্না চিঞ্জাক ফংননবগীদমক্তা মানা মানা পামজবা মনামশিং চারুনবা চংনরক্লে। খরনা যঞ্জাবুংগা তাইনবা কেন্নাগী মক্রমদা চংখরে। খরনা লোখোং পরিংদা ঈশিং কুমহুনা চংনরক্লে। অমুক ইখোলগী অনৌবা মনা মশিং পাম্বা যনশিংনা তুরেল লান্দুনা খুঙ্গং তমখরে। যল্লুপশিংহু চোইথোক্লরক্লে।

মনমুহোন্না উরুমদা ঙৈহাক্তা পোথাবফাও ফংলক্তরে। মখোং চৎপা মনশিংহু ব্রানা থংলক্লে। তুরেলদা কুমহুনা অমুক থংলি, লৌখোং পরিংদা অমুক চেল্লি; হুংশাসী মৈশানগা য়েবনা হকচাংহু চোকথরে। মতম অসিদা যঙ্গেন্নহাগী মথৌহু থংলক্লে। অমুক মতুংদা যন শেন্নবা হায়জরোই লেপ্লে। যঙ্গেন্নহাগী হুমিং তাবা ঙাইবা অসি অরাবগী মশক্নি। উপায় লৈবক্তু হুনা মমৈথংদা হুমিং ময়ুম চংলম চংক্বাত্রিঙৈনা যনগাররক্লে।

যঙ্গেল্লেংদা যঙ্গেনবা হায়বা অসি য়াম্না ফজবা নিয়ম অমনি। মহৌশাদগী খুঙ্গং খুঙ্গংদা চৎনবক্লিবনি। যন য়াম্না লৈবশিংনা হুমিং মশীং য়াম্না শেল্লি। থাঙ্গশংবমক্তি লৌবুক নত্তবা অহাংবা লম মরাং কাইনা লৈতবদগী মফম অমতদা পুলশিল্লগা শেন্নবনি। মথং মথং য়ুমলেংগী ওইনা পালি নাইনবনি। যন খুদিংগী থৌড়ীনা পুল্লবদি, লম-অয়াম্বা যন থরদনা কম্থোকই। হিরম অসিদগী ময়ামগী অপুনবা ওইনা যন-শেন্নবনি।

মনমুহোনগী মমানা মচাবু ব্লারুরবনি হায়হুনা ঙস্তানা চাকশংদা চংথরে। চাক ঙাইবা ওইনা মনমুহোন্না মাঙ্গোলদা স্কুলগী পারা ঔরাইনবা থৌরাং তৌরি। খুদক্তদা কনানো অমা মাঙ্গোলদা চংলকপা উরে। মনমুহোন্না থাউমৈ থাঙ্গৎতুনা মুন্না য়েংলে। লৈকাইগী ওইনা খুবাসিং থোকপা বিধু কৌবা নিপা অমনি। বিধুনা হংলকই—"ইবুঙো নং'পাজী লৈববা?"

মনমুহোন্না খুম্লকই—"ইমুংদা লৈ, করি হায়বগে খুরা?"

"লৈরক অহুম ফাংবদা খুন্দিন্নরি, মহুগী পাও পিরবা লাকপনি।" বিধুনা অসুন্না হায়রিঙৈ মরক অসিদা সন্ধ্যা য়াচংবগী

বৃন্দাদেবী খুরুম্বা দেবেন্দ্রসিংহহু থোক্লকই। 'খুন্দিন্নরিবা অহুগী মরমদা দেবেন্দ্রসিংহনা হংলকই—"ইবুঙো করিগী খুন্দিন্নরিবনো ?"

বিধুনা খুম্নকই—"ষম্না লৌ চাবগী ওইরমাম্লে তাদা, ষন মঙাখকশু ফাহুনা থমহৌই।"

দেবেন্দ্রসিংহনা হায়রকই—"লৌকমদি কনাগীনো, ষনবুনা কনা কনানো ?"

বিধুনা হায়রকই—"তা'ইবুঙো নিল্লগোপালগী পড়ী লৌদনি। ষনবুনা খুন্না ইবোহলগা ইবাই অঙোগগী ওইরমাম্লে।"

দেবেন্দ্রসিংহ ৱাফম অসি তাবদা ৱাখল মঙা তরা থোক্লা খল্লক্লে। মরমদি হায়রিবা লৌপুনে, ষনবুশিংনে ; লৌ শাল্লিবনে মিচং অমত্তনি। মতম পূম্নমক্তা দেবেন্দ্রসিংহবু য়েংশিন্দুনভা লৈরবা মীওইশিংনি। মপাঙ্গলদা মরৌশিংদা চাংদম চাংদম্নহুনা লৈনরিবনি। অঙাং ওইরিঙৈদগী দেবেন্দ্রসিংহ, মরিংজেল খাবা, মথৌনা লৈবা মীনি। লমজেল তান্নবদা, মুক্লা-কাংজৈ শান্নবদা মখোয়বু শাথিনা লাক্লখিবা কয়ামরুমশিং অহুগী মলোমনা মচা হাক্তুতকাওবা য়েংথিন্নবা মরম শিনবা লাক্লরক্লে, হায়বা অসি দেবেন্দ্রসিংহনা কন্না থাজরক্লে। হৌখিবা থৌদোক কয়ামরুম-শিংহু নিংশীংঙঙ্‌রবা মতুংদা বিধুগা দেবেন্দ্রসিংগা মীয়াম তিন্নফম অহুদা লাক্লে।

তিল্লম্নিবা মীপুমশিং অহুদা নহারোল অহললোল শুনা পুল্লমই। মরক অহুদা দেবেন্দ্রসিংহগী মীচংদি শরুক অহুম থোকপগী শরুক অমথক্তনি। মখোয়হুম্নু নহারোল ঙাক্তনি।

কাংবুশিং অসি ঙসাইমথৈ অমনা অমগী ব্রা ঙাংমৈ। তৌকঙ্গা শন্দোক্তুনা মুংশিনহল্লোইদবগী শীনবা কাংবুস্নু মফম অসিদা য়াওদবা নত্তে। মীয়াম তিল্লিবা অত্থুদগী খ্বাইগী অহল ওইরবা; ধর্ম্ম লৈরবা অমনা দেবেন্দ্রসিংহবু মতিকচাবা ব্রাহৈনা কৌশিল্লগী কমহল্লমই। দেবেন্দ্রসিংহনা অহল লমনশিংদা থুরমই। কাঁয় ব্রা মথা হায়রকপা হায়বত্থুগী ডাইত্থুনা লৈরি। অহল অত্থুনা হায়-রকই—"ইবুঙো দেবেন্দ্রদি শোক্লিবা লৌফম অত্থু উবিরমবরা ?"

দেবেন্দ্রসিংহনা চীং-লেম্না থুন্নকই—"উজদরি, লাইগুরুশিংনা খংবিরিবা অত্থু মঙাই। হৌজিক ময়ান্না করম্বা ব্রায়েম্না লেপ্প-বিরবগে ?"

অহল অত্থুনা হায়রকই—"মাগাসি *যনজিনপা ওইবত্থুদা ফনা নিংথীনা শোক্লমাল্লে, মসিগী ব্রাথোফপা, থৎন চৈনবা ফত্তে খন্নরম্লিবনি ; ঐখোয় খ্বাই অপুম্বস্নু।"

দেবেন্দ্রসিংহ—"লৌপুনবু করি হায়বিরিবগে গুরুজনশিংদঘু ?"

খুৎকন পাঙ্গল্লবা নিল্লগোপালগী মনাকমক্তদা রাবৈ কৌবা নিপা, চহী কুনগা নিপালমুক্তা গুরিবা পাখং অমা ফম্লি। মত্থুনা ব্রাহৈস্নু অপনবা লৈতনা খোঙ্গাও থাত্থুনা হায়রকই—"ইপা ইপলশিংনা শোক্লিবা লৌফম অত্থুগী মরমদা খংবিরিবা অত্থু মঙাই। যন তরামুক্তা নৈত্থুনা উকাই তকপগুম্না তক্তা চাখরবনি। মসিগী য়েংত্থুনা মতিকচাবা ব্রায়েনবিরো ?"

রাবৈ হায়রিবা নিপা অসিনা অসিগুম্লবা ব্রাহৈ হায়বগী

*যনজাবুংগী ত্থাইনবা লৌফম।

মথৌনা চাওনা লৈ। মবমদি মহাক নিল্লগোপালগী লৌ শানবা লৌমীনি। অতে অতে লৌমীসিংদগীস্থু চান্না তৌবা, লৌশানস্থু লৌ পড়ী অহুমগীদমক্তা ফৌপোৎ নিফুতমক তমহনবা ; লৌফমস্থু মাগীনা অফবা খন্দুনা উহনবা মীওই অমনি। অসিগুম্নবা রাবৈনা নিল্লগোপালগী অপাম্বা শীন্নবদা ইনফম থোকই। মথক্তা মনমুহোম্না হুমিৎ ময়ুম চংফাব্রিবৈদা যনগাবক্লমই হায়না পনঙ্খরে। মহুদা নিল্লগোপালগা রাবৈগা শীন্নহুনা যন খবা, লমখাংদগী অমুক হোইদোক্লগা মাগী লৌবুক্তা হোইজিন্দুনা লৌশিংহু পিজবনি। মতুংদা যনশিংহু মানা অমুক ফাজিল্লগা লৈকাইদা রাকৎপনি। রাবৈনা নিল্লগোপালগী মকুম থুপচহুনা কনাগুম্বা অমতা অকিবা লৈতনা রাফমহু ফোংদোকপ্রবা মতুংদা অহল অহুনা হায়বকই—"ইবুঙো দেবেন্দ্র মাগীসি মপোৎ শোক্লবা অহুদা শাওনিংহুনা অহুক মহায়জবনি। অহুগা শোক্লিবা পাম্বীশিং অসিগীদমক্তা লুপা য়াম্খে কোংবা তাবে?"

অহল অসিগী রাফমহু হেক তাবদা বাবৈদা নিল্লগোপালগী য়াথং অমতং ঙাইজরমই। অহুবু রাবৈদা য়াথং তৌবমদবে। তিল্লিবা মীয়াম অহুদা নিলগোপালনা হায়রকই—"অহল-লমন পুন্নমক মহুদি খজিক য়াম্মন্দে। অশোকপা লৌফম্না মাংহনবিবা ফত্তে। মসি মতুংদস্থু খর খর চেকশিন্নবা রাকোংশেলহু লুপা চামা ওইহনবিযু।"

অহল অহুনা হায়রকই—"হোয়, হায়বিরিবহু চুমই। হৌজিক হৌজিকমক লৌফম অসি মরু অমতা লোকপা য়াররোইদবা

নত্তে। লৌফমদগী লোক্কদোবা ফোতুগা, শেল অসিগা চান্নরমাল্লে; মসি খন্নদুনা ব্বারেপ অসি তাখরবনি। তৌবস্তু মসি শাবুক-ঙাবুক্কি খর খর য়েংনবনা কৈ। শোয়বা হায়বা অসি মীপূম খুদিংমক্কীস্নুনি। ঐহাকপু খুঙ্গংগী অহল অমনি হায়দুনা ইচিল চৎপিগদবা লৈরবদি ব্বাবেপ অসিদগী হোংহনবিগন্নু।"

নিল্লগোপাল অদু মীয়াম মমাংদা ইকাইবা নংলে, হায়-রকই—"ফরে ফরে, লাইগুরুশিংনা লেপ্পবিখরবা অদুদা অতুম্মক ওইহনবিরো।"

দেবেন্দ্রসিংহনা ব্বাফম পুন্নমক্তু তারি। মুংঙাইতবদু উহন্দনা ময়ামদা হায়রকই "লাইগুরুজনশিংনা, তাকপিবদুগী মতুং ইন্না, শেল লৌজরুখিগে।"

অসি হায়রম্লগা দেবেন্দ্রসিংহ চৎখরে। দেবেন্দ্রসিংহদুনা চৎথ্রি-ঙৈদা মীয়াম অদু অমগা অমগা ব্বা ঙাংনৈ। অদুবু মদু পল্লুবগী মতাং অসিদা কান্নবা লৈতে। লুপা য়াম্খে অদু পুরক্তুনা দেবেন্দ্রসিংহনা অহল অদুদা পিবক্লে। অহল অদুনা অমমমতা মশিং থিদুনা রাবৈদা পিরে। অদুগী মতুংদা অফাবা ষনশিং অদু মপু মপুদা শিন্নরে। মতুংদা তিল্লিবা সভা অদু কায়রে।

নুমিদাং অদুদা মনমুহোন্না মপাবুং লাক্লগা করি হায়রগবা হায়বসিগীদমক্তা খন্দুনা থব্বাই ব্বানা লৈরমই। অদুবু দেবেন্দ্র-সিংহনা হল্লক্লগা করিগুম্বা অমতা ঙাংবা চৈবা তৌরদরে। মহৌশা-গুম্না ব্বা ইঙাং ঙাংদনা লৈরে। অদুফাওবা মনমুহোন্দি মপাবুং উনদনবা অহিংদুমা নাথৈখরে।

নোং ঙাল্লগা অয়ুক ঙস্তানা, তাইবংগী অন্না অনা মশক খংজত্রিবা মনমুহোনবু ফমুংদগী দেবেন্দ্রসিংহনা হৌদোক্লরে; মাগী শেংমনবা ফিরোন, তম্নবা লাইরিকশিং অপূম্বা পুথোক্লগা হায়রকই— "ঙসিদগী ব্রাহেং লৈকাইদা নংগী মাম্মগী য়ুম্বদা লৈরুগদবনি। মফমত্তুদা লাইরিক নিংথিনা তম্নবা শীন্নখরবনি।

মনমুহোন অত্তু ব্রা ঙাংদে, অত্তুম্মক মফমত্তুদা লৈপ্পুনা লৈরে। মত্তু উবদা মমানা থেমজিল্লক্লে। মমৈথংদা মনমুহোন্দু চংননবা থৌরাং লোইখরে।

"চংখরো পিক্লিবা অঙাং নহাক্কী নতিক নঙুন লৈরবা অত্তুনা খল্লকপা খুদিংমক্তা মঙ্গলগী মশক ওইরবা, অত্তুগা থম্মোইদা চাওজরবস্থ লাইবক্তা নেম্লবা; অমৃত চেল্লবা পোক্লফম লমদমসিদগী।"

# মঙাঙ্গবা মতাং

## লমচৎ হোংবা

চহী অনি হৌখরে। রাজেশ্বর অত্তু মপুং ফারবা পাখং অমা ওইরক্লে। অম্সুম্না চাওশিল্লকপগা লোইননা মহাক্কী অঙাং ওইরিঙৈগী ব্রাখল অপূম্বত্তু পুম্মাং মাংখরে। য়ুম্নুংদনা লমচৎ অমা, মপান্দনা শাজৎ অমা চংলক্লে।

নোংমা স্কুল কানবা মতমদা রাজেশ্বরনা মপাবুং উত্রিঙৈদা

য়ুম্নদগী মপান্থোকহৌনবা কন্না লাক্লরি। লাইরিক মচা অমা পিক্লা ময়াইদা থেকচিল্লে, অতুদগী খোঙ্গ্রাও মনিংগী খাওদা হ্ল্যাপচিল্লে। তপ্পা তপ্পা য়ুম্নংদগী থোক্লক্লে। মতম অতুদা মমা ইবেম্মা কুঞ্জমনি নিংশীঙলক্লে।

· নুংঙাই য়াইফরবা য়ুমতুগী চুম-শো অপুম্বা য়ুম্বুরেলবিগী মখুত্তা লৈ। অতুনা মশাগী মরন্নাই নিংথিনা লৈজে। মহাক্কী লৈজরিবা মরন-মথুম অতু মচাগীদমক্তনি। হৌজিক্তি মতুগী শিজিন্নফম রাজেশ্বরদা ওইররে। স্কুল চৎলমদাইদা মমাগা লোন্না হেক হেক উনৈ। কুঞ্জমনিনা মচাগী মতৌতু য়েংননবা লোৎতুনা লৈথোকই, থিহল্লকই, অস্থুম্না লোইনরগা মমাগী অপেনবা ফংজে। য়ুম্বুরেল উহন্দনা পৈশা পি। মসি পুম্বসি চন্দ্রসখীদি উবস্থু ময়াওই। মহাক্তি নিপীমচানি, চুম্নতগী খংজবতনি। নোংমা ফাদোক মপুক্লিং নুংশিরক্লগা হায়রকপস্থু য়াওই— 'ইমানা ঐঙোন্দগী য়াম্বুংনা হেন্না নুংশিরিবা করিগীনো?' চন্দ্রসখীগী ৱাসি তাবদা মমানা খুমই—'ঐনা পোকচবদি নবানিদনি চপ মান্ননা নুংশি।' মচাশিংগী মফমদা মমা মপানা খর ঙাওগনবা, লমহেনবা ওইবশিংতুনা নুংশিবা হেল্লি হায়বসি, নৌরিবী নিপীমচাতুনা করম্না খংফম থোকই। কুঞ্জমনিনা য়ুম্বী মরুমদা লোৎলিঙৈদা রাজেশ্বর চংলকপনা হাল্লরে। থুনমক মমাগী মমাংদা লেপ্পরে, অতুগা মখুৎ তিংথোক্লরে। ৱা অমুক ঙাংনদে, রাজেশ্বরগী মখুবাক্তা লুপা মঙা চৎপি নোট অমা হাপ্লক্লে।

রাজেশ্বর অমুক পম্থরম্বা তৌদরে। কাতুদগী থোক্লক্লে।

য়ুমুংদগী মপান হেক থোক্লকপগা মাইকৈ মরিমক্তা য়েংই। অহুদগী অশম্বা লৈকোনগী লম্বীদা তপ্পা তপ্পা লাকপা হৌরে। লাইবক থিবনা লমখাংদা মপাবুং থেংনরে। নিল্লগোপালনা হায়রকই—"রাজেশ্বর স্কুলদা চংপবু লাইরিক পুদরবদি করি তমগদৌরিবনো ?"

রাজেশ্বর খোংথাঙহু তপথরে, থুনমক মাগী তুংগী খোঙ্গ্রাওগী থাওহুদগী পিক্লা থেকচিন্দুনা হাপখিবা লাইরিক মচা অহু লৌথোক্লগা মথুংনা পাইরে। মহু মপাবুং উননবনি—। রাজেশ্বরনা হায়রকই—"স্কুলদা লাইরিক মাংনবনা লোইরে, অহুনা অয়াম্বা লাইরিক পুদরবনি।"

রাজেশ্বর উচিন নাচিন্না নাম্থোকচরক্লে। লৈকোমুংদা করি করিনো ভাংহৌই, অহুবু মহু থৌওইনা তাখিদরে। খর চংলগা লম্বী অচৌবা অমা ফংলে। মহুদা উরে, ছাত্র ময়াম কাংবু কাংবু চংলি। মহুদা রঘুমণি অমস্তুং নিল্লচন্দ্র য়াওরি। মখোই অনিহু উখিদনবা খোং লম্বী অমদা লৈশিন্দুনা লৈরক্লে। খোং লম্বীহু অরাং পাংনা চংশিনখরি। লম্বীহুগী খম থেংবদা রঘুমনিগী য়ুম লৈ। রাজেশ্বরনা য়ুমহু তম্না চংলক্লি। কোম্থোং ময়াদা পুম্ব্র মচা অমা লৈ। মহুদা কনানো অসিদি, নিপীমচা অমা থোঙ্গ্রাদা মখোং থাদরহুনা; পুম্ব্রিগী ঈশিংদা কাওহুনা শান্নরি।

ঈশিংহু তরু-তরুই, য়াম্না ইংবগী মতৌ তৌই। পুম্ব্রিগী মপাম্ভংবা শরুকশিংদা শম্বল্লৈনা থাজিল্লি, মহুগী মথক্তা শেবোং মাইরেন অমস্তুং মরিচংপা হরাইনচিংবা কয়ামরুম্না কুপশিন্দুনা

ইশুক শুক্লা উরি। য়ুম্নংলোমগী পুঞ্ৰি মপানলোমদা শিঙ্গারৈ পাম্বী, খাগী লৈহাও, লফু পাম্বী অমস্মুং থৈবোং পাম্বীনচিংবসু কয়া হৌরি। পুঞ্ৰিদু শুহাগী মতৌগুম্না মুংশা মঙাল নিংথীনা ফংদে। মহুমক্লা ঈশিংহু ইংবনি। অইংবা ঈশিংহুদা থম্বাল শাংলি, থরো পোমলি।

নিপীমচাহুনা ঈশিংহুদা কাওহুনা শান্নরি। পুঞ্ৰিগী অইংবা ঈশিংহুসু তোংঙাল্লি, নিপীমচাহুগী কুচুহুসু তোংঙাল্লি। মহাক্লা ফনমক পামজহুনসু থক তিন্নশনবদি ময়ারক্ত্ৰবনি। ঈশিংহুগী ঈথক লৈ, মহাক্কীসু ইথক লৈ; অনিহুসু থক পকশিন্নবদি য়ারক্কে। মসিদি লাই-রদনা, মহাক্কী অশাংবা শময়ামহুনা লৈচীলগী মতৌগুম্না শন্দোক্লবসু, কুচুহুনা থাজগী মঙালগুম্না ফাওদোক্লকই; থক লোৎতুনা থম্বা ঙমদে। অমুক্লা অমুবা ফুরিৎ, অঙাংবা ফনেক, অঙৌবা ফুরিৎ, অশংবা ফনেক; মচু মচু করি কান্নগনি। মখোইগী মপান তাংজগবরা থল্লুরগা, মখোইনা কুচুহুদা তাংলরে। অশাংপা থম্বালদগী পোমশাংনবিনা ঈশিংনা হেন্না পামজে। থম্বালনা ঈমায়দগী থজিক্তুং কাখৎখিবদা থম্নানা লোৎপিগে থল্লবসু ঙমফম থোক্কে; অমা, অমা ঐখোই খংদে, থম্বাল ফজে, ঈশিং ইংই, তরু তরুই, ঈথক কাই, তাংথক নাই। নিপীমচা অসি ফজে, মাইথোং নিংথী।

ইনখৎলক্লিবী নিপীমচাহুদা রাজেশ্বরনা য়েংলি। ঈশিং মরিক মরিক্লা মাইথোং তম্না চোংখৎলক্লি, মহুগী মরক্তা লেপ্লিবা রাজেশ্বরবু নিপীমচাহুনা উরক্লে। ঈশিংহু শান্নখিদরে, থোঙ্গ্ৰা মখক্তা খোং চিংখৎখরে; অহুদগী তুরোই ঙারোই হৌগৎলক্লে। মতম অসিদা

রাজেশ্বরনা হায়রকই—"রাধামনি, নখোইগী রঘুমনি চৎখরবরা ?"

ন্নাহং অসিগী পাওখুমদি রাধামনিনা থোইনা খুমনিংউবা পোক্তরে—"করিগী চংবিরকইবনো" হায়না শাওনিংনা খুম্নকই।

ন্নাফম অনি অসিগী খেন্নবা মওং করিনো ? থক নকশিন্নবা ময়াররোইদরা ? করম্নস্থ ফোংদোক্কখ্রিবা ; অর্থ লৈতবা ন্নাবু নিপা অমস্থুং নিপীনা থক শিজিন্নহন্নিংদে। ঐখোইনা করিগুম্বা মরম খর ফংবরা য়েংসি।

রাজেশ্বরনা অস্থুন্না রঘুমনিবু তিন্নবদগী তত্তনা চংই। অতু ওইহনস্থ রাধামনিবু অস্থুন্না উনবদি থক ফংদে। অয়ুক চংই কান্নদে, সুমিদাংন্নাইরম চংই অরেস্বনি। ময়েক খংঙমদ্রবা ন্নাখল খরা খল্লগা লাকই। পুন্নমক অসিগী খুদোংচাদবদি রঘুমনিনা ওইররে। মতম অমদা মাগী পুক্লিংগী অরোনবা অতু খংবিনবা কনাস্থ লৈজদে ন্নাজরস্বতু ; মতুমক্লা হৌজিক্তি মহাক্লী য়েক্লবা ওইররে। রঘুমনিনা স্কুল কাখরব। মতুংদা রাজেশ্বরনা হৌরবা শাশিন্নরতুনা চংলকই। অস্থুন্না রাধামনিবু উনবদি উনরে, উনরে কান্নদে। মসিদা ইখোল-সুংগী অঙাংশিংনা উখি, নোংমস্থ অসি মঙাই। রাধামনিনা অঙাংশিং শান্নবদা হেক য়েংঙুই, মহাক্লা অঙাংশিংবু লংনক্লই, শান্নপোৎশিং মুল্লুই, খজাইদা হেক শিকলুই, মখোং মখুৎ হেক ফাজিন্দুনা থমলুই ; মতম অতুদা—অঙাংশিংনা মখোইবু সুংশিবদগী লংনরিবনি হায়বসি খংদতুনা শাওরকই, চৈরকই—"রাজেশ্বর"। রাজেশ্বরনা মাগী অশাওবি ওইরে। করিগুম্বা লম্বীদা রাজেশ্বর লাকপা উরগা রাধামনিগী মনাক্তা অঙাংশিংতুনা চেনশিল্লগা,

চাক থোংলিভৈদা, ইরুজরিভৈদা, ফি শারিভৈদা, অহলশিংগা চাক চামিন্নরিভৈদা "ইবাই লাক্লে"—"ইতৈ লাক্লে" অস্থুন্না লংনরে। মতুদা রাধামনিনা কয়াদা ইকাইবা নংখিবা মশীং খংখিদরবনি। করিগুম্বদস্থু তাঞ্জা চানা রাজেশ্বরগা অঙাংশিংগা উনবা থোক্লবদি মঙোন্দস্থু লংনৈ অমুক্লা "ইতৈ, ইবাই"; অমুক্লা "ইচে রাধা" অস্থুন্না, মবানিগী পুক্লিংদি কনানস্থু খংনদে। থেংনবদি অসিগুম্বসি তত্তনা থেংনরে। মসি পুম্বসি রাধামনিগী, নবকুমার কৌবা শাখিরবা; মশা-মউ ফরবা মবুং অমা লৈরি। মানস্থু মচনগী পাওথোকপা অসি তারগা শাওত্থনা হেক হেক রঘুমনিদা, রাজেশ্বর চংহনগন্থু হায়বসি তত্তনা হায়। রঘুমনিদি নবকুমারগী মখুরানা পোকপনি। ময়াম্বনা ফনা হায়ত্থনস্থু মাগী মরুপ রাজেশ্বরগী পুক্লিং খংবনা থোইনা চিংনবা পোক্লমদে। অমরোমদা মচন্নিপীগী পুক্লিংস্থু নিংথীনা খংই। রাজেশ্বরগীদমক্তা ময়াম্বদা হায় "না ঐগী মরুপ্নি, মানা করিস্থু অকাইবা চৎতে"। মসিনস্থু রাথোক অমগুম্না ঙাংনরক্লে। মরম অসিদগী রাজেশ্বর অত্থু হান্নগুম তোইনা চংবত্থু লেপ্পক্লে। করিগুম্বদস্থু শুকচং চংদনা লৈথোকউরে। স্কুলদস্থু খক চংউদ্রে, অস্থুন্না ঙাওচৎনত্থনা লৈরক্লে। রাধামনিবু উননবা অচেংবা মতম ঙাইবনা মাগী মথৌ ওইরক্লে।

রাধামনিগী ইমুং মমুং মী য়াম্মী। ঙম্নমক্লা মী নিপাল চাই। মবুং মপুব্রাশিংগী হোৎনবদা মাদি লাইরিক লাইগু তমহনবা ঙমদে। মবুং নবকুমারদি লাইরিক নিংথীনা তমই। নবকুমারগী হোৎনবদা— রাধামনিবু থাজ য়োনজবগী মতম ওইরক্লবা ফাওবদা

মমা মপানা লুহোংবিবা ঙমদরে। রাধামনিনা তমথিবা ব্রাফম অসি অঙাংশিংগী মচিন্দগী কয়ারক হন্না তাখরবস্থ অঙাংশিবু খক শাওহুনা ফুখিদে, অহুগুম্বা হায়গনবা অঙাংশিংহুনা মহাক্লা চাল্লি, মুংশি। পাওথোকপা ব্রাহৈশিমক তাখিদবা খজিক কুইরক্লগা থৌওইনমক অঙাংশিংবু কোইখোম খোমহুনা শান্নমিন্নরুই। মহু পাওথোকপা ব্রাহু তাননবনি। অঙাংশিংদি খল্লু খল্লুবা মতমদা অহুক হায়বতনি। মখোইদা শাওনবা তৌরুরগা হায়নি হায়রোই খংদনা পল্লকপনি। মসি খংলক্লবদা, রাধামনিনা অঙাংশিংবু মরম ইচা চাদনা শাওহল্লুই; অসিগুম্বসিনা মাগী মতম ওইরে। মমৈথংদা রাজেশ্বর মশামক্তা শাওরক্লে। মানা খর তোইনা চংলক্লগা অঙাংশিংনা লংনবা হেল্লি। ইনখৎলক্লিবী, হকচাংদা ইরাং খংলবী নিপীনবু য়ুম্বালবগী ব্রা তারগা শাওশিন্নহুনা ইকাইবা খংদবা কনা য়াওবগে? মরম অসোমদগী শাওনিংনা "করিগী চংবিরকই-বনো" হায়না রাধামনিনা হায়খিবনি।

ব্রাফমহু তারগা রাজেশ্বরনা থোইনহুম পুক্লিং মুংশিরক্লে, হায়রকই—"ফরে রাধা, ঐহাক্লা চংলক্লগা নহাক য়াম্না শাওরে; অমুক চংলক্লরোই।"

রাধামনিনা ব্রাফমহু পুক্লিং চংনা তারে। মাগী ব্রাফমহু কয়ামুক কায়গ্রবনো, খন্দুনা নিংশীঙহুনা লৈরক্লে। মাগী মমিৎ অনিনা ঈশিংগী ঈমায়দা য়েংলি। নিংঙমদবা মিৎয়েংনা অমুক্তং চোইথোরক্তুনা রাজেশ্বরদা য়েংলক্লগা হায়রকই—"ঐহাক্তি শাওদে, মীগী মখোংবু ঐনা থিংউবা ঙমদে; চংবিরকে, চংবিরক্লোই অদোমগী ননিংনি।"

রাজেশ্বর পুক্লিং থেমজিল্লক্লে, তপ্পা তপ্পা হায়রকই—"রাধামনি, ঐগী ইরমগীদমক্তা নহাকপু পাওথোকপিবা অসিগীদমক্তা ঐহাক হুংঙাইরক্তে। ব্রাফম অসি হায়গে নিংহূনা লৈরকপা কুইরবনি, অতুবু লাইবক থিবনা খুদোংচাবা মতম ফংখিদে। মীনা ঙাংনবা অসি অশেংবমক ওইরম্লবদি ঐহাক থোইনম্ল ইকাইরম্লোইদবনি। ঙসিফাওবদা ইবানি কৌনবদগী হেন্না ব্রা ঙাংনদে, ব্রারী শাখিদে। ঐহাক্লা নহাক্লী তাতোন রঘুমনি তিন্নরমত্রবদি পাওথোকপা ব্রাফমত্থু খক তাবা ফংলমলোইদবনি। মসিগীদমক্তা ঐহাকপু শাওগন্নুকো?"

পুক্লিগী থোঙ্গাত্থু ব্রানা শাবনি। মত্থুগী মথক্তা রাধামনিনা লেপ্পি। মাগী খোংবি মপামক্তদা ব্রামিৎ মচি হিদোকখিবগী লেমহৌবা শরুক খরা হেন্দোক্তুনা লৈ, মত্থুদা নহালম্মুকম্ল ফদি পন্দুনা শেগাইখি। মত্থুদা খোংবিহূনা তক্ল তক্লহুনা রাজেশ্বরগী ব্রাফমশিংত্থু তারি। লেপ্লম্বদগী রাধামনি ফমথরক্লে অত্থুগা হায়রকই —"হায়নিংবা মখৈ হায়জশন্নু, চংলকউ।"

রাজেশ্বরত্থু তুমিন্না উয়ুংগুম্না লেপ্পুনা লৈরি। রাজেশ্বরগী থমোইত্থু খংহৌদনা ইথক ইরাং অমদা তাওরক্লে, হায়রকই—"ইগী হায়নিংবা ব্রাদি য়াম্না লৈখরে, তাঙ্গাচাবা মতম অমা ফংহনবিরবদি ঐগী অশেংবা ব্রারোলমখৈ শেংদোকচগে?"

রাধামনিনা মখুৎনা ঈশিংদা হাইর হাইরহূনা খুম্লকই—"য়াচংবদা, পুক্লি অসিদা হেক হেক উনশি।"

রাজেশ্বর মশা মতোমত্তগী থমোইবু থাগৎচরক্লে। মতম

অসিদা রাধামনিগী মমানা পুশ্নিহু তম্না লাকপা উরে। তফিং তফিংনা রাজেশ্বরনা "রাধামনি ইমা লাক্লে, ঐহাক চৎলগে" হায়রম্লগা কোম্থোং মরুমদগী তপ্না তপ্না লৈথোরক্লুনা লম্বীথুদগী থোরক্লে। রাধামনিদি মফমথুদা অথুম্মক লৈহৌরে।

রাজেশ্বর মফম অথুদগী থোরক্লগা স্কুল তম্না লাক্লে। স্কুল য়ৌরক্লগা শঙ মরুম অমদা চংলগা য়েংলি। ছাত্র অমত্তসু শাম্ন-ফমদা অমদি স্কুলগী মাঙ্গোলদা লৈবা উদ্রে। মাগী ক্লাসকী মিহুৎথোংদা অমুক উরক্লে, ওঝানা ছাত্রশিংদা পারা হংলি। পারা কাদবা ছাত্র খরসু ফাল মথক্তা লেপ্লি। ওঝাথুসু শমখোইবথুনি। রাজেশ্বর ক্লাসতা চংগদবা তল্লে। করি মতাংগী পারা ওইরিগবা হায়বা অথুফাওবা নিংশীঙবা থোকখিদরে। মমৈথংদা অমুক উরক্লে, রঘুমনিগা নিল্লচন্দ্রগনা মিহুৎথোং অমদা মথুং থিন্দোক্লক্লুনা; চংঙক্কসু হায়বগী ইঙ্গিত তৌরকই। তাঞ্জা য়েংলগা অহানবদা নিল্লচন্দ্র মথংদা রঘুমনি মিহুৎথোংদা চোংথরক্লে।

রাজেশ্বরগা মখোই অহুম উনরে। অমগা অমগা মফি-মরোলশিং অথু শেম্নরথুনা নাম্থোক নানশিন তৌনরি। মখোই অহুম্মক অমুক হায়নরুবা লৈতনা সেনেমা হোল তম্না চৎনরক্লে। লম্বীদা চৎলি, মখোই অহুম্মক মুংশাদা তারিবা মমি অথুদা শমহাৎ কাইবরা হায়নসু মা-মাথুনা য়েংনরি। মথংশিংনা সেনেমা হোল য়ৌরে। ব্লা ঙাংনদে; রাজেশ্বরনা টিকেত ককখরে। অথুগী মতুংদা হোটেল অমদা চংলক্লে। মফমথুদা য়ু য়োল্লি।

# তরুকশুবা মতাং

## চিঠি থাবা

নোংমা মুমিদাংবাইরম অমদা চন্দ্রসখীনা 'নয়ন পুম্রি' গী থাক থাক নায়বা শীড়ীগী মপান অকোইবদা তপ্পা তপ্পা চংলি। অত্তুদগী ঈশিংগী ঈমায়গা তাইনবা থাক অত্থু তম্না কুমথরক্লে। ঈথক ঈপোম লাংদরবা শংবান্নরবা ঈশিং মথক্তুদা চন্দ্রসখীগী মমি তারি। মত্তুদা মিৎ কুপ্তনা য়েংবা হৌরক্লে।

'নয়ন পুম্রি' হায়বা অসি চহী চামারোমগী মমাংদগী লৈরক্লবনি। চাওরাক্লা গজ চামারোম শাংই, য়াম্খৈ পাকই। মাইকৈ মরিমক্তা চেক্লা থাক থাক নাইনা শীড়ী চল্লি। পুম্রিগী মপান অকোইবদা তিংথোনা চাং মান্ননা গজ তরামুক্তু ঈশং শংমা নিংথীহল্লি। মত্তুগী মথংদা নেমতক নেমতকপা মনাপুংলবা উপাল, হৈপালশিংনা শিনবা থুংনা পরেং পরেং নাইনা লৈকোন তম্না হৌখরি। লৈকোনমুংগী অরোইবা ওমখৈদা 'রাধা মাধপ' লাংপা মন্দির অমমুং মাওপ লৈ। মত্তুগী সেবা চৎননবসু ব্রাহ্মন অমসু থমই। মসিগা তাইনবা নোংচুপথংবা শরুকমখৈ মফম চানা চানা মুংঙাই-য়াইফবগী মঙংদা নিল্লগোপালগী শঙ্গাইত্থু লৈখরে। কোনমুংগুম্নবা মফম অসিগী মপু অত্থুদি নোঙ্গাখরে। মাগী সমপ্তী অপুম্বা মচা নিল্লগোপালগী ওইহৌরে। মাগী মমিংদা খংনরবা 'নয়ন পুম্রি' হায়বা অসিবুদি কনা অমগীসু হোংবা য়ারমদরে।

চন্দ্রসখীনা ঈশিংদা তারিবা মমি অত্নুদা মিং কুপ্তনা য়েংলি মাগী মপুংফারকপগী শকওংহু উরগা মশা মতোমতা খোইরাং খোইশাওনবা পোক্লক্লে। অত্নুদগী করিগুম্বা ৱাখন অমা লাক্লে। নৌরবি খুৎতুনা ঈশিংগী ঈমায়ত্নুদা শোক্লরে। ঈমায়হু ঈথক ঈপোম লাংলে। পুঞ্জিগী লৈরাই য়োঁওম য়োঁওমদনা ঈথক ঈপোমহু মথং মথং মাংখরে। চন্দ্রসখীনা, অঙাং ওইরিঙৈগী শকতমহুগা; হৌজিক্কী ওইরিবা মওংহুগা মীশক অনিথোক্লা ঈশিংহুদা উরক্লে। শকতম অনিহু ৱারী শাবা হৌরক্লে, মহু অমনা সখীনি; অমনা চন্দ্রনি।

সখীনা হায়রকই—"লৈকোনগী অকোইবদা চেন চোংহুনা শান্নজবা, অশাংপা লৈ হেক্তুনা পরেং লেংবা। অকেনবা লৈ খুন্দুনা লৈতগী লৈপুং শেম্বা। চাক থোংবি শান্নবা। হুংশিজবা ইমা ইপাদা ওইনজবা, অন্নাবা ৱাখন অমতা খংলমদবনি। মহু পুম্বহু কদাইদা মাংখরে ইতা—?"

চন্দ্রনা খুম্নকই—"মতম্না পুঞ্জবনি ইতা। অমুক ফংলরোই-দবনি। তৌরু তৌরুবা থবক্তা, লাইরিক ঔরাইবদা, তুম্বদা, চৎপদা, ৱাখন লক্ষে অমনা হেক হেক অচিকপদা পুথোক্লগা থমোইদা অন্নাবা পোকহনবা ৱাখন খলহল্লবনো। ঐগী, তুংদা করি থোক্লগদবা; খল্লুবদা ৱারেনে ইতা।"

"অঙাং ওইরিঙৈগী থোদোকশিংহুনা নংগী পুস্নিগী অন্নাবা ওইররবনি। লৈরাংনা পোমলিঙৈদা শাৎনিংই, শাৎলক্লগা কেনগন্রা ৱাই। মসি কনানা থোকহল্লি চন্দ্র?"

"চন্দ্র হায়বা ব্লাহৈত্থমক্তা ব্লাহনবনি। পোক্লকপদগী ঙসি ফাওবদা মতিকচাবা নিপী অমা ওইননবা ইমা ইপানা হোৎনবিরী। পূম্নমক তম্বীরকপদগী খংলকপা ঙাক্তনি। অত্থবু কনানস্থ তম্বীদরবা মুংশিবা অমনা করম্না চিংত্থনা পুরিবনো। মুংশিবা হায়বা অত্থবু মত্থপুবা লিনগুম্বরা, নত্রগা হিংচা য়াইতম্বরা? মাগীদমক্তা ব্লাদবসি করি লৈ?"

"মীমুংশি খংদরবা মাবু করম্না মুংশিরি। লৌনম চাওবা ভৌঙম্বা অত্থমক্তা অঙাং ওইরিঙৈগী মরুপ্পি। মাতনা নংগী অব্লাবা ওইরিবনি। খক নিংশীঙঙ্‌রম্থ ইতা।"

"অত্থম্না খল্লু খল্লুরগা থোইনা হেম্না ব্লাহল্লি। শুক্তাও কাওবা ঙম্লক্তে। মাদি খৎনখরে, কৌনখিদবা চহি অনি হেল্লক্লে, ঙসি-ফাওবদা মাগী ব্লা ঐনা তাদে; ঐগী ব্লাস্থ মানা তাদে। মহাকপু কাওরো, অব্লাবা মুংঙাইতবা থবক্তি খক নিংশীঙঙ্‌রগস্থ হায়বসে ইন্দ্রেনে ঐগী থমোইসে।"

"মাগী থমোইদি মুংগুম্বনি, নহাকস্থ মাগুম্না থমোই কনবা ঙমউ। নিংশীঙদ্রবরা— 'নহাকস্থ নিপীমচানি, ঐস্থ নিপামচানি' হায়খিবদো মহাক্না?"

"মাগী থমোইনা ফনমক কল্লবস্থ, ঐদি মাগুম্না কনবা ঙম্লক্তরে। মহাক্না হায়খিবত্থ নিংশীঙ নিংশীঙঙ্‌রগা, ঐনতা লাল্লম্লে। অমুক্তং উনরগা, খৎনখিবত্থ শেংতোক্লনিংই। মত্থস্থ মহাকপু মুংশিবদগীনি।"

"চুমই, মহাকপু মুংশিবদগীনি, খৎনখিবত্থ। মসি মহাক্লস্থ

খংলমগনি। মাস্থ নহাক্নুম্না মুংঙাইতবা পোল্লমগনি। মশানা মশাবু খক কাওনদে। মতুদা কাওনরবদি মতু অশিবনি।"

"অতু ওইরগনা চিঠি অমা থারগে, মতুদা হায়নিংবা 'পুম্বতু শুগাইনা ইগ্নগে।"

"নহাকপু চিঠি য়াম্না ইগ্নবদাই, মতুদি নহালমখৈ করিগী পীদে?"

"ইকাইরুবদগী ঙমহৌদবনি। চিঠিদি কনানা পিবীরুগনি?"

"ইচেমাদা পিহল্লু। নহাকপু মচাগুম্না মুংশিবনি।"

"অং ইচেমানা মাগী মরমদা হেক হেক ন্নারীম্থ শারে।"

"কুইনা উত্রবা শকফমতু য়েংনিঙঙক্রু?"

"য়েংনিঙঙই, ঐহাক্কী মপুং ফারক্লবা শকতমসি মানদি য়েংনিঙঙম্লোইদরা?"

"লাইরিক তম্বা কাথোক কাশিন্দা উরম্বস্থ কনানা খংবা।"

"ঐগী ন্নাখনশিনা লাল্লম্নবদি? মহাক্না ঐবু কাওবিরম্লবদি?"

"অতু ওইরবস্থ— চিঠিগী মরোন তারগা খংগদবা লৈরে।"

অম্মুম্না নৈনবা মখৈ নৈনরুরগা চন্দ্রসখী অতু মিৎলু অনিদা পিগী ঈরা চেল্লক্লে। থাক্কুদগী তপ্পা তপ্পা কাখৎলক্লে, অতুগী মতুংদা লৈকোনন্নুং তম্না চংলক্লে। লৈকোনন্নুংদা চিনীচম্প পাম্বী অমা হৌরি। মতু য়াম্না নেমই, মাগী মশা মরেংদা মনাশিংনা কুপথরক্কুনা লৈমাইগা শম্নররে। মশা মরেংশিংতু কাংখৎলগা য়েংবদা পাম্বীতুগী অকোইবা শরুকশিংতু ইহাং হাংনা লৈ। মতুদা চন্দ্রসখীনা হেক হেক শান্নে, অমস্থং পোখাই। মফমতুদা চংননবা চন্দ্রসখীনা শেম শারক্লে। খংহৌদনা অশাৎপা চিনীচম্পগী

লৈনম তারক্লে। খুদক্কুদা খোইমু অমসু পাইরক্কুনা অশাৎপা লৈরাং অহুবু থিররে। চন্দ্রসখীদগী, খোইমুহুনা হান্না অশাৎপা চিন্নিচম্পহু থেংনখরে ; থিন্দনা লৈহী চুপ্পা হৌখবে। নহালমখৈদি লৈকোন্দা শাৎপা লৈশিংদ খোইমু কয়া পাইবক্কুনা লৈহী চুপ্পবা মতমদা চন্দ্রসখীনা লৈতুম্না থাহুনা, চৈনা কন্দুনা হেক হেক তাম্হোকই। ঙসিদি মতৌহু তৌদবে, তুমিন্না লেপ্পুনা য়েংহুনা লৈরে। মমৈথংদা মপি তৈথোক তৈথোক্কুনা য়ুম্নুংদা চংলক্কুনা মাগী কাদা ফম্লরে। অহুদগী চে কলম লৌথোক্লগা চিঠি ইরক্লে :—

ইতৈ,

অঙাং ওইবিঙৈগী থৌদোক ময়াম অহুনা ঐগী নিংশীঙ-হনবগী মরম ওইহুনা ঙসি ঐগী পুক্লিংগী ব্লাফমদি ফোংদোকচখিবনি। ঐহাক্তি নহাক্লুম্না মুঙগুম্বগী থমোই ওইবা কদাইদগী ঙমগদগে। নিপীমচা কবিসু খংজদ্রবিনী। মতম কয়া হৌখরবা অসি ঐগী অন্নাবা ঙাক্তনি। মুমিং অহুদা ঐনা শাওখিবদি হায়নবা শোইবহুগী-দমক্তনি। ঙাইবিরমদবগী মরমহু হংলবা মতুংদা শাওরম্লবদি মসি থোকওইদবনি, খংলক্লে। মসিগীদমক্তা মুমিংতুদা য়ুম য়োরগা মিৎতগী পি তাখি। মসি পল্লুবগী ঐগী কান্নবা লৈতে।

নহাক্লা, ঐবু পুন্সি অসিমগী অসুম্মক কৌনদবা হায়বহুমা ওইরগদ্রা ? নহাক্কী থমোইদি মুঙগুম্বনি, ঙমখিগনি। ঐহাক্তি ঙমদহুনা ঙসি অমুক ইকাই-ইকি থাদোক্কুনা ব্লারোল অসি

ইজরিবনি। ঐগী পুন্সি অসি নহাক্লা লমজিংরিয়ু। ঐহাক্তি নহাক্কী নফমদা করিস্নু ইকাইবা লৈতে।

নহাক্কী
চন্দ্রসখী দেবী।

চন্দ্রসখীনা চিঠি অসি হন্না হন্না পারে। অহুগী মতুংদা চিঠি অহু পুরগা য়ুম্মুংদগী মপান্থোক্লক্লে। মাগুপ ময়াদা ফৌগুখোং লৈ। মফম অহুদা মীয়াই হেন্না লৈশিল্লক্রবী নিপী অমা ফৌ গুরি। মহুগী মনাক্তা চন্দ্রসখীনা চংলক্লে, অহুগা হায়রকই— "ইচেমা ঐগী থবক অমতা চংপিয়ুবা ?"

নিপী অসিগী মমিং লৈবাক্লে কৌই। মাগী কনাস্নু লৈজদরে হায়হুনা নিল্লগোপালনা ইমুং মন্নুংগী থবক ইনখাং নোমহল্লি। থবক খুংগুমন নত্তনা ফৌ চেংগু হেক হেক পী। মাগী মচা-নিপী লোমোনি কৌবী অমা লৈরমই! লৈশাবী পুংকক চাওরক্লগা কলেরাদা শিখরে। মহুগী মমাংদা মপুরোইবস্নু হান্নবা নোঙ্গাঞ্র-বনি। চন্দ্রসখীদগী লোমোনিনা থা তরুক হল্লি, অহুনা লোমোনি-দা চন্দ্রসখীনা ইচে কৌই; অহুগা লৈবাক্লেদা ইচেগী মমা 'ইচেমা' অস্নুন্না কৌই। লোমোনিনা মনমুহোন্দা ইতৈ থোকই, মহুগী মতৌ তমহুনা চন্দ্রসখীনা মনমুহোন্দা ইতৈ কৌখিবহুনি। লৈবাক্লেনা মচানিপী লৈখিদ্রবা মতুংদা চন্দ্রসখীবু মচাগুম্না খন্দুনা স্নুংশি। মমিং ফাওবা কৌদে; মচাগী নিংশীঙ খুদম ওইনা চন্দ্রসখীবু 'মোনি' নত্রগা 'ইবেম্মা' হায়নস্নু কৌরমই। অসিগুম্নবা লৈবাক্লে

অসিনা চন্দ্রসখীগী ম্নাকমহু তারগা, ইতপ তপ্পা হংলকই—"মোনি থবক্কু হান্না হায়য়ু ?"

"ইচেমা, কনা অমতা খংহনবিরোইদ্রা ?"

"ফত্তবা ওইরবদি, মহু পুক্নিংদা লোৎতুনা খক থম্বা ঙম্লোই।"

"ফত্তবা থবক্তি নত্তে ইচেমা।"

"অহু ওইরবদি থবক্কু করিনো হায়য়ু ?"

"চিঠি অসিদা ইতৈদা য়োৎহনবিখো।"

"করিগী চিঠিনো ?"

"মরমদি কোন্না হায়জগে।"

"খংইদা ঐহাকস্সু, নংগুম্বা অঙাংনা খনবা ম্নাখলবু ঐনা খংদে হায়বরা ; ঐহাকপু হৌজিক ছুটি ওইয়ু অসিনি।" হায়রদুনা লৈবাক্লে অহু মোমোন নোক্লক্লে। চন্দ্রসখীহু ইকাইরক্লে, মরু লুকথদুনা তুমিন্না লৈরে। মতৌ অহুদা লৈবাক্লেনা "মোনি, নহাক ইকাইরবরা ? ইকাইগনু, মুংশিদুনা লংনবনি। মনমুহোনস্তু ঙসাই লাকপা উরমই, হৌজিকমক পীবিরুগে।" অসি হায়রদুনা চিঠিহু লোরে। অহুদগী ফোগুবহু লোইশিল্লক্লে।

মুংশিনবা থমোইনা ইকাইবা নত্রগা থৌওইবিদবা হায়বসি পুক্নিং মুংঙাইতে, মওং অসিদগী কপ্লিংবা অমস্তু ফাওই। নৌরিবী চন্দ্রসখীগী থমোইদা মসিমক থোকখরে। পুক্নিং মুংশিবা উৎল-দুনা হায়রকই—"ইচেমাদা ঐনা থৌদাজবগী ম্না নচ্চদে।"

"নহাক্না ম্নারৌরিবা অহুবু ঐনা নহাক্কী থবক অসি তৌন-রোই, হায়গ্লবনে" অসি হায়রদুনা মফম অহুদগী থোকখরে।

থাঙ্গৈশেংবমক্তি লৈবাক্লে অসি য়াম্না হৈ-শিংবী, মবুক মপাও ফবী নিপী অমনি। মাগী ব্রাঙাংদা করিস্থু পেল্লোইদবগী মরম লৈতে। লৈবাক্লেনা চৎথ্রবা মতুংদা, চন্দ্রসখীহ্নু মথংগী নোংঙাল্লগা করি পাও পুরক্কবা হায়বসিগী খোৌরাংনা ঙাইরক্লে।

নোংঙাল্লগা চন্দ্রসখীনা ফৌশুখোং তম্না অমুক লাক্লে। মতম অহুদা লৈবাক্লে অহু লাকপদা ঙাইরম্লি। মনাক্তা চংলক্লগা চন্দ্রসখীনা হংলকই—"ইচেমা করম তৌরে?"

লৈবাক্লেনা খুম্লকই "তপথখো, তমগে। ঙরাং ঐনা অসিদগী হেক থোকখিবদা অপনবা লৈতনা মখোইহু তম্না চংলমই। লমখাংদা মনমুহোন্দু থেংনরে। মাগা হ্নরাও হ্নরাওনা ব্রারী ঙৈহাক শারবা মতুংদা ঐনা চিঠিহু পীরমই। মহাক্না কনানা পিরকপনো হংই। ঐনা ইবেম্মনা পিরকপনি হায়বমই। অহুদগী ইবানি অহুম্মক কায়নরে। ঙসি অয়ুক্কু ঐনা পাও লৌগে চংলুবদা মাদি ঙরাং অহুম্মক চংখিরম্লে।"

লৈবাক্লেগী ব্রাহৈ খর অসি চন্দ্রসখীনা পুক্লিং চংনা তারবা মতুংদা মফম অহুদগী লাক্কুনা লৈকোনম্নুংলোমদা অহুম্মক লাক্লে। হ্নমিৎতুমা মনমুহোনগী ব্রাখন্দতা লেল্লক্লে। অস্নুম্না হ্নমিৎ নিনি হৌরক্লে। অহুফাওবা চিঠিহুগী পাওখুম অমফাওবা তাবা ফংখিদরে।

# তরেৎশুবা মতাং

## চিঠি হল্লকপা

অহিংহু মমই.। লমদাগী উফুল ফারবা নোংহৌনা মরক্ মরক্তা খিক্লি। মনমুহোম্না, লৈবাক্লৈদগী চন্দ্রসখীনা পিরকপা চিঠিহু পুরগা ল্পাহেং লৈকাইগী য়ুমহুদা হল্লক্লে।

য়ুম্বানবগী ন্নুংঙাইবা করিনো? ইনাক খুনবা, ন্নুংঙাই য়াই-ফবা, ল্পাংতপাদবা অমস্নুং অল্পা-অন। লৈতবা অসিবুরা? মসি পুন্নমক অসি দেবেন্দ্রসিংহগীদি নত্তে। ইমুং মন্নুংদা ন্নুংশিনবা, হায়বা ইন্নবা, পুকচেল খোইজেল তিন্নবা; চাক চখোম অমতা লৈরবস্থু য়েন্নহুনা চামিন্নবা অহুনা ন্নুংঙাইবা হেল্লি। হায়রিবা অসিমক দেবেন্দ্রসিংহগী য়ুম্বান্দা ওইররে। য়ুমগী য়ুম্বুরেম্বী ওইরিবী কামিনী অসি পুকচেল তপই, ইংই, মীচং মাথোক ফৈ; থবক য়াংই। মপুরোইবগী সেবাদা পুক্লিং চংই। মচাবু অফবা মওংদা ন্নুংশিজৈ। ফত্তবা শাজংকিদমক্তদি কনখৎহুনা খক থমদে। কামিনীগী মপামদি ল্পাহেং লৈকাইদনি। মাগী মবুং মপুল্পাশিংদি লাইরিক লাইশু হৈরবা ঙাক্তনি। মখোইগী মরক্তা থম্লগা মচাগী মহৈদা মপুংফাবা ঙমগনি নিংজহুনা, ন্নুংশিজরবা মচাবু থমখিবনি।

মনমুহোম্না চংখিবা চহীহুমক্কী অরোইবা পরিক্ষাদা মকোক্তা ঙল্লক্তুনা, মাগী মাম্মশিংনা দেবেন্দ্রসিংহগী পাম্বগী মতুংইন্না স্কুল হোংলে। গভর্ণমেন্টকী হাইস্কুলদা মিং চন্দুনা মাপলগুবা শ্রেনীদা (ক্লাস নাইন) তল্লে। মহুগী অরোইবা পরিক্ষাদস্থু মকোক্তা

লাক্লে। স্কুলগী ছাত্রশিং অমদি ওঝাশিংনা মনমুহোনবু শকখং-বিবা ওইবতা নত্তনা থোইদোক হেন্দোক্লা চানবিরক্লে। চয়োলগী কাংদনা মাগী মাম্মশিংনা স্কুলদা, অতুগা লম্বী লমখাংদনা দেবেন্দ্র-সিংহনা চেকশিন্না শেন্নরক্লে।

মনমুহোন মেত্রিক পরিক্ষা লোইখরে। পরিক্ষা লোইরবা মতুংদা খুঙ্গংগী মরুপ মপাংশিং উনবা লাকই। অতৈ অতৈ মরুপশিংদি উনৈ। রাজেশ্বর অমসুং রঘুমনিগবু উনবা ফংদে। মসিগী মরক্তা অমুক মতম কুইনা কৌনখিদ্রবা মতুংদা চন্দ্রসখীনা চিঠি থারকপা থেংনবিগ্রবতুনি। মনমুহোনবু, চন্দ্রসখীনা মুঙগুম্বগী থম্মোইনি হায়খি। মতুমক্তি নত্তে, চন্দ্রসখীগী নিংবা থুংদবগী মীচৈনি। মহাক অঙাং ওইরিঙৈগী মরুপ্নি। উনখিদ্রবসু, নোংমগী মতুংদা মিৎকুপ অমতা ওইরবসু নিংশীঙনরিবনি। মুংশিবনা য়েরুবা ওইবা হায়বা অসি তাবদা মুংঙাইজদে। করিগুম্বা মতুনা ওইবা তারবসু মুংশিবতুবু মরু ফংনা খম মাংহনবদি ঙম্নদে।

মনমুহোন্না অনৌবা য়ুমতু য়োৌরগা মাগী কাদা চংলক্লে। মফমতুদা চংলক্লগা চন্দ্রসখীনা পিরকপা চিঠিতু হন্না হন্না পারক্লে। অতুগী মতুংদা চন্দ্রসখীগীদমক্তা চিঠি অমা ইবা হৌরক্লে—

"চন্দ্রসখী,

মুমিৎ অতুদা নংগী শাওগনবা অতুগীদমক্তা ঐহাক য়াম্না মুংঙাইখিদে। ঐদি অঙাং ওইরিঙৈদগী নহাক্লা খংইবতু মঙাই, ঐনা চাররোই হারগ্রবা পোৎ অতু খক চাদবা ঙমই; য়েংলরোই

হায়বা পোৎতু য়েংদবা ঙমই। ফরে, মসিনা মসি ওইথ্রসন্নু। ঐদি নহাকপু কৌনরগুমসি হায়খিবা নত্তে। অদুবু মহৌশাগী লোইনবা, উনবা, শান্নমিন্নবা পূন্নমক অদু হৌজিক্তি অরেম্বনি। নহাক লৈশাবী মপূং ফারক্লে। নহাক্কী ঙমখৈদা মীপুম কয়ামরুম লেপ্তুনা লৈরে। ঐদি লাইবক থিবনি চন্দ্রা, অঙাং ওইরিঙৈগী থৌদোক কয়ামরুমদুনা ঐগী মুংঙাইজবনি, মদুগী মরক থৎতুনা অহল মশেন য়েংথিনরে। মসিগা লোইন লোইননা পোক্লফম লমদম থাদোক্লে, পূন্নমকসি ঐগী অব্রাবা ঙাক্তনি।

চন্দ্রা, লাইরিক্তু কন্না তমউ। হৌজিক্কী নিপা-নিপী খেৎনবা লৈত্রবনি। নহাক্না অফবী, মহৈ হৈবী নিপী অমা ওইরবদি ইমুং মন্নুংদা নত্তনা সমাজগীসু কান্নবনি। নহাক্কী নহৈ তম্বদা অপনবা ওইরক্কদবা ব্লাখল খল্লুগনু। কল্লক, য়েংথিগল্লবা নিপীগী মপোক্তা অপনবা ওইরক্কদ্রা খল্লুরগা ঐহাক মুংঙাইতে। ব্লাহৈশিং অসি হায়রুবগী ঐগী পাঙ্গল লৈতে, নহাকপু মুংশিবদগী হায়বনি। মুমিংকী তাননবা মতম লৈ, লাইবক্লা লৈরবদি ইবানি উনরক-খিগনি; মতমদুদা লাইবক্তা করি তম্লবা অদুম্মক লেপ্পসি।

নহাক্কী

মনমুহোনসিংহ।

মনমুহোন্না চিঠি অসি ইবা লোইরগা অমুক অনিরক হন্না হন্না পারক্লে। অদুগী মতুংদা চিঠিদু পিক্লা থুপশিল্লগা মাগী লাইরিক উপুদা হাপচিনখরে। মথংগী নোংঙাল্লগা লৈবাক্লেগী মখুৎতা য়োননবা চিঠিদু থারক্লে।

# নিপালগুবা মতাং

## মমা অনি

মুমিদাংৱাইরমগী মতমদা লৈকোননুংদা হকচিক লাংথুনা নিল্ল-গোপালগা কুঞ্জমনিগা ইমুং মনুংগী ৱারী শারহুনা কোইচৎ চৎলি। লৈকোনগী ফজবসিং অমস্তুং য়ুম্লৈ-কৈরৈগী মওং চাবশিংহুস্তু অমনা খুদোনবি থিন্দুনা তাকই, অমনা মতু পুক্লিং তানা য়েংই। অতৈ অতৈ ৱারী শারুবদগী মচাগী মরমদা মশীং নাইদনা তান্নবা হৌরক্লে। অহানবদা নিল্লগোপালনা হায়রকই—"রাজে মমা! নহাক্কী নচানিপা অসি লমচৎ-শাজৎ হোংনা চৎপা উরে। মসি পূম্বসি নহাক্কা থোকল্লিবনি। নহাক্কা নচা নুংশিবা অসে হেনমল্লে। মহুনা মাগী কৈদৌউদস্তু ফগদবা নত্তে। মরাইবক ফহুনা হন্দক্কী মেত্রিক্কী পরিক্ষা অসিনা ঙমজরকপা থোক্লবদি, সোইদনমক মনুং-লোমদা মহৈ তম্বা থাগনি।"

কুঞ্জমনিনা থৱাই নুংঙাইতবা উৎতুনা হায়রকই— "এঃ করি কান্নবনো, মীগী মরম অত্থুদা কনাস্তু নকুবা মরী মতাস্তু লৈতনা মহুনত্থম থোইনা হেন্না য়েংশিনবীনিংঙাই লৈতহুনা মাগী মনিং তম্বা হেনগনি। চাওবদি নোংম নোংমগী হেঙ্গৎলক্লি। মানা মপাম্বোক্লা তৌরুগদবা থবক্তু ঐখোইনা খংকম থোক্কে। সিদ-ফাও ঐখোই লৈনা লৈমা মনিং তৌরিবা অসিনি। অমরোমদা ঙাওবু ঙাওদেনে ইচাদি, নোংমতস্তু মাগী মরমদা মীৱা তাবা য়াওবরা? ঙসি ফাওবা লাইরিক তম্লিবা অসে অমুক্তা পরিক্ষা

ওমদবা য়াওব্রা ? ইচাবু মীগী লমত্থদা থমত্থনা মশক উরোইদবা লৈরবদি, ঐহাক্না শিঞ্জবা মতুংদা মপাবুংগী অপাম্বা মতুং ইন্না তৌবিয়ু ।”

“তো, মত্থদনিদো নংগী ফত্রিবসে, মা শিরুগদবা নত্তে ; ছুটি ফংবদা, ঐখোইবু উনবা লাক্কদবনি। ঐখোইনস্থ মরক মরক্তা লম য়েংবা ওইনা উনবা চৎলুগদবনি। মাগা ঐখোইগা কায়ন-গদবস্থ মতম খরদনি। য়ামত্রবদা বী, এ ফাওবদদি তমহল্লিই।”

“মণিপুরদা বী, এ তম্নরিবা অসিদি কান্নদবরা ? মীগী লমদনা হেন্না হৈবা ওইরবদি মীপুম খুদিংমক মীরৈবাক্তা তম্নরমগনি। অত্থবু তৌদে, মফম অসিদা অস্থম্মক তমহনসি।”

“হোইনে হোইনে, মহে তম্বদি অমত্তনিনে। অত্থদা মীগী লমদা হৈরক্লবদি মিৎলম নারম খংই হায়নৈ। তৌবস্থ মীনা মশক খংবস্থ হেনগনি। ঈশিং অচৌবদা লৈবা ঙাগা, অপিক-পদা লৈবা ঙাগা খক মান্নদবনি।”

“ফনমক ওইত্থনস্থ ঐহাক্তি শুকপাম পামজদে। ঐহাক্কী মিৎতগী পি তাবা অত্থ য়েংবা ওমগনি হায়রবদি ফনবা অত্থম্মক তৌবিয়ু।” ব্রাকম অসি হায়না হায়না কুঞ্জনি অত্থ কপ্লিং কপ্লিং তৌরক্লে।

নিল্লগোপালনা মথল্লাই মুংঙাইরক্ত্থনা মমৈথংদা, থেমজিল্লগা হায়রকই—“ফরে ফরে কপ্লগস্থ, নংনা নচা মুংশিরিবা অত্থদগী ঐনা হেন্না মুংশিরিবনি। ঐদি খংদেকো, ঐনা হায়বা য়াদরবদি নহাক্না ফনবা অত্থম্মক শীল্লো। ইচানিপীগীদমক্তদি ঐনা ফনবা শীল্লগনি।”

কুঞ্জমনি অহু মপুক্লিং খরা নুংঙাইজরে। অমুক করি হায়-গনি, মাইথোংদা খোইরুম মোমোন্নরক্লে। অশুম্না অমগা অমগা অমুক অতৈ অতৈ ৱারী শাহুনা লৈরি। মতম অসিদা চন্দ্রসখী অহুস্মু লাইরিক তম্বা কুম্লক্কু্না কোম্থোংদা চংলক্লি, অহুদা মমানা হায়রকই—"ইবেম্মা ঙসি থেংলক্লিবদি করিগীনো?"

"স্কুলগী থবক খর শুবদগী থেংগ্রবনি ইমা।" চন্দ্রসখীনা অস্মুম্না ইতপ তপ্পা খুম্নম্লগা অহুস্মক চংখরে।

মচানিপীনা চংগ্রিবা অহু নিল্লগোপাললনা য়েংলগা হায়রকই—রাজে মমা সখী অসি লৈশাবী মপুং ফারে। ঐদি চিংনরক্লে, লম্বী লমথাংদা করিগুম্বা চেন চোংবা তৌগ্রবদি ইচাগী ফজবা মশক অসে লৈবাক মমাংদা উৎপা ফংলরোইদকো। খর চেক-শিন্দবা য়াদ্রে। মহৈদদি মানা তমগে হায়রিবমখৈ তমহনগে খল্লি। অহুগা মমাগী ৱাখন্দু হায়য়ু, করম্বা নিপানা মাগী বর ওইগনি?"

কুঞ্জমনিনা খুম্লকই—"মমা মপা শুবা, মবুক মপাও ফবা, অহল ওইরপ তৌরবা নিপাদা থাজগনি।"

"করিগী অহল ওইরবা নিপাদদি ইচাবু থাজগনি?"

"মশুং মমান্নবদি অয়াম্বনা নিপাদি মবুক লেপ্পা ঙম্মদে। মহুদা ইচাগী থমোই কৈদোঙৈদস্মু নুংঙাইরোই।"

"নিপীগী লমচত্তি নিপীনা খংগদবনি। সখীবু মাগী চান্নজ-বগকা লৈরবরা হায়য়ু?"

"মাগী পুক্লিংগী ৱাদি খংবা ঙমদে। ঐনদি, কনাস্মু লৈতবগী মওংদা উরি।

অসুম্না মচা অনিগী ওইনা ৱারী ৱাতাই কয়ামরুম শাররক্লে। মমা মপানা মচাশিংগী মফমদা অফবা থাগৎনহুনা ৱারী শাবা হায়বা অসি লোইশিনবা খক ঙম্নদে। অহুম শাংথনহুনতা লৈ। মখোইনা খল্লিবা ৱাখল, ওইহন্নিংইবা অহুদা তুংকুইনফাওবগী মওং মতৌহুফাও য়াৎথোক্না মাগী মাগী থমোইদা থম্নবা ঙাক্লি। মচাবু সুংশিবা অসিনা মমা মপাগী মফমদা অৱা-পোথনরিবনি। ৱারী শানা শানা, য়াচংবগী মতম ওইরক্লে। লৈকোনসুংদা চন্দ্রসখী চংলক্লে অহুগা হায়রকই—"ইমাবু কনানো নিপী অমনা উননিংই হায়হুনা ঙাইহৌরি।"

কুঞ্জমনিনা হংলকই—"করিগীনো খংবরা ইবেম্মা?"

"খংদে করিগীনো, ঐঙোন্দসু হায়দে" হায়রম্নগা চন্দ্রসখীহু অহুম্মক চংখরে।

নিল্লগোপাল লৈহৌরে, কুঞ্জমনিনা 'কনা ওইরিগবা' অসি নিংহুনা মফম অহুদগী চংলক্লে। নিপী অহু মাঙ্গোলদা ফম্লমই। কুঞ্জমনিনা নিপীহুগী মনাক্তা চংলক্লগা য়েংলরে। মীশক খংনবা ওইরম্লে, মমিং ইবেমহল কৌই; রাধামনিগী মমানি। ইঙক ঙক্লহুনা কৌরকই— "ইনম্মা করি থবক্কীনো, লেংথোক্না লেংবিরকপবু?"

ইবেমহলনা খুম্লকই—"ইবেম্মা ঐহাক থবক অমা চৎলুবদগী, তাঞ্জা চারে খন্দুনা ৱাফম খর তাম্নগে হায়হুনা চংলকপনি।"

কুঞ্জমনিগা ইবেমহলগা ফম্মীন্নরহুনা হিদাক থকমিন্নরে। অহুগী মতুংদা পান্না চামিন্নরে, অহুদগী ৱারী শাবা হৌরক্লে।

কুঞ্জমনিনা হায়রকই—"ঐহাক্তি কনা কনা ওইরবোই নিং-লুরে। ইনম্মনগা তোইনা চথোক্কন্দবগা, ঐগী ইচানিপী অসিনা খংলুদরমাল্লে।"

ইবেমহলনা খুম্নকই— "হোয়নে, খুল্লোন-ইরোম্নবদা লৈবা ওইরবস্থু লোনবু-লোন্দিম্নখিদ্রবদি অহুম্মক খংনদে। ইবুঙো নিপা-মচাহুবু লৈব্রা ?"

"লৈ, করিগী ওইরবনো ?" নুংশা থিনা কুঞ্জমনি হংলকই।

"করিস্থু নত্তেদা তপ্না ঙাংনশি। ইবুঙো তাঞ্রবদি ঐখোয়-দকা অমুক চংলকপহু ইকাইঞ্রগনি। ইবুঙো অসি ঐখোয় রঘু-মনিগা তিম্নবদগী হেক হেক চংলকই। অহুদা ঐখোইগী নিপী-মচাহুগা প্রেম লৈনবগুম উরে। ঐখোয়গীস্থু নিঙোলদি মতোম-তনিদো অহুনা লুহোংবা পামজে। ঐহাক্তি থল্লাই ল্লাবনা লোইরে। ল্লাকম অসি তান্নগে হায়হুনা চংলকপনি, করম তৌসিগে ?"

কুঞ্জমনি ল্লাকম অহু তারগা ইঙক ঙক্লে, হায়রকই—"ঐখোয়দি ঙসিফাওবদা অঙাং মচাগুম্না খন্দুনা লৈজরিবা ইচানিনে ইনম্মা। ইনম্মনা হৌজিক তাকপিবা অসিদা খংলিবসিমঙাই। অহুগুম্বা ইরাংগকা লৈরবোইরে।"

"মসি ঐনা মুংশাথিমনবদগী চুম্না ল্লারী শাররবনি। নখোয়গীস্থু নচানিপাদি মতোমতনিদো।"

"ইনম্মা অঙাংশিং অসি নৌমল্লি খল্লি, অহুবু ইনম্মনা ঐখোয়বু মুংশিবীবদগী ল্লারী শাবিররিবসি য়াম্না ফৈ। হয়েং মতম চারগা লুহোংনবা শীম্নবা হায়বহুনি।

অসিদগী স্কুল অদু কা অমমম অনিনি, তপথোকপা লেপ্লক্তরি। হাইস্কুলদুগী ওঝাশিংদু, ওঝা মকোক্কুগী মখুৎতা লৈরমই। মরমদি স্কুলদু মাগীনি। ওঝাশিংনা মনুংগী ফত্তবা কয়ামরুমদু পামদবা য়াওরি। থোওইনমক ওঝা মকোক অদুদা ছাত্রশিংগী অরানবা লমজিং অদুগীদমক্তা খৎনরকপা য়াওই। অদুগুম্বা ওঝা অদু স্কুল অদুদগী মরম অমদা তাইনরগা তাম্থোকই। মফি খংবা ওঝা অতৈদি থাগী তলব শোইদ্রগা লোইরে খন্দুনা ছাত্রশিংবু লাইরিক তাকপা-তাকপিদবা অদুম্মক মতমদু হৌখিব ঙাইবনা অনম্বনি। অসিগুম্বা হাইস্কুলদা ছাত্রশিংদুনা নংলব অসি মরাইবক থিবনি। ওঝা মকোক্কুনা ঙমফম থোকপ শরুক মখৈদা, পুখৎলি। রাজেশ্বরবুসু মথং মথং ক্লাস নাইন ফাওবা ঙমহনবিরে। মেত্রিক পরিক্ষা য়াওননবা হায়জরুমদদি য়াবিরক্তরে। অফ-ফত্ত কয়ামরুম নৈনরক্লবা মতুংদা মচিন্নথোক্ল হায়রক্লে—“ওঝানা ঐবু মাংহনবনি, নুংশিবনা ঐগী য়েক্লবনি।’ অসিগুম্নবা ৱারবা মতম অসিদা মাগী শিক্লিডৈগী মরুপ মনমুহোন্দ্ নিংশীঙলক্লে। অতৈ অতৈ, মরুপশিংবুনা শাওরক্লে। খনবমখৈ খল্লুরগা, মমৈথংদা রাধামনিগী ৱাখন্দতা লুপ্লক্লে।

অয়ুক অদুদা নিল্লগোপালগা মাগী চান্নজরবা মরুপ ব্রজমনিগা মফি-মরোল নান্না শেৎলদুনা, রাধামনিগী মপা উনব চংখিবগী মরমদু রাজেশ্বরনা খংই। মদুগী পাওদু তাননবা নুং নাঙননা লৈকোননুংদা অমুক ঙাইররে। মতুং ঙাইহাক লৈরগ মপাবুং চংলকপা উরে। পাও খংননবা মীশক অদুদি য়াওরক্তরে

কৌবা তাদে, মনাক্তা মী চংলকই হায়বফাওবা খংদে। রাজেশ্বরদি ভরাংদ মমাগা, রাধামনিগী মমাগা ভাংনখিবা ৱাফম পূম্নমক্তু তাবা ফংই।

রাজেশ্বর স্কুলদা চংলক্তবা থা তরুক ফাজিল্লক্লে। কনা অমনা হায় মাগী মমিং স্কুলদা লৈতরে। কনা অমনা হায় মমিং কক্তরি, অসুম্না মাগী মীংচৎথিবা অসি ইমুং মন্নুংগী মী কনা অমতা খংহন্দনা লৈরক্লি। মহৈ তম্বগী খল্লুরগা মকোক ভাওরি।

অয়ুক্কী লিক্লা তাকথ্রবা মতুংদা রাজেশ্বরনা মাগুপ মন্নুংদা লাইরিক অমা পায়রতুনা ফম্লরে। মাগী ৱাখন্দু অরেপ্পা লৈতে, নিংউ নিংউবতুদা অতুম্মক তাওতুনা লৈরক্লে। মানা খল্লি, ঐনা মতৌ করম্না চহী খুদিংগী পরিক্ষা ভল্লক্লিবনো? ঐনা পরিক্ষাদা নিংথীনা ইদে। ওঝাশিংনা পুখৎপিরকপদগী ভমখিবনি। লাইরিক ঐরাই-ঐরাইদবা পরিক্ষা হেক্তা ভল্লকই, অসোমদা খনখিতুনা নোংম নোংমগী থোওইখিদবনা ইখং খংদবা অমা ওইরক্লে। ছুটি লৈথোক্লবসু স্কুলগী ফাইগুগীদমক্তদি অৱাবা লৈতে। মতুনা মমাগী শেলফু হাংহনবা ভস্বা নত্তে। অসুম্না মাপান্দা, মমা মপানা মনিং তমহনবনা; রাজেশ্বরগী লমচৎতা অমাংবা ওইরক্লে।

রাজেশ্বরনা তম্লিবা স্কুল অসিগী ওঝাশিংগী তলব ছাত্রশিংদগী ফী লৌরগা ফংবনি। ক্লাস য়াম্বগীনা ফী য়াম্না লৌই। পরিক্ষা ভমদববু ভমহল্লগা ওঝাশিংগী শেল ফংবা হেল্লি। মতম অতুদা হাইস্কুল মরাং কাইনা লৈরমদে। মরম খর অসিদগী স্কুলতুগী অহৌবা ক্লাসকীদমক্তদি চহোগী ছাত্র.মখীং খংদনা ফংই। খুদোংচাবা

"ইনম্মা মখোয় য়ুম্বুরেলশিং উনরবা মতুংদা ঐস্মু লাকচগে।"

"ফরে ফরে, ইনম্মস্মু য়োঁপ্পগে। মমাশিংনা মচাগীদমক্তা ল্লাবা অসে শিড্রি ফাওবনি।"

"ইনম্মা লৈজহৌরগে।"

অস্মুন্না মমা অনিহু পুকমেন-পাৎমেন্নরহুনা কায়নরক্লে! কুঞ্জমনিনা চংলকপদা য়ুম্বুরেল অহু 'রাধা মাধপ' খুরুম্বা চৎলক্লে। কুঞ্জমনিস্মু ইমুং মন্নুংগী অল্লাৎ অপা অপুম্বা মচাশিংদা থৌদাবা লোইরম্লগা মন্দির তম্না অহুম্মক লাক্লে। সন্ধ্যাগী লাইখুরুম্বা লোইরগা, অচিকপা মফমদা ল্লাতানখরে।

# মাপলশুবা মতাং

## হৌখ্রবা তুংদা

রাজেশ্বরনা অয়ুক ঙস্তা হৌগৎলগা মাগী কাদা লাইরিক ঔরাইরি। মহু অহল-লমনগী মমাংদা পরিক্ষা থাগদৌরি হায়ব অসিগী থাজননবগীদমক্তনি। মানা লাইরিক ঔরাই, মানা খংবহুত পারি। ইংরেজী লাইরিকশিংহু ময়েক খংই। মহুস্মু মরক মরক্ত লাওনা লাওনা পারি, অর্থদি তশেংনা খংদে; পারুবগী কান্নদে লাইরিক মাংদা থম্লগা অরেম্বদা মুংশি ল্লাখন খন্দুনা লৈরক্লে লাইরিক ময়েকশিং অহুগী মরক্তা রাধামনিগী শকতম অহুত উরক্লে। লাইরিক ফরবা ছাত্র অমনা পারা ঔরাইবদা মীঃ

"অঙাং অনি অসিগী মতৌ অসিদা কায়নহন্নিংদবদগী ৱাফম মসি তান্নবনি। মতম খবা ঙাইনবা তাববস্থ, মখোয় নিপা মশেল অমুক্তং উনবগা ৱাবী শাবনবা শিল্লকউ।"

"ফনি, ইনম্মা মপাবুংগা অমুক্তা তান্নজখিগে।"

খুঞ্জমনিগী ৱাক্কম অসি তাবগা ইবেমহল অত্থু ইকাইবা খর পোল্লকই। মানা পামজবদগী হায়নববনি হায়বসিগী ৱাখল্লা খল্লমাল্লে নিংঙক্লে, ইকাইবপ ওইনা হায়বকই—"ঐখোইগী নিপী-মচাত্থগী পান্নুংত্থস্থ মিহুন অমনিদো। কনা কনানো হাযববা য়াম্না লাকই, মত্থদা ঐনা য়ামন্দবদগী লৈবিবনি। কবিগুম্বা মতাংনা য়াদবদগী কোক থাজথোকখিবা থোক্লবদি, অঙাংশিং অসিগী অৱাবত্থ য়েংবা ৱানগনি। নখোই ঐখোস্থ প্রেম লৈন-ক্লোই। মখম অসি লৈ হায়বগী তান্নখবনি। ফবে, অত্থদি ঐস্থ চৎলগে মমশিল্লক্লে।"

"ফনি ইনম্মা লেংবিবসি" অসি হায়বত্থনা কুঞ্জমনিনা ইবেমহল-চবু কোম্থোং ফাওবা থিন্দোক্লকই। মতেক খব চৎমিন্নবা অত্থদা কুঞ্জমনিনা হায়রকই—"ইনম্মা ঐখোয় কায়নগুমসিকো। ইনম্মনা ইবেম্মগাদমক্তা ৱাবগুম্না, ঐহাকস্থ বাজেশ্ববগাদমক্তা ৱাই। ঐহাক শাইদনমক নিপা মশেল উননবা হায়জগে। ঐখোয় হিংলিঙৈ মসিদা ইচাগী ইমৌগী সেবাত্থ মশক খঙনিং।"

ইবেমহলনা নোক্ল নোক্লত্থনা হায়বকই-"ইবুঙোনা মঙানি ৱানিদং চংঙক্কবদা, ঐখোয়গী নিপাহস্থ মশা ঙমদে খর হায়, চারা র হেন; মুংশাবু থিরবনি।"

খংনিংই হায়দ্ভুনস্থ অহুবু করম্না মপাবুংদা হংবা ওম্মুফম থোকই। ইখং খংদবা শাশিন্নরহুনা চাক চাননবা চংলক্লে।

নুমিদাংৱাইরমদা নিল্লগোপালগী মরুপ ব্রজমনি অহু রাজে-শ্বরগা উনররে। ব্রজমনি মপাবুংগা তিন্নৈ হায়বতনি, রাজেশ্বরগস্থু থোইনা কোয়নবমদে। ইমুং মন্নুংগী ঙাংন-শরুবা য়াদবা অমদি খংন-চৈনবা মতমদা ৱা-তাইশিনবা, মীওই অমনি। থোইদোক হেন্দোক্লস্থ রাজেশ্বরবু লুনা চান্না তৌবিবমই। মানা রাজেশ্বরবু 'পাখং-পাখং' কৌই। ব্রজমনিনা মথক থংবা কাহুদা চংলক্লে; অহুগা হায়বকই—"পাখং নং'পাবুংগী য়াথংনি। নংনা চংলিবা মফম অহুদা অমুক চংলুবা য়াদ্রে। ইমুংহু মরি মতা ওইরুবদা মতিক চাবা নত্তে। নখোই নংশেনবুদি প্রেম লৈনরগনি। অহু ওইরবস্থ তঙাইফদনা কায়নবা ভাদবনি।"

রাজেশ্বর মপুক্লিংদা লাংতক্লবক্লে। চিংনবহু কোরুনবা হং-লকই—"খুবা ইবুঙো করি করি ঙাংনবিরক্লগে?"

"নিপীমচাহুগী পাবুংহু তিন্নবদা কয়া হুংঙাইরোই। মাগী মচানিপীবু শেল অকাবা য়েংহুনা থাজনিংবা মীওই অমনি। লুপা লিশীং অমা পিরকউ হায়রকই। মশক মতৌহুগী হায়রুরবদি মমলহু ময়াবনি, অহুবু মীদি লৈনদে। শেল লোরগা লুহোংবা অসি নংগী পাবুংনা পামদে। পৈশাহু পিবা ওমদবা নত্তে, মহু মীনাই লুহোংবা কৌই। ৱাফম অসি ঐনা খজিক্কং কাংথোক-লুবদা 'ইচা পিরোই' হায়রক্লে। ঐহাক্লস্থ শাওনিংমনগ্রহুনা ইচাবু মখোং মখুৎ তেকপস্থ নত্তে। নখোইনা হান্না হায়জরবগী

হায়বিরবনি হায়তুনা খংনরম্লবনি। অমুক চংলুরগনু, কয়া মুংঙাই-রবোই।" অসি হায়বম্লগা থুনমক ব্রজমনি অতু মখাদা কুমথ-রক্তুনা নিল্লগোপালগা ব্লাতানবা চংখরে।

রাজেশ্বর অমুক ব্লা মখা হংহৌবা তৌদরে। মাগী পুক্লিংহু মথক মখা ওল্লক্লে। মকোক পাইহুনা অব্লাবা ব্লাখন খল্লক্লে। রাজেশ্বরগী কোকথক্তা চীংজাও নম্থরক্লে। অমবু ওইরবস্থু, অমবু ওইরবস্থু মমৈথংদা রাধামনি অমুক্তং উনরুগে লেপ্লে। অহিংগী মতমহু ব্লানা ঙাইরক্লে।

থাশিরমদাইগী অহিংনি। মীচিক মীরাওখোন তাখিদরে। অতিয়া শিনবা থুংনা লৈচিল নোংফাইনা কুপখরে। অতিয়া, থব্লানমিচাক, উপাল-ব্লাপাল পূম্নমক অমম্বগী খয়াংতা চংখরে। নারক মোংশোঙ অমদি লৈকুৎ-কোঙ্গুৎতা কৌজেং অমসুং হারৌনা অমম্বগী থব্লাই ওইরি। মতম অসিদা রাজেশ্বরনা রাধামনিবু উনবা লাক্লমই। কোন্থোংদগী চংলগা পুখ্রি মচা অমা লৈরিবা মফম অতুদা চংলক্লে। পুখ্রি ময়াগী অশুকপা মফম, খাগী লৈহাও অমসুং লফু পাম্বী মরক্তুদা থুপ্তুনা রাধামনি থোক্লকপা ঙাইহুনা লৈরক্লে। অচিকপা মফম অতুদা হৌখিবগী থৌদোক কয়ামরুমশিংহু মথং মথং নিংশীঙবা হৌরক্লে ঃ—

থাবল ফরবা অহিংনি। থাবলগী মঙালনা অতিয়া শিনবা থুংনা শন্দোক্লি। উপাল-ব্লাপানগী মরক্তা অমম্বনা অচিকপগী শকতম লৌরহুনা লোংলি। থাবলগী মঙালনা য়েরবা অশংবা উনা-ব্লানাশিংদা, অহিংগী লিক্লানা তারক্লগা থোইদোক্লা তনিক

তনিক নিংথীজহল্লি। পুম্নি মপান্দা হৌবা শিঙ্গারৈ লৈরাংশিংনা লৈখোক লোইরহুনা ঈমায়দা কেল্লক্লে। থাবল্লেনা মনিং তম্না শাৎকাইরক্লে। পুম্নিগী অশাৎপা থরোদা লৈকা হাইদোক্কুনা, লমদল্লবা খোইমুনা চিরোম্ননা ব্বারী শারি।

অহিংগী থাবলনা তুম্বা চংহন্দ্রবা রাধামনিহু মাঙ্গোল ব্বাই তৈবা লোইরম্লগা তুলশিবোং ব্বাই তৈবা হৌরক্লে। ব্বাই তৈনা তৈনা মহাক্না খল্লি 'অশুক ফরবা থাবল অসি কনানস্থু য়েংবি-দনা অরেম্বদা মাংগ্রগনি।' রাধামনিহু ব্বাই তৈবা লোইরবস্থু য়ুম্নুংদা অমুক চংবা ঙমদরে। শুমাংগী চিদাইদা মালিকা পাম্বী অমা হৌরি। মহুদা উরিরৈনা য়েংশিন্দুনা শাৎলি। মহুগী লৈনম্না রাধামনিবু তত্তনা কৌরক্লে—

থাবলগী মঙালনা উরুম লাংহল্লবা উরিরৈ মরক্তা নাথৈহুনা লৈরিবা রাজেশ্বরগী মনাক্তা রাধামনি তপ্না তপ্না চংলক্লে। অশাৎপা উরিরৈ খর হেক্ল-হেক্লহুনা হায়রকই—"থেংখরে চৎখরো, য়ুমদা ব্বানরম্লগনি।"

রাজেশ্বরনা রাধামনিগী লৈ হেক্লিবা খুৎ অহু ফাখরে, অহুদগী খুৎশাশিংহু পাইশিল্লগা হায়রকই—"ইবেম্মনা তান্দ্রবস্থু চৎকদবা লৈরবনি, অহুবু নংগী অরেপ্পা অমা খংদ্রিবফাওবদি, ঐহাক চৎলরোইদবনি।"

রাজেশ্বরগী খুবাম মনুংদগী খুৎশাশিংহু লৌথোক্কদবগী রাধা-মনিনা লাক্লরি। মহুদা রাজেশ্বরনা খুৎপাই চেৎনা হেক হেক পাইশিল্লি। খুৎশাগী অনাবহু থাংনা থাংনা রাধামনিনা হায়রকই—"ঐবু হৌজিকফাওবা থাজবিদ্রিবা ওইরে?"

"শুকথা থাজদে।"

"করি হায়রগা থাজগনি?"

"য়াশক্লগা।"

"য়াশকপদি ওমজরোই।"

রাজেশ্বর অমুক নৌহৌনা মপুক্লিং নুংশিরক্লে। মাবু নুং-শিদবা অশেংবরা চিংনরক্লে। পাইরিবা খুৎশাশিংদু তপ্পা তপ্পা থাদোক্লগা হায়রকই—"অদুনদি, ঐবু নুংশিদে তাকপনি খংজরে।"

রাধামনি অদু অহানবদা খুৎশাশিং অদু নান্থোক্লনবা লাক্ল-রম্বনি, অদুবু রাজেশ্বরনা মাবু চিংনবদগী খুৎশাশিং থাদোকপিরক্লবস্থু মফম অদুদগী হন্দোকখিবদি ওমদ্রে। অদুগা চংশিল্লকপস্থু ওমদ্রে, অদুম্মক মরোন্থোক্তবিগুম লৈরক্লে। রাজেশ্বরনা রাধামনিগী মখুৎতু অমুক চিংশিল্লে, নহাক্না খুবামদুনা মমাইদা নাল্ল নাল্লদুনা হংলকই—"হায়যু রাধা, নহাক্না ঐবু নুংশিদ্রেকো?"

রাধামনি কুইনা লৈরুরবা তুংদা থমোই শোক্না খুম্নকই—"ঐনা নুংশিদে হায়খ্রবানে?"

"অদু ওইরবদি য়াশক্লো।"

"করি হায়না শক্কদৌরিবনো?"

"নহাক্না শক্লিংবা অমা শকউ।"

"সৈত্যা, নোরোক্তাগে।"

"মদু য়াদে।"

"করি হায়না শকউগে?"

"নহাক ইকাইগদরা?"

"করিনো হায়য়ু?

"ঐগীদমক্তা পুন্সিচুপ্পা লেপকনি, ঙমদরবদি নিপী ওইবিগী মমা অমা ওইবা ঙমদনা শিগে হায়য়ু?"

"অদু হায়রবদি থাজরগদ্রা?"

"অং থাজগনি।"

"ঐনা নহাক্কীদমক্তা পুন্সিচুপ্পা লেপকনি, ঙমদ্রবদি নিপী ওইবিগী, মমা অমা ওইবা ঙমদনা শিগে—।"

রাধামনিগী ৱাশক অসি তারগা রাজেশ্বরনা থাজরমদবা পুন্নমক্তু মাংখিদুনা, রাধামনিবু মাগী থমোইনা হন্না হন্না থাগৎচরক্লে; অমসুং পুন্সিগী, মাগীনি নিংলক্লদুনা চেজেৎ কোনশিল্লক্লে—।

হৌখিবগী থোদোক কয়ামরুমশিং অসি নিংশীঙদুরগা রাজেশ্বর খংহৌদনা মিৎতগী পি তারক্লে। অহিং থেংজিল্লক্লে মতম অদু ফাওবদা রাধামনিদি থোক্লক্কনি থাজরক্তরে। মাগী সুংশিবদু, লৌনম্বনি খল্লক্লে। কপ্পমথৈ কপ্লুরগা মফম অদুদগী থোক্লক্লে।

---

# তরাশুবা মতাং

## পিরাংলক্তা

ইথং খংহৌদনা ঘটনা অমা থোক্লে। নিল্লগোপালগা ৱ্রজমনিগা, রাধামনিগী মপা মহেন্দ্রসিংবু উনরবা লাকপা সুমিৎতুগী নোংঙাল্লগা; মহেন্দ্রসিংনা উরিপোক্তা মাগী মরুপ যুগোলসিংহগী মচানিপা শ্যামকন্নাই লুহোংবগী বার্তন ফংলদুনা চৎলমই।

যুগোলসিংহ অসি থাঙ্গৈশেংবা মাগী হৌরকফমদি খুন্দ্রাকপম বন্নিদগীনি। লৌ-ইখোল পূন্নমক য়োম্থোক্লম্লগা উরিপোক্তা হোঙ্গৎলকপনি। ইম্ফালদা লল্লোনইতিকী থবক তৌরি। মরাইবক ফবদগী কারবারহূদা শেল য়াম্না তোংহূনা মথং মথং অচৌবা থবক পায়রক্তু না, মণিপুর শিনবা থুংনা মমিং চংলবা ঠিকাদার অমা ওইনা খংনরক্লে। শ্যামকন্হাইস্থ মপাগী মতেং পাংহূনা ঠিকাগী থবক্তা নিংথৌনা হে। মমান্নবগী মীরক তিনবা ঙম্নবা শেল তানবা হোংনবদা য়ুমপানবগী মতম খর চাওশিনখ্রে, মাগী লমচংতা থোইদোক্লা অমকপগী মরম লৈতে; ব্রাখল লৌশিং চাওই, মতিক মগুণ লৈ। মাগী খজিক মুংঙাইতবা হায়ববু অহল খর ওইরপ মাল্লে, অসিনি। মশাগী চহী নিফু তানখৎলক্লে, মতাং অমা নাম্থোকখিগদৌরে নিংলহূনা য়ুম্লাম লৈকাইদগী মমৌ অমা লুহোংনবগীদমক্তা যুগোলসিংহনা হায়ন শীংনরে। মতিক চানা ব্লারোইপোৎ অমস্থং হৈজিংপোৎ পুহূনা লুহোংবগী মুমিৎ লেপ্লে, বার্তন চংনথরে। লাইবক থিবনা লুহোংবা মুমিৎকী অয়ুক্তু মক্তদা মমৌ ওইগদৌরিবা কন্যা অহু চেনখ্রে হায়না পাও হায়দোক্লরে। থোৌদোক অসিদা যুগোলসিংহত নত্তনা মচানিপাগীস্থ মীয়াম মমাংদা ইকাইবা নংহল্লে। অসিগীদমক্তা খুদক্তা অতোপ্পা মমৌ অমা লুহোংনবা চেন্নরক্লে। মরক অসিদা মহেন্দ্রসিংহ য়াওররে। মহেন্দ্রসিংহনা পুকচেল চাওবা উৎপগা লোয়ননা মাগী মচানিপী রাধামনিবু লুহোংনবা শীন্নরে। যুগোলসিংহনা, মহেন্দ্রগী তৌবিমল থংবা অহুগীদমক্তা লুহোংনবগী শেল পিরকপদ নত্তনা অশেংবা মরূপ

অমা ওইনা-থাগৎলক্লে ; মথংগী নোংঙাল্লগা লুহোংনবা লেপ্লয়ে।

পাইখক্কী, পাও অসি পুরত্নুনা মহেন্দ্রসিং ময়ুমদা হল্লক্লে, হয়েংগীদমক্তা লুহোংনবা শেম শারয়ে। অঙকপা থৌদোক অসিদা রাধামনি অহু করি ওইকম থোকই ? মিৎতগী পিনা অরৎপা লৈতনা শিন্থরক্লে। অচিকপা মফম থিত্নুনা মতোমতা মুংশি মৈচাক থাংলক্লে। মচানিপীনা থমোই শোক্লা রাবগী মতৌ অহু উরপা, মমা ইবেমহলনা কুপ্পা শেম্নরক্লে।

নোংঙাল্লগা তেক্ত কাইদনা লুহোংবহু লোইখরে।

লুহোংবগী অহিংনি। রাধামনি মুংঙাই য়াইফবগী ইমুং অত্নুদা, কল্লক-মীহৌবা লৈরুদবনরা; ইমুংগী লৈতেং পুন্নমক্তু য়েংলমদে। য়াওং-শঙগী ফম্মাংদা ফম্নত্নুনা কপ্লি। মহাক্লা রাজেশ্বরবু থক নিংশীঙদবা ঙম্লক্তরে। 'নোংমনা, রাজেশ্বরনা মাবু উনবা থোক্লক্কে হায়ত্নুনা শাওখিবদগী থংনরগা চৎখিবা; নোংঙাল্লগা অমুক লাক্তুনা চান্নরবা। অমুক্লা রাশকউ য়াদে হায়ত্নুনা ওইনখিবা। নোং-মুংশিৎ মরক্তা, থাবল ফরবা অহিংদা, মাবু ঙাইত্নুনা লৈরম্বা ; মালিকা পাম্বীগী মরুমদা রাশক্লখিবা পুম্বহু মথং মথং অরেপ্পা লৈতনা নিংশীঙলক্লে।' ঈচেম্না অনৌবা ঈনোৎ ফংবগুম, পিরাংগী মথক্তা পিরাংনা মাইথোং অহু চোৎপা হৌরক্লে।

মতম অসিদা শ্যামকহ্নাই অহু মরূপ মপাং কয়ামরুম খিল্লোক্লুরবা মতুংদা, রাধামনিনা লৈরিবা য়াওংশঙগী কা অত্নুদা চংলক্লে। রাধামনি কপ্লিবনি হায়বা অসি শ্যামকহ্নাইনা খংলমদে।

মরমদি রাধামনিগী মাইথোংদু ফিরুক খুমজিনখিবনা উবা ঙমমরে।

শ্যামকহ্নাইনা রাধামনিগী মনাক্তা ফমথরক্রে। নকশিল্লক্লগা খংলে, রাধামনি কপ্লি; কপ্পগী অহিক্লবা খোনফম তায়রক্রে। তপ্পা তপ্পা শ্যামকহ্নাইনা মাইখুমফি অদু হাংদোক্লনা য়েংলকই। মপুং ফারবা শরতকী পুর্নিমাবু ঙমজরবা মাইথোং অদুদা পিরাংনা পূমচোৎ চোংলি। মীনুংশি খংবগী থমোইনি, মতিক মগুণ লৈবগী রাখলনি, পুকচেল চাওবগী রাহৈনি; তপ্পা তপ্পা হায়রকই—"ইবেম্মা, পলেম পম্থৌ কায়নবগী কপ্লিবরা? মরুপ মপাং কায়বগী তারিবা পিরাংলা নত্রগা পোক্লফম লমদম থাদোক্লম্বগী রারিবরা? করিগীদমক্তা কপ্লিবনো?"

রাধামনিনা ইকাইনা, কোকখুমফি অদুনা অমুক মমাই খুমজিল্লক্লগা ফিজিনা মপি তৈথোক্লনা লৈরে; করিগুম্বা অমতা খুম্বা, তৌদরে। শ্যামকহ্নাইনা নিংবা কাইবগা লোইননা অমুক হায়রকই— "ইবেম্মা ঐহাকপু ইকাইগনু। নহাক্না নশাগী অরাবা মুংঙাইতবা কয়ামরুম খাংদুনা ঐগীদমক্তা ইকাইবদগী কনবিরকপা অসিগী খল্লুবদা, অনৌবা পুন্সি অমা ফংহনবিরবনি। মসিগীদমক্তা, ঐগী ইফমদা শিংবা ঙম্নরোইদবা লমন তোনশিল্লবনি। নহাক্না কায়নরকপী ওইদুনসু, ঐনা চিংনবা মুংঙাইতবা অমতা থমজরোই। ঐনা থাজে, নশক নত্তৌ অদুক ফজরবী নহাকী থমোইদা তত্তনা রাহনবগী রাখল থল্লি; নহাকী পিরাং অদু অরেম্বদা তাবা নত্তে। চিংনবা লৈতনা ফোংদোকপিয়ু। ইবেম্মনা কনাগুম্বগী কায়না মৈশা লাংলিবা নত্রা?"

রাধামনিনা ফিরুক মখুংদা রাকমশদ আস তানা তানা "করম্না ইপুরোইবগী মমাংদা, ঐগী থমোইনুংগা নুংশিবতুগী রারী শাদোকউগনি। মতুদা লাইবকথিবা ঐহাকপু চিংনথ্রগা, করি হায়না খনখিগনি" আস খ্‌দুনা অতুম্মক লৈরক্লে।

শ্যামকহাই অতু নুংঙাইতবা তমা পুক্লিংদা ফাওরক্লে। মখুৎনা লাইবক্তা পায়রগা, রাখন খ্‌দুনা অতুম্মক লৈরক্লে। খনবা মথৈ খল্লুবগা হায়রকই—"হবেম্মনা পুকচেল শেংদনা মীবু নুংশিরুবনা, ঐহাকপুসু অরানবা রাথন্দা খলহলখিরে। মসিনা ইবেম্মগী ফগদবা নত্তে।"

রাধামনি রাকম অতুগী অর্থ থাঙ্গেংশেংবা কবম্না খংউবা ঙমগনি। অতবু অহানবগী রাহি অতুনঙা তাবদা থমোইদা নুংঙাইতবা ফাওরক্লে। মহাকপু চিংনবগী মবমদা পুক্রে হায়বসি খল্লক্লে। মানা, মাগী নুংশিজবগী মফমদদি থমোই শেংনা নুং-শিবনি হায়বসিদদি খংই। রাধামনিনা পুক্লিং থেমজিল্লতুনা তপ্পা তপ্পা হায়রকই—"ঐহাক্না করিদা পুকচেল শেংদে, খংবিরবদি শেংনা তাকপিয়ু?"

শ্যামকহাইনা খুম্নকই—"নহাক্না খোকখিবা থৌদোকশিংতু ঐঙোন্দা তাকথোকপদা অকাইবা লৈ, অতুনা ঐবু খংহনবনি।"

রাকম অসিদা থমোই শোক্লা খনবা মথৈ খল্লুরগা, অচুম্বা পুন্নমক হায়বদা ঐগী করিসু অমাংবা লৈতে নিংলতুনা, চম্নবা মহাক্না থমোইদা থৌনা অমা ফাওরক্লে; অতুগী মতুংদা রাজে-শ্বরগা মবানি ঊনখিবা, থোকখিবা থৌদোক অপুম্বা অমতা চিথদনা হায়দোক্লে—।

রাধামনিগী অশেংবা থমোইগী, হৌপ্রবা মুংশি ম্নারী কয়া-মরুম অহু শ্যামকহ্নাইনা তাক্লরগা, মাগী থংনিঙবগী ম্নাখন্না মন্নু্রবা থমোইহু মশেক মঙাল ফাওরক্লে। মতম অসিদা নোংঙাল্লকপগী ক্বাক খোংলক্লে।

---

# তরামাথোইশুবা মতাং

## লাইমিং লৌবা

ঙসি রাজেশ্বরগী লাইমিং লৌবা মুমিৎনি। ঙরাং মহালদগী রাজেশ্বর অহু চোইরোল পারোল পংঙাং ঙাং, পংশক শকই। কৌই তাদে, হংই খুমদে। তাংনা ফংজরবা মচা অসিনা মওং অসি ওইরক্লবদা নিল্লগোপালসিংহ অমশুং কুঞ্জমনি করি ওইফম থোকই। মাগী মী কৌরহুনা, খরনা মাইবী; খরনা পাঞ্জি চৎননবা থারে।

মাইবা-মাইবীগী মচিন্দগী থোকপা লাইপাও পুন্নমক্তগী অমত্তা চিখ্নদনা প্রতিকার কৎলে। অহুবু মহুনা রাজেশ্বরগী অফবদি ওইরমদরে। অহুনা, ঙসিদি ইনৌ নৌনা পাঞ্জিগী মচিন্দগী চাও-রবা প্রতিকার অমা লাংলে, মহু লাইমিং লৌবনি। রাজে-শ্বরগী জন্মা কুঠি য়েংউবদা 'থুনমক মমিং চৎপা থবক অমা তৌথোকউ, বন্দা চৎলু হায়বা লৈ' হায়রকই।

অসিগুম্লবা পাঞ্জিগী মল্লা অসি তারবদা য়ুম্বুরেল অহু মণ্ডল মণ্ডল খল্লহুনা, হায়রক্লিবা প্রতিকার ময়াম অহু কৎননবা শিনবা লাংবা লোইখরে। অহুগী মতুংদা লাইমিং লৌবা অসিসু মমিং-চৎপা থবক অমনি খন্নহুনা শেমশাবা লোইরে।

আজ্ঞা হরিদাস ঠাকুর অহু অয়ুক ঙস্তানা পাক্লবা লাইবক অহুদা চন্দন ময়েক লানা থিল্লহুনা, কেশ্বরি মচা-তানা কাপ্লহুনা মচিন্দা শ্লোক্লচিংবা খর থীরগা, মশা অহু মনিল কাবমখৈ অয়ুক্কুদা চংলকলে। অহুদগী শিন-লাংলম্লিবা প্রতিকার অহুগী-দমক্তা মথং মনাও নাইনা থবক পাইখৎপা হৌখরে। অহুগা মাগী থমোইদদি শ্লোক্লচিংবা ফনা থিহুনসু, দক্ষিনাগী হিসাপ্তী বুধি শুকচোই চোইদে; হায়বা অসি মীৎয়েং অহুনা তাকলি।

ব্রাহ্মণগী মমাংদা রাজেশ্বরনা ফমই। ঠাকুর অহুগী মমাংদা ফাক্লিবা লাইরিক অহুদদি থোইনা য়েংলমদে। মচিন্না অমদা মথুৎনা অমদা অহুম্মক লাইমিং পিরকলে। উরিক শিরে, লুগুন থাংলে। রাজেশ্বর অহু হৈনদবনা লোইরে। মরমদি মাগী উরিক লুগুন অহুনা হকচাংদা মরেং মরেং চৎপা অমম্লুং আফ অপুম-বগুম থোকহল্লে। গুরুগী য়াথংনি, লৌথোকপসু য়াদে হায়রি। অসুন্না নোংমহুমা ইহৈ হৈনদনা লেল্লক্লে।

মথংগী নোংঙাল্লগা পাও অমা তারে। মহুদি লাইমিং লৌবা অসিনদি মমিংচৎপা থবক অমা ওইবগী মরম নত্তে। অথং অহৈশিংনা অমুক য়ুম্বুরেলশিংদা খংহল্লরে। ময়ামগী রাদগী থাজনরে, প্রতিকার অচৌবা অমসু লাংলে; মহুদি শুভ-বিবাহনি।

মথংগী নুমিৎতা লৈকাইগী ওইনা রাজেশ্বরগী মবাইশিং থোকপা, মখোয়গী মীস্থু ওইবা মনিহার কৌবা মীয়াই চল্লরুবা অমনা নিল্লগোপালসিংহ উনবা চংলক্লে। মতম অসিদা য়ুম্থুরেলদি য়ুম্থুরেলবীগা চিক্লা রাতানরি। হরাও হরাও কৌশিন্দুনা মনিহারবু ফমহল্লে। কুঞ্জমনিনা হিদাক হাল্লুনবা য়ুম্নুংদা চংখরে। অতুদগী মবানি রারী শাবা হৌরক্লে।

নিল্লগোপালসিংহনা হায়রকই— "করি লমদগীনো ইবুঙো, অহল লমন করম করম তৌই ? লাইরিক লাইগুনা কয়া য়াম্না হৈরবা, করি করম্বা মীওইনো ?"

মনিহারনা খুম্লকই— "মামো ; থোকচোম লৈকাইদগীনি। মচিন ননাও খুৎ কল্লি। চাবা রাৎতে, লাইরিকস্থু ইবা পাবা ঙমই, চাওশিল্লরুবা অতুদা মপুবোক লাইনিংবা অমা লৈ ; মতুনা তোকহনখরে। মপা অতুস্থু ঈশৈ তৌরি। নিপীমচা অতুগী মশক মতৌদি লাইগী মচাগুম্বনি।"

নিল্লগোপান্না হায়রকই—"পূম্নমক ফৈ, অতুগা রানা করি মতাং য়ৌশিল্লম্বা ?"

মনিহারনা খুম্লকই— "লোইনরম্লে মামো, অহল লমনগী মরাদি থোইদোক্লা শোয়রোই। অতুগা নিপীমচা অতুনদি বর মশক অমুক্তা য়েংজগে হায়জরকই।"

মনিহারগী রাফম অসি তাবদা নিল্লগোপাল নোকমি নোকমি তৌই, হায়রকই—"অতুদি, কৈদৌঙৈ চৎকে হায়বা ইবুঙো ?"

মনিহারনা হায়রকই— "ঐহাক্লদি মতম শাংথহন্নিংদ্রদনা, ঙসিমক পুজরক্কে হায়জরমই।"

নিল্লগোপাল্লা হায়রকই—"ফি-রোলদি করম করম তৌবা ?"

মনিহারনা খুমকই— "মপুবোক অত্থগী য়েংহনা ফৈজোম শেংপনা ফগনি খঞ্জে।"

নিল্লগোপাল্লা হায়রকই—"ইবুঙো, রাজেশ্বরদি ফৈজোম শেংপা হৈরম্লোই। নহাক্না খর শেম শাহনা ফননবা হোৎনৌ।"

অসুম্না অয়ুক চুপ্পহুমা ব্লারী শারবা মতুংদা কায়নরে। হুমিদাংব্লাইরমগী মতমদা, মনিহার অহু ফৈজোম ফুরিৎ নিংথিনা শেংলহুনা; রাজেশ্বর উনবা মাগী কাদা চংলক্লে।

রাজেশ্বরদি ফমুংদা হিপ্লহনা রাধামনিগী লৌনম্বা হুংশিবহুগী ব্লাখন্দা তাওহুনা লৈরমই। মনিহারনা মহুগী মনাকমক্তদা চংলক্লে, নোক্ল নোক্লহনা হায়বকই—"ইবুঙো হৌজিক ফাওবা থৌরাং লোইদ্রিবরা ?"

রাজেশ্বরনা থৌ ইশা শাদনা—"করিগী থৌরাংনো কদাইদা চৎপগীনো ইবাই" হংলকই ?

"হৌগৎলো হৌগৎলো ঙসিদি ফৈজোমগকা শেংকদৌরিবনি।"

অসি হায়রহুনা মনিহারনা রাজেশ্বর অহু ফমুংদগী চিংখৎলক্লে। অহুদগী ফৈজোম শেংননবা শেম শাখরে। রাজেশ্বর ফৈজোম শেংপা লোইখরে। মহুদসু হৈনদবা অমা থোকহল্লে। খোংথাঙবা খুদিংগী ফৈজোমগী ফিবাম্না ইয়েৎ য়েৎশিনবগুম্না হুহনগদৌরে। মহু মনিহারমা খোংথাঙ চুম্না থাংনবা তাক্লে। অসিগুম্নবা ইরাং অসি য়েংগদবগী কুঞ্জমনি অমসুং নিল্লগোপাল মখা

থংবা কাদা ঙাইহ্নুনা লৈরমই। রাজেশ্বরগা মহেন্দ্রগা থোক্লক্লে। মমা ইবেম্মা কুঞ্জমনিনা নোংমত্থুগী চাদিং লুপা কুনথক রাজেশ্বরদা পিরক্লে। মচাগী নিংথী-চংখোল্লবা শকতমগা, চৎনবিগী ফিজোল্দুগা পকচরবা ফজবা পুম্বত্থু মিৎ কুপ্তনা য়েংজহৌরি।

থোকচোম লৈকাইদা বকুলগী য়ুমনি। মণিপুর শিনবা থুংনা মমিং চৎলবা ঈশৈ তৌবা অমনি। মাগী মচা নিঙোল অত্থুম অত্থুগা পিবা অনিগা লৈরমই। হৌজিক্তি মচিন মৌপ্পা অনিথক্তা মঙাইরে। অতৈ অহন মখৈদি লুহোংবিখরে। নিঙোলশিংদগী খ্বাইগী ইতোন তোনবী তরুনি কৌবী অসিনা মশক মতৌ ইফ ফজবিনি। মহৈ-মশিং হৈবিনি। অসিগুম্নবা তরুনিবু মতিক চানা লুহোংবিরগে নিংলত্থুনা রাজেশ্বরনা অনৌবা বর ওইননবগীদমক্তা শকথংননবা শিন্নরে। বকুলগী মচানিঙোল-শিংদা ফজবা নিতি অমা থল্লমই। মশা মশাগী মপুক্লিং মরো-শিংনা, মীর্রা চান্নত্থুনা অহল লমনগী মাইকৈদা মাইথিবা পিনবা তৌহল্লমদে। অত্থুগা অহলশিংনসু মপুক্লিংগী ব্রা হংদনা লুহোং-বিবসু পান্নমদে। হৌজিকসু তরুনিগী মচিন হংত্থুনা বরগা শকথংননবা থৌরাংশি লাংনরিবনি।

মনিহারনা মাং থারত্থুনা রাজেশ্বরগা চংমিন্নরক্লে। বকুলগী শঙ্গাই অত্থু অব্রাৎ অপা লৈতরবা য়ুম্বালনি। য়েংখি য়েংখিরা মাইকৈদা য়ুমলৈ কৈরৈ মওং চানা চানা অত্থুম্মক মরৈ। য়েংন-নবা হুমিৎ ওইখিবনরা লৈরম্বনসু, চংলকপনসু মুনা মুনা য়েংনরক্লে।

যৌবনগী মিৎয়েং হায়ব'সিমক্তি কাচিন য়ৌনা উঙমা থৌই। রাজেশ্বরনা নিপীমচা অমা পুন্নিদা ঈশিং শোক্লুবদগী য়ুমদা কারক্লিবী অমবু উরুরে। নিপীমচা অদু কুচু ঙৌই। রেশমগী অশংবা ফুরিৎ অককপা অমা লিৎলি। কমলারোংগী মচুদগী লৈশিল্লবা, উরেংগুম্না উরবা ফনেক অমা শেৎলি। তুংয়ানগী শময়াম্না লিনগী মপৈগুম্না লেংলেং চৎলি। তাইবং শুমহৎনবী নিপীমচাদুবু উরুরগা রাজেশ্বর অদু লৈমাইদগী খোংথাঙ ফুকনি কাওথোক্লুরে। মনিহারদি য়ুমদু য়ৌথরে। রাজেশ্বরনা মিৎ পেন্না য়েংউবদগী নিপীমচাদু খংহৌদনা ফুরা অমগী মরুমদা লৈশিন্দুনা লৈখরে, উথিদরে। ফুরাদুদা 'গিরীরাজ' লাৎলি।

রাজেশ্বরনা বর অমা ওইনা তরুনিগা শকখংননবা লাকনি হায়বসি মমান্নবি জয়ন্তি, যামীনি, থম্বালশং অমস্নং শ্যামানচিংবি থরমু খংই। মখোইস্নু তাঙ্গাদুদা তরুনিনা লোৎলিবা মফমদুদা ইরাংলাংলদুনা চংলক্লে। মখোইনা রাজেশ্বর চংখিবদু উহৌই। ইকাইথিগল্লবি তরুনিদা মমান্নবিশিং অদুনা লংনবিরে। মখোইনা হায়— "ঐখোইনা য়ৌরক্লিভৈদা উনিংবনা হেনমন্দুনা ঈশিং তনশোক শোকউরিনি।" তরুনিনা ইকাইনা থুমই—"নত্তেদা নখোইস্নু মতম অসিদা লাকনি হায়বা কনানা খংবগে।"

ময়াম অদুনা "নতৌ তেংগে তৌবনিদা" হায়রগা নোকই।

অদুগী মতুংদা রাজেশ্বরগী মরমদা অমম্মতা ওইনা থাগৎ-নদুনা তরুনিগী মতৌ য়েংলক্লে।

জয়ন্তীনা "কুচু ঙৌই" হায়রকই।

যামীনিনা "মরেপ ব্রাংই, নশা তনাপ তনাপই" অসি হায়রদুনা চেপথদুনা য়েংশিন্নে।

থম্বালশংনা "ঐদি মসিগী মীওইনা পামজ্জে" হায়রগা নোকই।

শ্যামানা "তুখোং নাল্লি, রাশি লৈ; চীং লেমই" অসি হায়দুনা তরুনিগী মমাই লৈথোক্লিবদুদা মখুৎনা চুমথোক্লগা য়েংহল্লি।

শাওরংননা, তরুনিনা চৈরকই— "নখোই হেক হোংলো।"

ময়ামদুনা তরুনিবু থেল্লদুনা য়ুম্নুংদা চংমিন্নরক্লে।

নিংথিজখরবা কা অমদা মনিহারগা রাজেশ্বরগা চংলক্লে। মফম অদু, লুহোংবা অসিগীদমক্তা পাও পুৎরিবী নিপী অসিগী য়ুমনি। বকুলগী মচেনি। মহাক্তি লুখ্রা ওইরদুনা বকুলগী মমা শকুনা ইমুং কোনবিরিবনি। মনিহার অদু ফমথবতা মভাইরি। লুখ্রাবী অসিনা মনিহারবু কৌথোক্লরে। রাজেশ্বর মতোমতা কাদুদা লৈহৌরে।

কাগী মনুংদা রাজেশ্বরনা হাইরপ য়েংই। লৈতেংশিংদু তরু তরুই, কাদুদা ফম্নবা, পোত্থাননবা মখল মথেলগী ফাল চৌকি, মোনতেক মোন্দুম্নচিংবা ভাক্না; শেম শারবা মফমনি। রাজেশ্বরগী মনাক্তা টেবল অমগী মথক্তা লৈশু শাৎহল্লবা গম্লা অমা লৈ। কাদুগী ফক্লাংদা নিংথী নিংথীরবা লাইনচিংবা থেৎলি। লৈতেং পুম্বশিংদু উরুরগা রাজেশ্বরনা অরেপ্পা লৈতনা ব্রাথন থনবা হৌরক্লে—"হৌজিক্তা উখিবী চংখোল্লবী ইবেম্মদুবু কন্নাগুম্বগা

লোৎলা চান্নজবা লৈরমগনি। মতুদা কায়নবা ফংলবা ঐগুম্বা ম্নানা, ঐগুম্না থমোই শোক্না খাংহৌরোই করম্না থাজশিবা। নিপী হায়বা অসি লৌনম চাওই। য়াম্না মোনুংশি থংদে। অমুক চংখোল্লবী অসিগা ঐগা লুহোংবা থোক্লো,. ঐগী নিংবা থুংগদরা? মতুদি নত্তে, অপাম্বদি অমত্তনি; মুংশিবদি তোংঙাল্লি।" রাধা-মনিহু রাজেশ্বরগী মমিৎতা শঙ-শঙ উরক্লে।

নিংথীরবা লৈতেংনা থল্লবা কা অতুগী মনুংদা, রাজেশ্বরনা লেপ্পাইদবা রাখলশিংহু থল্লি। রাধামনিগীদমক্তা থল্লুরগা মাগী পুক্নিং অহু কাম্নব্রবা মপোক্নি থল্লক্লে। মতম অসিদা মনিহার অহু কাহুদল চংলক্লে, হায়রকই—"ইশেল, মখোইগী রাদি লাইরদনা; ইবুঙোগী রাবু খংজহোগে হায়রি?"

রাজেশ্বরনা রাফম অসি তারি। অহুবু পাওখুমদি পাক খুম্বা ঙমদরে। মমৈথংদা হায়রকই—"ইবাই নিপীমচা অহুনদি করি রাখল থল্লি?"

মনিহারনা নোক্ল নোক্লহুনা খুম্নকই—"মনে অহল অহুনা হংবদা ইকাইবদগী খুমদে হায়; নোকমি নোকমিদি তৌই, তমই। খুমদরবদি য়ারবনি।"

মনিহারগী রাফম অসিদা, হন্দকমুক্তি রাজেশ্বর অহু পাওখুম খুম্বদা খর লাইথোকহল্লে; হায়রকই—"অহুদি ইবাই ঐহাকসু খুম্নরোই।" হায়বগুম্নদনা শুকখুম খুমখিদরে, অহুগা নোকমি নোকমিদি তৌরকই।

মনিহারনা থুনমক, মথংগী মুমিৎতা অপুনবা কুঠি য়েংননবগীদমক্তা পাও হন্দোক্লম্নগা, রাজেশ্বরগা মফম অহুদগী থোক্লক্লে।

মথংগী নোংঙাল্লগা, রাজেশ্বরনা কুঠি য়েংবা চৎখিবা মীশিংশুবু ঙাইঙমদনা, মুংনাঙবা পোক্তুনা লৈরমই। অমুকস্তু মাগী কাদা চংই, অমুকস্তু থোঙ্গালদা থোকই। মন্দিরগী মরুমদা লোম্না, ময়ন পুখ্রিগী শীড়ীদা ফোংনা লৈরক্লে। সুমিৎনা ব্রাতোন লোম্ল-ক্লবা মতম অত্দা কুঠি য়েংলুবা মীশিং অদু লাক্লে, মখোইনা পাও অদু তম্নরে—"নিপী অসি মপোক ময়ি কল্লি, নিপা অসিগা লুহোংলবদি পাঞ্জা শিংদা চনগনি।"

ব্রাফম অসিদা য়ুমগী য়ুম্বুরেলনা, থৌরাং অসিদা শীন-লাংইবা মীওইশিংদা ব্রারোল খর খংহনলক্লে—"ইচা অসি হৌজিক হৌজিকমক চহী লিশিনখিদুনা লুহোংবা ফংলরোই হায়বা নত্তে। ইচানা পাঞ্জা ওইননবগীদমক্তা লুহোংলোই। অতৈ অতোপ্পা অমা অমুক নত্তনা, নিপীমচাদুগী পাও পিরবা য়াদে।"

সুমিৎ অসিদগী হৌরদুনা, নিল্লগোপাল মশামক য়াওনা মচাগী মতিকচাবা মমৌ হায়বা চৎলে; হায়রুবা খুদিংগী পিরকই, অদুবু খুদোংচাবদি থোক্তরে। চহী কুনগী মখাদা লৈরিবা বরগী মতিকচাবা কন্যা কনানা পিবিরক্কবা? মমৈথংদা নিল্লগোপাল্লা খংহল্লক্লে—"খুদোংচাগদবা ওইরবদি লৌব্রাইদগী ওইরবস্তু পাও চৎনবা য়ারগনি।"

---

# তরানিথোইশুবা মতাং

## নুংঙাইবা পাও

মেট্রিকী পরিক্ষা হায়দোকপগী পাওনা মচি মচি খুদিংদা নিন্নরক্লে। ভয়কপা কাংবুনা—"ঐদি ভয়ক্লে, মকোক্তা লাকই, মথংদা লাকই; মখা তমথখিগনি, ট্রেনিং চংলগনি, থবক তৌরনি।" কনা অমনা—"ঐগী অহনবা গাড়ী, অহনবা খোংগ্রাও ফুরিৎ, ঘড়ী, সনাগী খুদোপ, কলেজ কাবদা থিন্নবা জিপ, কার।" থরনা—"ঐদি শিলংদা, ঐদি গৌহাটিদা; মিং চলহৌনবা শীনথরে।"

পরিক্ষা ভমদবা কাংবুনা— "হন্দক্কী মতাং অসিদা নিপী চেঁলহৌদ্রবদি হকাইবা কোক্লরোই। ঐদি হেক ভমদ্রিফাওবা থাগনি, ঐদি ওঝা অথেং অমম্বদা চৎহন্ত্রগা লোইরে, মখোইনা ভমহনদ্রিবনি। ঐদি ইমা ইপানা য়েংশিনবিদবদগীনি, ঐদি তোনান্না য়োকপদগী মাংহনবনি।"

থরনা মীনা চৎনদ্রবা লম্বীদা চৎলি। পরিক্ষা অঙম্বা, মমান্নবা উনদনবা লোৎলি। থরনা নুংঙাইতবত্থ কোক্লনবা য়ু থকই, ঙাওরিভৈদা পংহায় হায়। থরনা—"লংফৈ চেল্লগনি, পৈশা হুরাল্লক্লে।" অম্তুন্না মাগী মাগী কাংবু তিন্নরক্লে।

নুংঙাইরবা পাও অমনা, অসাম অপুনবগী ওইনা মনমুহোন্না মকোক্তা ভয়ক্তুনা পাওজেল চেদা ফোংখরে। ইচম চম্বা লৌমী অমগী মচানা, মীনা শকথং মাইখংনবা ওইহল্লবা অসিদা ফিদম্ন-ক্ষম ওইরম্বে।

মনমুহোন্না মাগী মরুপ মপাংশিংবু,—"কনা কনা পরিক্ষা ওল্লকপা, ওল্লক্কবা" কোইহং হংই। মঙোন্দা লাক্কুনা উনরবস্নু য়াওই। ওমদবশিংগীদমক্তা থব্রাই মুংঙাইতনা লৈ। অদুবু অল্লা-বদি, রাজেশ্বরগী পাওদি খক ফংবা ওমদে। মানা মথৌ অমা ওইনা রাজেশ্বরগী স্কুলদা চৎতুনা ওঝাশিং উনরুই, মাগী মরুপকী মরমদা ব্লারী শারুই। থিবা য়াবা মখৈ থিগৎলগা, খংবা ওম্বা মখৈ খংলক্লে। মাগী থমোইদা মুংঙাইথোকপা ওম্লক্করে। থুনমক মাগী কাদা চংলক্কুনা চিঠি অমা ইররে—

থুব্রাইবুঙো,

করিগুম্বা ব্লারম খরদং খংহঞ্জখিবনি। মরমদি অসিনি, চহী অহুমলোম ফারক্কদোরে রাজেশ্বরগা উনখিদবা ; ঐহাক্তি থুব্রাইবুঙোনা অঙাং ওইরিঙৈদা মাগী অমদি ঐগীদমক্তা ফনমবা ব্লারক-ব্লাতেম্বীবা অদু ওসি ফাওবা কাওব্রদে। মাইমক খিবনা ঐনা য়ুম থাদোক্কুনা চৎচবা চহী অহুমক্তদা ইবানি স্কুলদা তম্মিন্নদরে। মসিগা লোইননা মাগা ঐগস্নু উনখিব্রে। ঐনা মাগী মরমদা পরিক্ষা ওস্বরা হায়তুনা স্কুলদা চৎলগা ওঝাশিংগা ব্লারী শাজরুবা মতমদা মাদি পরিক্ষাস্নু য়াওরমব্রে, অদুগা স্কুলদস্নু মমিং কল্লম্লে। মীগী মচিন্দগী মহাক ওক্কনা হায়বত্নমা ওইরে ; য়ু থক্লে, জ্জার শান্নরে অরেম্বদা ঙাওচৎনত্তুনা লৈরে হায়না তারে। য়ারবদি খর য়েংশিনবিতুনা, হৌজিক নৌমিঙৈ অসিদা মাগী লমচৎ চুমথোকপিহৌদ্রবদি মহাক শাথিনা মাংবা তারে। অসিগন্নু

নত্তনা ইমুং মনুং ফাওবা লৈখা তারক্লগনি। ব্রাফমশিং অসি ঐনা খংহনবনি হায়বত্থ মঙোন্দা তাকপিগন্থ। মতাং অসিদা নচা অস্থম লোইশিঞ্জরগে। ঐনা ইশামক্কা লাকচরগা পাওদম-জরগদবা অত্থ, ঐবু লৎনবিগদ্রা খঞ্জত্থনা, অস্থন্না চেদা ইত্থনা খংহঞ্জখিবনি ; ব্রারৌবিগন্থ।

নহাক্কী নচা

মনমুহোন সিংহ।

চিঠি ইবা লোইরে। মত্থ মনমুহোন মশামক্কা পুরত্থনা মক্ষম অত্থদগী য়ুম তম্না খোংশাল্লক্লে।

খুঙ্গংগী মীপুম অয়াম্বনা, মনমুহোন্না মকোকথোংবা ওইনা পরিক্ষা ঙম্লকপগী পাওদি হান্ননা তারম্লে। হৌখিবা মতম খরদা, মহাকপু কাওথোক্লরবস্থ, ঙসিদি শান্তি লাইরেম্বীনা খুৎলাম তোই-না কৌরত্থনা মমাগী মতম্পাক্তা কৌশিনবীরি।

মনমুহোন্না য়ুম য়োরগা নিল্লগোপালগী চিঠিত্থ পিরুনবা লৈবাক্লেগা উনরে। মনমুহোনগা লৈবাক্লেগা ব্রারী ব্রাতাই কয়ামরুম, ম্ভংঙাইবা ফোংদোক্লরত্থনা শান্নরে। অহানবদা রাজেশ্বরগী মরমদা ইমুং মমুংদা করি লমচৎ চৎপা কুপ্পা হংলে। অত্থগী মতুংদা চন্দ্রসখীগী মতাংদা অমুক খংতোক্লে। অরোইবদা চিঠি অত্থ চেকশিন্না পিরক্লে।

---

# তরাহুমদোইশুবা মতাং

## য়ুগী-ময়ায়

সন্ধ্যাগী লাইখুরুম্বনচিংবা লোইরবা মতুংদা, মনমুহোন্না পিরকপা চিঠি অমা লৈবাক্লেনা য়ুম্বুরেলগী মখুৎতা পিররে। নিল্ল-গোপাল অসি লাইরিক হৈতে। মচানিপী চন্দ্রসখীবু কৌশিল্লগা চিঠি অমা পাহল্লে। চিঠিগী মরোল অমা তাবদা ঙকপগা লোইননা ফম্লম্বদগী ফুক হোৌগংলক্লে। মানা নিংজরম্বা, মচাগী মফমদা থাজবা থম্লম্বা পূম্বমু ওন্ন-তৈনবা মওংদা তারবা অমদা মমিৎ অনি অমা ঈ কাবা হৌরক্লে। হৌজিক খংজরে, মীগী ফত্তনবা তৌরগা মশাগী মাংনবা ওই হায়বসে। উপায় লৈত্রবুনা মমা কুঞ্জমনিদা চৈ-থাংলে। মসিনস্মু মাগী নিংবা থুংলরোই খংলবুনা রাজেশ্বর হঞ্জিল্লকপা ঙাইবুনা লৈরক্লে। মনমুহোনগী মফমদা থাজখিদবা অমম্মুং ওক্কবনি খল্লম্বা, মচাগা তিন্নহন্নিংখি-দবা, অঙাং ওইরিঙৈদা তাথি-তাওইনা তৌখিবা পূম্নমক্কু মথং মথং নিংওন্নক্করে। খংহৌদনা দেবেন্দ্রসিংহগী মফমদা অমদি মনমুহোনগী পুকচেল শেংবমু খল্লুরগা মপুক্লিং মুংশিরক্লে। মুমি-দাংগী চাক চানবা মতমমু তৌখরে। অমা ফাওবা নিল্লগোপাল চাক চাখিদরে। কুঞ্জমনি অমম্মুং মচানিপীনা চাক চাননবা ফনমক হায়জবুনস্মু য়াখিদরে। মতৌ অসিদা য়ুমগী য়ুম্বুরেলবীবুস্মু চাক চাখিদরে। তুংগী খুদোংথিগদবমু খল্লুরগা মিপাই চাওনরক্লে। য়ুম্মুংগী মীশিংমু মচি মচিদা, তুমিন তুমিন লৈনগ্রে।

অহিংগী, নোংয়াই মতুংদা রাজেশ্বর অহ্নু মশম ইফা ফারহুনা চংলক্লে। কোম্হোংদগী য়ুম্নুং য়ৌবা ফাওবহ্নু খোংথাঙবা থোক্তবা মখৈ তুরোই ঙারোই চংলক্লি। রাজেশ্বর য়ু শাথিনা ঙাওরে। মচিন্দা করি করিনো ঙাংবা লেপ্তে। মতোমদস্নু নোক্লকই, ঈশৈস্নু শক্লকই; অমুকস্নু থমোই শোক্না কৌরকই 'রাধামনি'। য়ুমগী থাক থাক নাইবা মাঙ্গোলগী, শীড়ীদা য়েং য়েংহুনা কারক্লে। মহুদা মখোংহ্নু অমগা অমগা লৌশিন্নহুনা তুরে। মতম অহুদা জ্ঞান লাকপগুম্না হৌগৎলক্লে। মশম-মনাহ্নু শেমজিল্লহুনা য়ু ঙাওদবা শারহুনা চংলকই। থোংজিন্দা লেপই, থোংদা ইল্লরে। মহৌশা মানা হল্লকপা খুদিংগীদি থোং হেক হেক লোল্লমই। মুমিৎতুদি লোল্লমদবা অহুদা খংহৌদনা থোংহ্নু ইল্লুবহুদা হাংদোকখরে, হকচাংহ্নু ঙাকপা ঙমহৌদহুনা থোংজিন্দা তুথরক্লে। অমুক তপ্পা তপ্পা হৌগৎলক্লে; মমৈথংদা য়াম্না রানা শেম শারহুনা মাগী মথক থংবা কাহ্নু য়ৌনবা, কৈরাক অহুদা খোংফম শেম্নহুনা কাখৎলক্লে। মতৌ অসিদা মমা ওইরিবী কুঞ্জমনিনা মুংশা থিরক্লে। মীপাই চাওগল্লবী মমানা রাজেশ্বরগী মতুং ইন্দুনা কাখৎখরে। মচাগী খোংফম শোইবহ্নু উবদা মমানা শেন্নহুনা ফমুং তম্না পুশিনবীরক্লে। হকচাং নকশিল্লুবহুদা য়ুনয়া কুঞ্জমনি অহ্নু মকোক ঙাওবগুম খল্লক্লে, তপ্পা তপ্পা হংলকই—"ইবুঙো য়ু থক্লকপরা?"

রাজেশ্বর মঙক নোম্ন নোয়্নহুনা "অং ইমা খজিক্তং মহাও তংঙুরে" খুম্নকই, অহুদগী ফমুংদা হিপথখরে।

কুঞ্জমনি অত্থু মমিংতা মপি তারক্লে, কপ্লা কপ্লা হায়রকই—"ঐঙোন্দা ঙসিদগী ইমা কৌরকনু। নংশে ঙসিদগী ইচা ওইত্র-বনি। নপাবুংনা নহাকপু ঙসাইদগী ঙাইরি, চাক ফাওবা চাত্রি ; শাওবনা মৈ থারিবনি।"

অস্থুম্না থর চৈ-থাংবা অসিনা মপাবুংগী মফমদগী কম্বোকপা ঙমগত্রা নিংত্থুনা খঙ্গরম্বা অত্থু অরেম্বা ওইরে। নিল্লগোপাল মথুংতা চৈ অমা পায়রত্থুনা মথক থংবা কাত্থুদা কাথংলক্লে। রাজেশ্বরগী ফমুং ময়াদা লেপ্লগা হায়রকই—"নং ঙসিদি শেংনা খুম্মু, নত্রবদি নংনা য়ুম অসিদা লৈহৌবা নত্রগা ঐনা লৈহৌবা অনিগী মরক্তা শোইত্রবনি। নং স্কুলদা চংদবা মতম কম্না কুইরে ?"

রাজেশ্বরনা ফমুংদা ফম্লি। য়ু থক্তবা শারত্থুনা মফি মরোল লৌথোক্লি, অত্থুদগী খুম্নকই—"কনানা হায়রিবনো, মফম মরাংদি ইথং থংদনা ?"

নিল্লগোপাল শাওনা হায়রকই— "কয়াদা উশিৎত্রিবনো, হৌজিক ফাওবা ওইদবা ঙাংলিনেশে। ইপাদি লাইরিক হৈতব.ন, করি অমতা থংলরোই অসিনি নত্রা ? পাঙ্গল চাওবা মান্নরে হায়ত্থুনা কিত্রবনিনে। ইপা ইপু হাক্তগী চারক্তবা চিঙ্গাক চা-থক্লে। মমা মপা লৈতবা মীগী শাজৎ চৎলে। মমা মপাদা লৌনম তৌরে। ঐগী ইপাদি অপংবনি, হায়রিবা মথৈ য়াগনি ; অসি-নিনে নংনা থল্লিবা। নংনা নমা নপাবু খত্রগা ঐনা ইচানি খনগত্রা। হৌজিক শেংনা খুমউ ; নং পরিক্ষা য়াওবরা য়াওদ্রবরা ? নহালমথৈ কদাইদা চৎলি ?"

রাজেশ্বর য়ুগী ময়ায়না মকোক্তু উরু উরু লৈবা হৌরক্লে, মপাবুংদা ওনশিল্লক্লহুনা হায়রকই—"পরিক্ষা য়াওই, ঙম্লক্লে।"

রাজেশ্বরগী ৱাফম অসি তাবদা নিল্লগোপাল অহু থোইদোক হেন্দোক্লা শাওরক্লে—"মশান মশাবুস্থু নমথাক তৌরি।" অসি হায়রহুনা পায়রিবা চৈ অহুনা রাজেশ্বরদা হন্না হন্না ফুথরক্লে।

রাজেশ্বর অহু অহানবদা চৈনাখোল খংলমদে মমৈথংদদি, চৈফমশিং অহুদা অনাবা ফাওরক্লে। য়ুগী ময়ায়না মাবু পোকপিবা মপাবুংনি খল্লক্তরে, মমিং তাংহল্লক্লে; থিন্দনা চৈহু ঙাকথোক ঙাকথোক্তুনা মখুৎ হল্লক্লে। মতৌ অহুদা নিল্লগোপালস্থু পাঙ্গলথোক্লা ফুরক্লে। মসিগী চৈরক অসিদা কুঞ্জমনি অহু মুংশা-থিবগা লোইননা মপা মচা খংনরিবহুগী মরক্তুদা চংলক্তুনা খাম্লরে।

নিল্লগোপাল শাওবনা থমোইদা মৈ হৌরে। মানা হেক পোকচবা মচান-ফাওবা মপাদা খুৎ হনবা ঙম্বা অসিগী খল্লুবদা মপুক মথক মখা ওল্লক্লে, "নমা নচা য়ুম অসিদা লৈহৌগে হায়রগনা ঐহাক চৎগ্রগে, নত্রগা ঐবু লৈহৌ হায়রগা নমা নচামক মফম অসি থাদোক্তুনা চৎখরো" অসি হায়না হায়না নিল্লগোপাল অহু অহু মশা নিকপা হৌরক্লে। হকচাংহু মিহুল প্রুম্বা থজিন্দা কাখৎলক্লে। কুঞ্জমনিনা থুনমক চেনশিল্লক্তুনা চমিংগী মিহুম ফাথররে, ইমুং মনুংগা মীশিংহু কৌরহুনা-মখাথংবা কাদম পুথরক্লে। থিন্দনা, খুৎলি খংলবা মাইবা কৌরক্তুনা য়েংহরে।

নিল্লগোপাল অসি পোকপদগী লোইনরক্লবা লাইনা অমা লৈ, মহু পংথবা হৌবনি। মসিবু ফননবা লাইয়েংবদা মাইবা অমস্তুং ডাক্তরগী হিদাক মশিং খংদনা তুমগ্রবনি। অহুবু কনাগুম্বা অথং অহে অমতনা লাইনা অসি ফহনবা ঙমলমদরে। মাগী লাইনা অসি শাওদ-শাওরবা, অহুগা য়াদ-য়ারবা মতমদদা হৌই। মতম অহুদা খুংলি খংলবা মাইবনা মবীশিংহু ফাথহৌরবদি লাইনা-হুদগী কলহৌবা ঙমই। অহিং অহুদদি, নিল্লগোপাল করিস্তু থোইদোকপা তৌথিদরে।

য়ুম্বুরেলগী সেবা লোইরম্লবা মতুংদা কুঞ্জমনি অহু রাজেশ্বরগী কাদা অমুক লাক্লে। মতম অহুদা রাজেশ্বরদি ফমুংদা হিগুনা লৈরমই। কুঞ্জমনিনা চংশিল্লক্লগা তুম্লব্রা তুমব্রিব্রা য়েংলরে। রাজেশ্বর তুম্লমদ্রি, মকোক্তু মখুৎ মথক্তা মোন থাংলহুনা লৈরমই। কুঞ্জমনিনা থল্লাই য়ানা হায়রকই— "ইবুঙো অহুগুম্বা চিঞ্জাক অহু থক চা-থর্কস্তু। নপা-নমা মশক খংহন্দবা চিঞ্জাক্তু থক্লগা করি কাল্লগনি। নপাবুংনা ফু চৈরিবা অহু নংগীদমক্তা ফননবনি। নংবু ওকশস্তু শিংশস্তু হায়না য়ারকপনি। নহাক্লা ওক্তবশে ওক্তেনে, ঐনা নংগীদমক্তা লোম্লা কয়া, ফোংনা কয়া মেনখৎহুনা থম্বনি। অহুবু নংনা অস্তুম হেঞ্জিল্লক্লে। ঐদি ঙসি হায়রিবা অসিনি। হয়েংমথৈ অমুক য়ু থক্লবদি, ঐ হেক্তা শিগদবনি। নংগী নরাল অসে নংগী পাবুংদা হায়জৌ। মতুং মনাও য়ু থকচরোই হায়হুনা য়াশকউচো। লাইরিক অমুক তমজখিগে হায়জৌ। নত্রবদি নং অমুক লাইরিক তমহল্লরোই। ইশ!

অঙকপনিদা কয়াদা ঙমগ্রবনো; য়ু থকপা হায়বসে, নহাকপু মসি থক্তি্ৈঙদা নপাবুংদা অমুক্তা হঙ্গৎনা খুম্ব্রনে?" অস্নুম্না কুঞ্জমনিনা, মচানিপাগী তুংদা ওইরক্কদোবা পুন্সিগীদমক্তা থন্নাই ন্নানা পাওমেনজরক্লে। অদুবু রাজেশ্বরদি মমাগী ন্নাদু তাখিদনা অদুম্মক তুমথরম্লে। কুঞ্জমনিনা অমুক হৌদোক্লম্বা তৌদনা মফম অদুদগী থোক্লক্লে।

নোংঙাম্লে, য়ুন্নংগী মীপুম খুদিংমক হৌগৎনরক্লে। কুঞ্জমনিনা হুমিদাংগী থৌদোক্তুগী মরমদা রাজেশ্বরনা মপাবুংদা হায়জহন্নবা মাগী কাদা চংলক্লে। অদুবু রাজেশ্বরদি মফম অদুদা লৈরমদ্রে। কুঞ্জমনিনা অহানবদা, রাজেশ্বরগী শেৎননবা মফি মরোন, তোংন-নবা খোংউপ, মথং মথং য়েংবা হৌরক্লে, অদুবু লৈবা উদ্রে; মমৈথংদা টেবল মথক্তা চিঠি অমা থেংনরে। চিঠি অদু পায়রদুনা মখা থংবা কাদা কুমথরক্লে। কুঞ্জমনিনা য়ুম্বুরেলগী মনাক্তা চং-লক্লগা চন্দ্রসখীবু কৌরদুনা চিঠি অদুবু পাহল্লক্লে। চিঠি অদুদা অস্নুম্না ইরম্মী—

ইমা অমস্নুং পাবুং,

ঐগী ইরমগীদমক্তা ইমুং মন্নুংদা মহি লাংবা ওইনা থোক্লে, ঐবু ঙাকপিয়ু; ঐনা লানবা ঙাক্তনি। পাবুং অমস্নুং ইমানা তাকপিবা পুন্নমক চুমই। মসি পুন্নমক অসি ঐনা ওক্তবদগী থোকপা ঙাক্তনি। লমহেল্লবা, ওক্তুবা নচা ঐগীদমক্তা পাবুংনা য়ুমদগী চৎফম থোক্তে। ঐনা লানবনি, অদুনা ঐহাক য়ুম থাদোক্তুনা চৎচরে। য়ুগী ময়ায়না পাবুংদা লংজবা থোক্লে। হৌগ্রবাশিং অদুগী ইরাল অপুম্বা ইমা অমস্নুং পাবুংনা ঙাকপিয়ু।

অরোইবদা, নচানা হায়জগদবা হায়ববু অসিনি; ঐহাকপু অমুক থিবিরক্কনু। ঐহাক মীরৈবাক্তা চৎলবনি। লাইবক ফত্নুনা মতিক চাবা নচা অমা ওইরবা মতম অতুদা, পাবুং অমস্তুং ইমাগী সেবা তৌজরগে। চৎচরে, খুরুমজরি।

নখোইগী নচা
রাজেশ্বর সিংহ।

রাজেশ্বরনা য়ুম থাদোক্তুনা চৎখিবগী, চিঠিগী মরোল অসি তারগা কুঞ্জমনি গুস্থোইনা কপ্লক্লে। অল্লাবা মতৌ অসিদা নিল্ল-গোপালগী থমোইদা খাংঙমদ্রবা চৈথেং অমা ফাওরক্লে, অনাবত্থু লৈথেক হাপ্লরে, ফমশেন্নরক্লে। অতৈ অতৈ মরুপ মপাংশিংস্থু লাক্তুনা লাইকন্নরে।

ঙাহাক্কী মতুংদা, নিল্লগোপালগী অনাবত্থু খর হস্থরক্লে। নিল্ল-গোপাল্না জ্ঞান তারক্লগা কুঞ্জমনিবু য়েংলকই। মতমদুদা কুঞ্জমনিনা মাগী খুয়াদা কপ্লি। নিল্লগোপান্না, কুঞ্জমনিবু মনাক্তা কৌশিল্লে অত্থুগা মখুৎ অনিত্থু পায়রগা হায়রকই—“রাজে মমা! নহাক্লা খল্ল হায়রু, ঐগী ল্লারবা মতম অসিদা মনমুহোন মপা মচাবু অমুক্তুং উনজনিংই হায়জরকই, হায়না।”

কুঞ্জমনিনা কপ্পা কপ্পা দেবেন্দ্রসিংহ অমস্তুং মনমুহোনবু কৌক্লরে।

দেবেন্দ্রসিংহ পুকচেল চাওরবা নিপানি। মীনা মাগী ফত্তনবা কয়ামরুম তৌত্থুনস্থু ফত্তবনা লমন খুমগে খল্লবা, রাখল লৈববা অমনি। দেবেন্দ্রসিংহনা মাং থারত্থুনা মনমুহোনগা, নিল্লগোপালগী

মনাক্তা লাক্লে। মনমুহোন্না অনাবহুগী মনাক্তা চংশিনখিহুনা, মপাদ-মপাগুম খন্দুনা মখোং মখুৎ নোইরক্লে। দেবেন্দ্র সিংহনা অনাবহুগী মরমদা কুপ্পা হংলরি।

নিল্লগোপান্না, দেবেন্দ্রসিংহ অমস্তুং মনমুহোন্না করিগুম্বা অমতা ঙিংমখা লৈতনা চংলকপা অহুগা মাগীদমক্তা ল্লাবিবা অহুন্নীদমক্তা খল্লুরগা মমিৎতা পি শিন্থরক্লে। তৌইগুম্বস্তুং অনৌবা মরুপ অমা ফংজরে নিংলহুনা, মপি তৈথোক তৈথোক্লগা হায়রকই—"মরুপ ঐহাকপু শাওবিগন্নু, ঐনা নহাক্কী নফমদা য়েংথিনরুবা, মাংননবা খল্লুবা পুন্নমক অসিগী ইরাল ঙাকপিয়ু। ঐগী চিরবা মতম অসিদা, ঐবু লৎনবিদবা অসিমক্না পেনবা ফংজরে। ঐগী থাজবা ল্লাবা মরুপ হায়বহু, মরুপ্তা ওইরে—অহুনা ঐগী তাইবং মীয়োন তান্নিবা য়ুম্নংগী নিপী অঙাংশিং অসি, ঐনা লৈখিদ্রবা তুংদা য়েংশিনবীনবা হায়জরি।"

দেবেন্দ্রসিংহনা, নিল্লগোপালগী মপুকচেল শেংতোক্লকপা কপ্পামকমগী ল্লাহৈশিং অসি তারগা মথল্লায় য়াম্না মুঙাইতরে; মপুন্নিং মুংশিনা হায়রকই—"মরুপ মুংশাথিবীগন্নু, করিস্থ খুদোংচাদবা থোক্লোই। ঐহাক মরুপকী মফমদা করিস্থ মুঙাইতবা লৈজদে। শিবগী ল্লাখলহু থাদোকপিথো, কুইনা পুন্সিখিগদবনি।"

দেবেন্দ্রসিংহগী ল্লাফম অসি তারগা নিল্লগোপান্না অমুক শৌয়োনা মপি তারক্লে। মমৈথংদা—"মুংশিরবা মরুপ, ঐহাক অমুক হিংলকনি থাজদরে। ঐগী পুন্সি লোইশিল্লক্লে, মসি পুন্নমক অসি ঐগী লাইবক্লনি; ঐনা, ইচাবু থাজরুবা অমম্বুং

মুংশিবা হেনমনবদগী মসি থোক্লিবনি। মরুপ্তি লাইবক ফবনি, অমতা পোক্লবস্থ অওকপা ইচা অসি ফংজবনা অনৌবা থল্লাই ওইরগনি।" অসি হায়রত্তুনা খোঞ্জেল থোক্লা কপ্লক্লে। কপ্পমখৈ কপ্পুরগা অমুক মনমুহোন্দা হায়রকই—"ইবুঙো ইপাবু ঙাকউকো, ঐনা নংগী ল্লানবা কয়ামুক শিনখিবা, ইখুৎশিমক্কা ফুখিবা পুম্নমক্কু ল্লারৌগম্নুকো ?"

নিল্লগোপালগী মপুক্লিং মুংশিবগী ল্লাফম অসি তারগা মনমুহোন অত্থু কপ্লিং কপ্লিং তৌবক্লে। "মচাবু মপানা ল্লারকপিত্ত্রবদি কনানা ল্লারকপিগনি, ল্লাফমত্থু খনবিগন্থু। রাজেশ্বর চৎখিবগীদমক্তা থল্লাই ল্লাবিরুগন্থু, ঐনা শোইদনমক ফংননবা থিজরক্কনি। মা হেক ফংদ্রিবা ফাওবা ঐহাক য়ুম অসিদা হঙ্গরক্লোই—।" মনমুহোন্না অসি হায়রল্লগা, মফম অত্থুদগী থুনমক থোকখরে।

মনমুহোন্না থোকগ্রবা মতুংদা নিল্লগোপান্না দেবেন্দ্রসিংহদা চিংনা য়েংলগা অত্থুম্মক লৈরে। করিগুম্বা ল্লাফম খর ফোংদোকনিংবগী মতৌ অত্থু উরবদা দেবেন্দ্রসিংহনা হংলকই—"মরুপ ঐগী ইফমদা করিগুম্বা হায়বিনিংবা লৈবিরিত্রা; তাকপিয়ু, ঐনা অঙম্বা ওইরবদি মত্থু শোইদনমক তৌজগনি।"

নিল্লগোপান্না হায়রকই—"ঐগী ইফমদা মনমুহোনগী শিংবা ঙম্নরোইদবা লমন কয়ামরুম তোল্লে। মসিগীদমক্তা ঐনা মাগী করিস্থ তৌবিবা ঙমজরমদ্রে। মরম অত্থুনা ঐবু মুংশিবীরবদি, ঐগী মরাইবক থিহৌরগদবী ইচানিপী সখী অসি মনমুহোনগা লুহোংবিন্থু ? মসিদা য়াবিরবদি; ঐহাক ইংনা পোথাজখিবা ঙম্নগনি ?"

দেবেন্দ্রসিংহনা মপি ঈরা চেল্লহুনা হায়রকই—"হায়বিরিবা পুম্নমক, ঐহাক্না শোইদনমক তৌজরগনি।"

নিল্লগোপাল কংলবা চিনবান্দা হাইফেৎ ফুংঙাইবগী মতৌ উরক্লে, অদুদগী ইখং খংহৌদনা অনাবদু হেঞ্জিল্লক্লে। মীয়ামদু থব্বাই ব্বানরক্লে। অথং অহৈশিংনা কন্না লাইকন্নরক্লে।

---

# তরামরিশুবা মতাং

## অচেৎপা ব্রাশক

হৌখিবা অহিং অদুদা, রাজেশ্বরনা মমানা ঙাংবা তাখিদনা ঙাওফিং ঙাওফিং তুমথরুরে। নোংঙাল্লমদাইদা মিৎকপ হেক থোক্লকপগা, য়ুগী অঙাওবা ময়ায়দু হন্থরম্লে। ঙৈহাক্কী মমাংদা থোকখিবা থৌদোকশিং অদু নিংশীঙলক্লে। মানা মপাবুংদা মখুৎ হনখিবা অদু খল্লুরগা মতোমতা লাল্লে খংজরক্লে। নোংঙাল্লগা য়ুম্বুরেলগী অমদি ইমুং মন্নুংগী মীশিংদা মশক উৎপা ঙম্নরোই নিংলক্লে। খুদক্কুদা মথক্তা থেংনখিবা চিঠি অদু ইছুনা থম্নম্লগা য়ুম্মুংদগী কনাস্মু তাহন্দনা মপান্থোকক্লে। ইমুংদগী করিস্মু থোই-দোকপা পোৎ পুরমদে। মানা শেৎলি-চারিবা ফিরোল অদুগা শেল থরগা পুরম্মী। শেলদু লুপা লিশীংমুক ওইগনি, মদু মমাদগী হান্নরা তুমিন্না লৌথোকপনি।

রাজেশ্বরনা য়াম্না চেকশিন্না য়ুম্নুংদগী মপান্থোক্লক্লে। মতম অদুদা নোংঙাল্লককদৌরে, অমম অঙান শিন্নরক্লে। থুনমক রাজে-শ্বরনা মপানগী লম্বী ফংনবা লাক্লে। রাজেশ্বরনা লম্বীদা চৎলি। মানা চৎলিবদু 'কদাইদনো! করি তৌবনো—' মশামক্না খঞ্জবা হৌরক্লে। অদুবু অরেপ্পা খংবা ঙম্নক্তরে। মমৈথংদা লেপ্লক্লে— 'মণিপুর থাদোক্লগে'। অম্মুম্না মণ্ডল মণ্ডল খল্লদুনা এম, এস, টি, তাম্না লাক্লে।

অয়ুক্কী মতমদা রাজেশ্বরনা ডিমাপুর য়ৌবা ফাওবগী বসকী টিকেট অমা কক্লে। অদুদগী হন্না গাড়ী অদু থাবা ঙাইরক্লে।

ইম্ফাল তুরেলগী খোংবান্দা তপ্পা তপ্পা রাজেশ্বরনা হঙ্গৎহন্দা চৎলি। নোংজুথা ওইবনা তুরেলগী ঈচেলদু মপুং ফানা চেম্থিল্লি; মদুদা রাজেশ্বরনা মুন্না য়েংলি, মমৈথংদা মাগী রাখন্দু ঈচেলদুগা ঈরোইননা মপান নাইদ্রবা ঈপাক তম্না য়াংনা চেম্থামিন্নরক্লে। অম্মুম্না রাখন্দা ফুম্বংনদুনা লৈরিঙৈদা, তাঞ্জা চানা মনমুহোন মফম অদুদা চংলক্তুনা রাজেশ্বরগা উনররে। অহানবদা মনমুহোন্না হায়রকই—"রাজেশ্বর করি তৌরিবনো, ঐহাক্কি নহাকপু থিরুবদা লারে; য়ুমদা হল্লসি?"

রাজেশ্বরনা থোইনা খোইজংলুবা তৌদনা হংলকই—"ঐহাক য়ুম থাদোক্তুনা চৎখ্রে হায়বা করম্না খংই?"

মনমুহোন্না হায়রকই—"নখোই ইমা লাক্তুনা হায়রৈ, মদুগী অকুপ্পা রারীদু চৎনা চৎনা শারসি, চৎলসি লাকও?"

রাজেশ্বর ফনা কুইনা রাখল খল্লুরে অহুদগী হায়রকই—"ঐ অমুক য়ুমদা চংলরোই।"

মনমুহোন্না তপ্পা হংলকই—"করিগীনো ?"

"ঐগী য়ুম লৈতে" অসি হায়রহুনা রাজেশ্বর মমাই লৈথোক-হুনা ঈশিংগী ঈচেন্দুদা য়েংহুনা লৈরক্লে।

মনমুহোন্না, রাজেশ্বরবু থেমজিল্লহুনা হায়রকই—"মরুপ, অহল লমনগা মান্নবা ফত্তে, নহাকপু নুংশিবদগী রারকপনি। পাবুংহু ফমশেন্নহুনা লৈহৌরি চৎলসি। নংবু অমুক ইমা অমস্মং পাবুংনা শাওবা তৌররোই। হৌখিবা পুম্বহু হৌদ্রে, পাবুংদা হায়জরগা লাইমিক অমুক তম্মবা লাক্লসি।"

রাজেশ্বরনা থমোই শোক্লা লৈদ্রে, মমিৎতা মপি ঈরা চেল্লক্লে হায়রকই—"মরুপ ঐগী ইমা ইপা লৈত্রে, ঐগী মপোক অসি অরেম্বনি। ঐহাক শিঙ্জখিবনা মতিক চারবনি। মরুপ্পা ঐগী-দমক্তা য়াম্না রাবিরে, অহু ওইহুনস্থ ঐহাক য়ুমহুদা অমুক হল্লবদি তৌররোই। মনিপুর থাদোক্তুনা, কনাগী রাস্থ তাদনা, ঐনা থোকপা অমা তৌহুনা লৈরুরগনি। মরুপ থেংদ্রে চৎলো, ঐস্থ চৎখ্রগে।"

মনমুহোন্না মসি তারুরগা থমোই শোক্লা হায়রকই—"মরুপ, ঐনা হায়জবা অসিদা য়াবিদ্রদি, ঐহাকস্থ নহাকী মতুং ইল্লগনি। নহাক রাওদ্রবদি ঐস্থ য়ুমদা শুকহন হল্লোই।"

রাজেশ্বর করিমতা থুম্লমদে। মনমুহোনস্থ ঙৈহাক তুমিন্না অহুম্নক লৈরে। তাক্রা অসিদা থুনমক 'গাড়ী' অমা থৌদ্রে।

গাড়ী অদু থাখ্রবা তুংদসু রাজেশ্বর য়ুমদা হল্লসি হায়বা য়াদ্রে, মফম অদুদা অদুম্মক লেপ্তুনা লৈরে; ব্রা হংবসু খুমদ্রে। মনমুহোন্না থব্রাই ব্রানা, মাগী হেক লৈজবা ব্রাহৈ মখৈ শিজিন্নদুনা; রাজেশ্বরবু করন্না নুংশিবা হায়বদু উৎলক্লে—"মরুপ, নহাক অমুক মুংঙাইতবা তৌরগনু; মসি পুন্নমক অসি ঐনা থোকহনবা ঙাক্তনি। নহাক, ঐগী অঙাং ওইরিঙৈগী মরুপ্নি। ঐনা য়ান্নসু নুংশিজবনি। লাইবকথিবনা অহল মশেল য়েংথিনরকপদগী ইবানি কায়নখিবনি। অদু ফাওবা স্কুল অমত্তদা তম্মীন্নরিঙৈদদি লোইনবমক ফংদ্রবসু উনবদি তত্তনা উনরমই। ঐনা স্কুল হোংখ্রবা মতুংদগীদি নহাক্না করম তৌবা, ঐনা করম তৌবা থংনখিদ্রে। অদু ওইরবসু ঐহাক্তি নহাকপু খক কাওবা লৈতে। অয়াম্বা মতমদা নহাক্না, ঐগা উনরোইদবগী লৈথোকখিবনি। ঐনা অতৈ অতৈ মরুপ মপাংদা নহাক্কী মরমদা হংই, মদুদা রাধামনিগী ব্রাখন্দা নহৈদা পুক্লিং চংদবা; মাবু উননবা হোৎনবদা স্কুল চংখিদবা, মানা ইথা থাজদনা, তঙাই ফদবগী মমা মপাগী য়াথং ইন্দুনা লুহোংখিবা; নহাক্না মাবু কাওবা ঙম্নবা য়ু থকখিবনচিংবা পুন্নমক্ত থংলকই। ঐনা স্কুলদা চৎতুনা ওঝাশিং উনরুই, নংগী ব্রারী শারুই। ওঝাশিংনা স্কুলদা মিং ককপা, পরিক্ষা য়াওহন্দবা পুন্নমক তন্নকপদগী থংলকই। মদুদা ঐহাক থব্রাই মঙামক শোক্না নুংঙাইখিদে। তুংকোইনফাওবা মাংখিবা থোক্লবদি নিংদুনা পাবুংদা চিঠি অমা ইরগা পিখিবনি। চিঠিগী পাওদুনা ঙরাংগী থৌদোক্ত নংলিবনি।

নোংঙাল্লগা নখোই ইমা লাক্কুনা, নখোই পাবুংনা—'ঐহাকপু অমস্থং পাবুংবু উনগে' হায়দুনা কৌবিরবনি। অহল মশেল ব্বারী ব্বাতাই শান্নদুনা মুংঙাইনদবহু লৈনদ্রে। অম্মুন্না অহল অনিগী চন্নথোকপহু উরগা ঐনা কয়াগী মতিক হরাওজবা, ঙমখৈ লৈ-লৈরমদে। অদুবু নহাক্না ঙরাং অরোইবা ব্বাহৈনা চিঠি ইরম্বা অদুনা মরম ওইরদুনা নখোই পাবুংগী অনাবহু লৈথেক হাপ্লে। অদুদা নহাকপু হেক ফংদ্রিবা ফাওবা ঐনা থিগনি হায়দুনা লাকপনি। মরুপ মপাংশিংদা, শিনবা থুংনা হংলুরে। রঘুমনিগা নিল্লচন্দ্রগস্থ মন্নুংলোমদা মিলিট্যারি খনখ্রে হায়না তারে। করিগুম্বা মবানিগী মতুং ইন্দুনা চৎনিংলমগদ্রা নিংদুনা গাড়ী তোংফম অসিদা য়েংলবনি। লাইবক ফহুনা উনবদি উনরে, অদুবু ঐগী নিংবদি থুংদ্রে। ঐনা চিঠিদা নংগী লমচৎ শাজৎ খংহল্লুবা অসিমক্না অফবা ওইগদ্রা নিংলুরগা ফত্তবা থোক্লরে হৌজিক্তি। ঐহাকপু শাওগন্নু?" অসি হায়না হায়না মনমুহোন অহু মমিংতা মপি শিন্থরক্লে।

রাজেশ্বর অহু মনমুহোনগী ব্বাহৈশিং অসি পুক্লিং চংনা তারমই। মাগীদমক্তা মরুপ অমনা য়েংশিনবিবা, থব্বাই ব্বাবিবা কয়ামরুম অহু খল্লুরগা মাগী লমচৎ অপুম্বহু অরানবনি খল্লক্লে। থুনমক মপাবুং অনা-লাইকন্নহৌবহুগী চিংনরক্লে। মনমুহোন্না মমিংতা মপি তারিবা অহু উরুরগা থমোই শোক্লা, নিংবা কায়না মনমুহোনবু চেজেৎ কোনশিল্লরে; কপ্পা কপ্পা হায়রকই—"মরুপ ঐগীদমক্তা লমচৎ চুমথোকপিনবা হোৎনবিবা অসিমক্তদা, ঐনা

অপংবা অমা ওইরুবদগী নহাকপু কাওথোকউরে। ঐহাক্না মরুপ্ন কংজবা অসি ঐগী লাইবক ফবনি। মরুপ্না ঐগী ইফমদা অরানবা করিস্থু লৈতে। পুম্নমক ঐগী ইরালনি। ঐনা য়ুগী ময়ায়না পাবুংগা খৎনরুবনি। ঐহাক থাঙ্গেশেংবা ওক্তুবনি মরুপ, ঐহাক শাগী লমচৎ চৎলবনি; ঐগী ইখুৎমক্না পাবুংদা খুৎ হল্লুরবনি। ঐহাকসে মহা পাপীনি।"

অস্তুম্না রাজেশ্বরগা মনমুহোনগা কপ্পমখৈ কপমিন্নরুরগা, মমৈথৎদা মনমুহোন্না পুক্লিং থেমজিল্লহুনা হায়রকই— "মরুপ হৌজ্রবশিংহু লাইবক্তা থোক্লবদগী নংঞবনি। থুনমক চৎলগা পাবুংদা খুরুমহুনা নহাকী নরাল অহু ঙাকপিনবা হায়জরুশি।"

অস্তুম্না মরুপ অনি অসি পুকমেন পাওমেন্নরহুনা য়ুমদা হল্লক্লে। মতমহু হুমিদাংল্লাইরম ওইরক্লে। অপনবা লৈতনা লাকপনা খুঙ্গং য়ৌরক্লে। মতম অসিদা মখারোমদগী হুম্নকপা হুংশিৎনা রাজেশ্বর অমস্তুং মনমুহোনগী নাকোংদা মীনা কপ্পবগী খোঞ্জেলনা অরৎপা লৈতনা তারক্লে। খুঞ্জিন হেক য়ৌরকপদা উরে, খুঙ্গংগা পোলোইফম লমহাং মচি অমদা, নিল্লগোপালগী অশিবা হকচাং অহু মীয়াম্না সংস্কার তৌরি। মমুৎ তানা কংলবা শীংগী শন্দুক্তী মথক্তা কু অমবু তমথিনা মৈচাক ফংহন্দুনা চাক-হল্লি। থুনমক পোৎলোইফম অহুদা রাজেশ্বর অমস্তুং মনমুহোন চেনশিল্লক্লে। ইমুং মন্থুংগী নিপী অঙাংশিংনা রাজেশ্বর অহুগা মনমুহোনবু উৰদা চেনশিল্লক্তুনা অমুক নৌহৌনা তেংথা তেংথা-হুনা কপ্পরক্লে। ইথক থকৎলহুনা রাজেশ্বর অহু মোংফম মমাঙদা

থরো থরো ওন্দুনা কপ্পা কপ্পা "পাবুং ওক্কুবা নচাবু কনাদা শিন্নবিরম্বগে........" অসি হায়রম্লগা ৱাম্থখরে। মতৌ অদুদা মনমুহোন্না রাজেশ্বরবু ঈশিং চাইদুনা লাক্লরে। মমৈথংদা মবানিমক অমুক কপমিন্নরক্লে।

ওন্থোকপনি ওক্কবা হায়বা অসে মপা শিবফাওবা নংহৌদে। অসিগুম্বা লমচৎ চৎপা, ময়ায় কাবা চাবা থকপনচিংবশিংগী মফমদা অসিগুম্বা দশা অসি হেক হেক নংহল্লি। রাজেশ্বরনা ফনা কপ লাউদুনা তেংথাজরবস্যু মদু কনানস্যু শীংথানবিদে।

য়ুম্বুরেল অদুনা থুপঞ্জবা মতুংদা, মাগী লৈজরিবা মরল মথুম পুম্নমক্কু করিস্যু লোইনখিদে। লফু মকক অমগা, থব্রাই য়াওদ্রবা হকচাংদু তুম্নবা শীং খবগা অদুতনি। ইখোলম্নুং অদু ইহাং হাংবগুম্লে, উমংদা উজাউ য়াম্তোকখিবগুম, য়েংখিবা মফম খুাদিংমক্তা তরক-তরক উরে।

পিরাংগী মরক্তা য়ুম্বুরেলগী কর্ম্মনচিংবা লোইখ্রে। ইমুং মনুংগী থবক-থনা পুম্নমক নিল্লগোপান্না নোঙ্গারমদাইদা শিন্নরম্বগী মতুং ইন্না দেবেন্দ্রসিংহনা মপুং ফানা য়েংশিল্লক্লে। রাজেশ্বরবু ইনৌ নৌনা মাগী ফজ্রবা লমচৎ-শাজৎ অদুদগী শেম্লে। লাইরিক নিংথীনা তম্নবা মিং চনখ্রে, মাগী তুংগী লম্বীদা অমকপা থোক্তনবা কুপ্পা শেম্নখ্রে। অমস্যুং নিল্লমনি কৌবা জ্ঞান তারবা বী, এ, অমবু য়ুমগী ওঝা ওইনা থম্লে। অদুগা মরম অমনা ছাত্র অমা ওইনা ওইনা, মনুং মতম চাদনা য়ুম পানবা অসি দেবেন্দ্রসিংহদি

পাম্লমদে। অতুনা 'মহৈ-মশিং নিংথীনা তম্লবা মতুংদা লুহোংনবা থৌরাং লাংগনি' খংহনখ্রে।

রাজেশ্বরনা মমা অমস্তুং মপা শক্লবা দেবেন্দ্রসিংহগী মফমদগী অনৌবা ব্রাশক অমা লৌবে। মতুদি, রাজেশ্বরগী তুংগী পুন্সিদা কৈদোঔঙদস্তু ময়ায় কাবা পোৎ অমুক চাবা থক্লবদি, ইমা ইপা হাৎপগী পাপ পুগনি, অসিনি। অসিদস্তু মাগী লাইরিক ঔরাইফম কাদা, মানা নোংমগী তৎতনা উবা মফমদা ব্রারেং খর লেংথোক্লুনা থেৎলে চেত্থদা ইরি—

"ঐগী অচেৎপা ব্রাশক,

ঐনা ইমা ইপাবু নিংগনি। ঈশ্বরগী মখাদা থবক তৌগনি। মীম্লুংশি খংগনি; অচুম্বা চৎকনি। মতিক চাবা মী অমা ওইদ্রি-ফাওবা নিপী কোইরোই, লুহোংলোই। য়ুদি ইমা ইপাগী ঈ চুপ্পনি। ঐহাক কৈদোঔঙদস্তু ঈগী হু থক্লোই। লংজখিবা ঐগী ইরাল পুম্নমক কোকহনবিনবা ঈশ্বরগী মফমদা চংজগনি। ঐগী পুন্সি সমাজগীদমক্তা হিংগনি।"

সহি

রাজেশ্বর সিংহ।

# তরামণ্ডাশুবা মতাং

## কায়নরমদাইদা

মনমুহোন্না হয়েংদি শিলংদা বী, এ, তম্বা চৎলগনি হায়বা অয়ুক অহুদা রাজেশ্বর লাক্কুনা উনররে। মহুদা মবানিগী অফ-ফত্তগী মরমদা অমদি অঙাং ওইরিঙৈগী মুংশিনরকপা ব্রারী অপুম্বা শানরে। অমনসু অমনসু মুংশিবা ফোংদোক্লরহুনা অরোই-অথম লৈতনা ব্রাতানরক্লে। রাজেশ্বর অমুক হন্না ক্লবতা মিং চল্লে, অমসুং মনমুহোনগী থবক পুন্নমক রাজেশ্বরদা শিন্নরক্লে। চাক মামিন্নরে, অহুগী মতুংদা রাজেশ্বরখোইদা অমুক চামিন্নরুনবা লাক্লে। মফম অহুদা ইমুং মন্নুংগী মীপুম অয়াম্বা হয়েংগীদমক্তা, কপমিন্নরহুনা বিদায় তৌনরক্লে।

মনমুহোন্না অসিগুম্লবা কায়নরমদাইগী মতম অসিদা চন্দ্রসখীবু নিংশীঙলি, মাগী মফমদগীসু বিদায় তৌনিংলকই। অহুবু করম্না মফম চানা উনহুনা মাগী হায়নিংবা ব্রাহু ফোংদোকউগনি, মসিগী-দমক্তা লাংতক্লরক্লে। ইমুং মন্নুংগী মীপুম খুদিংমক্তি মঙোন্দা মুংঙাইতবা উৎতুনা ব্রা হায়রৈ, অমসুং পুক্লিং থেমজিল্লৈ, কপ্লে। চন্দ্রসখীতদি থক উনবা ঙমদ্রে। মপুক্লিংদা মওল মওল থল্লহুনা য়াচংবা মতুংদা অমুক লাক্লে।

মনমুহোন্না চন্দ্রসখীখোইদা চৎন-থোক্লবা য়ানরবসু চন্দ্রসখীবু মফমচানা অমুক্তা উনদ্রি, য়ুম্বুরেল লৈখিদবগী অন্না-অনা মরক অহুদা খোইনা পুক্লিং চংনদবগুম মাগী মাগী থবক্তা অহুম্মক

লৈনৈ। করিগুম্বদস্থ উনৈ; য়েংনৈ, মতোম মতোমতা কৌনৈ। করিগুম্বদস্থ নিংনরকই—"ঐগী ইতৈ'সি য়েংবগী পেনবা নাইদে।" "ঐগী চন্দ্রসখী অসি নিংথীজবনা পিক থল্লে।" মতুংদা চিঠিগী মরোলশিংত্থু নীংশিঙনরুরগা ইকাইদুনা মতোম মতোমদা নোরুব-গুম্বদগী হেল্লমদে। অমনা অমগী থমোইনুংগী ব্লাফমশিংত্থু কোং-দোক্নবা মতম অত্থু ব্লানা ভাইনবদি, অনিমক্কীনি!

মনমুহোন্না য়াচংবা মতুংদা য়ুম্নং তাবা লৈকোলগী লম্বীদা তপ্না তপ্না চংলক্লে। থর চংশিল্লক্লগা 'রাধামাধপ' মন্দির মথক্তা মৈঙাল 'অমা' উবক্লে; মফম অত্থুদা চন্দ্রসখী মতোমতা 'খুকউ লৈতাদুনা লাইখুকুম্বা উরি। ঙৈহাক লৈরগা লাইখুকুম্বা লোই-রদুনা হৌগংলকপা উরে। মফম অত্থুদা মনমুহোন্না চংলক্লে, মন্দিরগী মনাক্তা রাধিকা-নাচোম হৌরি। মত্থুনা মন্দিরগী অকোইবদা অস্থুম য়েংহনখিদুনা মাগুপ তন্না লৈত্তেং অমগুম্না লেংখ্রি। মত্থুদা পিক্লবা থাউমৈ মঙালত্থু য়োরকপা ঙমদে। মফম অত্থুদা মনমুহোন্না চংলক্লগা কৌরকই—"চন্দ্রসখী"।

চন্দ্রসখীনা মমাই লৈথোরক্তুনা য়েংলক্লে, অত্থু মঙালগী মঙাল অত্থুনা উরিবা মফমদদি কনাস্থু উবা ঙমদ্রে। খোজেল্থি হেক তাবদা মহাক হকচাংদা তুজুংবা অমা ফাওরকই। মিদোমগী অত্থুমক্লা থংহল্লি 'মনমুহোন্নি' হায়বা অসি। শৌগাইদুনা খুমকই—"ইতৈরা?"

মনমুহোন্না অমম্বা মফম অত্থুদগী "অং মান্নি" হায়রদুনা তপ্না তপ্না চন্দ্রসখীগী মনাক্তুদা চংলক্লে; অত্থুগা অমুক মথা ঙাংনা হংলকই—"নহাক করম-কয়ম তৌদুনা মুঙাইরিবরা?"

চন্দ্রসখীদি করিগুম্বা অমতা খুম্লমদে, মনমুহোনগী মাইথে
অত্তুদা অমুক্তং য়েংলম্লগা মরু লুকথত্তুনা হৌখ্রবশিংগী থৌদো
পুম্বা নিংশিঙ নিংশিঙত্তুনা অত্তুম্মক লৈরে। চন্দ্রসখীনা, লেপ্লিব
কদাইদনো হায়বত্তু কাওরক্লে। মুংশিবা মাখন ময়াম অ
মাগী কোকথক্তা থোল্লরে। খংহৌদনা চন্দ্রসখীগী মিংলু অনিদ
পিগী মরিক মরিক্তা নিংথমথাগী লৈচিলগুম ঈহৌরক্লে। চন্দ্রসখী
মিংলুদগী পি শিম্বরক্লি হায়বা অসি মনমুহোন্না নিংথিনা উ
উমদে; অত্তুগা চন্দ্রসখী মশানক্লম্সু মনিংতা মপি তারি হায়
অত্তু খংলমদে। মরমদি মাগী মাইথোংত্তু ঈপাক্তা তাও
মুংশিবনা ঈরাক্লরক্লে।

মনমুহোন্না—"চন্দ্র করি থল্লিবনো?" অসি হায়রত্তুনা মনা
মক্তদা চংশিল্লক্লে। মনমুহোন্না য়েংলকপদা, য়েংবগী পেনবা নাইত্র
মাইথোং থম্বাল অত্তুদা উরে; চন্দ্রসখী অত্তু মিং অনিমক পি
থুমহংলে। মতৌ অত্তু য়েংলুরগা মনমুহোন মথল্লাই মুংঙাইরক্লে
মথুংনা চন্দ্রসখীগী মাইথোং থম্বাল অত্তুদা নাল্লত্তুনা মিংলু
পিরাং অত্তু তৈথোকপিরক্লে; অত্তুগা তপ্পা তপ্পা হায়রকই-
"চন্দ্র কারগী কপ্লিবনো?"

মনমুহোনগী থুংনা চন্দ্রসখীগী মাইথোংদা নাল্লকপা ম
অত্তুদা চন্দ্রসখী অত্তু অনৌবা মাখল অমুক লাক্লে, মনমুহো
করি হায়খিবা, করি হংখিবা মহাক খংবা ঙমদে, তুম্লংবদ
হৌগৎলকপদৌনা হায়রকই—"করি হায়বা?"

মনমুহোন্না হংলকই—"নহাক্না করিগী কপ্লিবনো?"

চন্দ্রসখী অদু মখুংনা মমাইদুদা নান্দুনা য়েংলক্লে, মতমদুদা ংতগী পি তারিবদু থেংনবে, মহাক কপ্পি হায়বসি খংলে। দু তৈথোক তৈথোক্লগা মমৈথংদা তপ্পা খুম্লকই— "করিসু গীদে।"

"অদুগা করিগী মিংতগী পি তারিবা ?"

"ঐবু উনবিরবা অসিদগী—"

মনমুহোম্না চন্দ্রসখীগী ৱাফম অসি তারগা ওহাক অমুক মিন্না লৈরুরগা হায়রকই—"ইকাইবা খংদবদগী উনররিবনি ?"

চন্দ্রসখীনা ইতপ তপ্পা খুমই—"ইকাইবা খংদ্রিবদি ঐহাক্কি, মদি ঐনা হান্না চিঠিদা কৌনবা হৌখিবনি।"

মনমুহোম্না হায়রকই—"চন্দ্র ঐহাক হয়েংদগী ইরৈবাক দোক্কুনা চংলগনি।"

চন্দ্রসখীনা তপ্পা খুম্লকই— "ঐসু ওরাংনা পাও তাজরে, ল ওইবিরকউ।"

মনমুহোম্না হায়রকই-- "চন্দ্র ঐহাক চংলুখিগে, নহাক ংথীনা লাইরিক তমদুনা লৈরমউকো ?"

চন্দ্রসখী—"লৈরমদ্রবদি কদায়দা চংকনি। ঐনা মুংশিজবা দৈশেংবা ওইরবদি শোইদনমক বী, এ, পাশ তৌবিরক্কনি।"

মনমুহোম্না হায়রকই—"নহাক্কী মুংশিবনা ঐবু শেম্বনি।

অমুম্না মতম কুইনা ৱারী শানখিদ্রবা তুংদা, মাগী মাগী ক্লংদা ফুমদুনা লৈনরক্লবা ৱারোল মথৈ খংনরক্লে। অমুক াহৌনা 'রাধামাধপকী' মফমদা অমনা অমগী মঙ্গলগীদমক্তা মজরক্লে। মতম কুইনগীদমক্তা মবানিগী মুংশি সাক্কীদি ধামাধপনা' ওইহৌরে।

# তরাতরুকশুবা মতাং

## অরোইবা উনবা

য়ুম্বুরেল লৈখিদ্রবা মতুং চহী অমা হৌখ্রে, নোংমা ওল্লাং-থাগী মুমিদাংব্লাইরম অমদা রাজেশ্বরনা লৌবুক লমহাংদা চথোক-লুব্দগী চংলক্লগা লৈকোন্দা হকচিক লাংতুনা অমুক ফম্লরে। মতম অসিদা, মাগী অনৌবা মরুপ অমা ওইনা য়ুমগী ওঝা ওইরিবা নিল্লমনিগা লোইননা কনানো মীশক খংদ্রবা নিপা অমগা য়ুম্নুংলোমদা চংলক্লিবতু উরে।

রাজেশ্বরনা মপাবুং লৈখিদবগী ম্লাখল খর খনবনে, লাই-রিক্তা থম্লাই য়াওনা নৈনরুবনে, য়ুমদগী মপান ইথোক থোকখি-ন্দরে। মাগী অচেৎপা ম্লাশক লৌখিবতুনা মরম ওইরদনা নেশা চার-থকপগী থবক অতু পুমকাও কাওরক্লে। হৌখিবা মতম খরগী মমাংদা চিঞ্জাক ওন্নরুবদগী হকচাংগী কুচুতু ঈ থাংদনা ত্রাইফেৎ তাইরুরবনি; হৌজিক্তি মতু তৌদ্রে, হান্নগী শারেপ্পু ফারে। অহাংবা মতম খজিক্কুং ফংবগা, পুক্লিং লৌশিং ওইবা মপান্নগী ভ্রফাও অফাওবা লাইরিকশিং পাতুনা পোথাবা হৈনরক্লে অমসুং মতুনা পুক্লিং থেমজিনবা কয়ামরুম ওন্নক্লে। মানা খল্লকপা ম্লাখল লৌশিং পূম্বা মাংননিঙঙাই ওইরম্বা অতু মাংখ্রে; নোংম নোংমগী খংবা হৈবা ওইরক্লে।

নিল্লমনিনা মাগা চংমিন্নরকপা নিপা অতুবু য়ুম্নুংদা ফমহল্লম্লগা, লৈকোম্নুংদা মুংঙাইরবা পাও অমা পুরতুনা রাজেশ্বরনী মনাক্তা

চংলক্লে, রাজেশ্বরগী মনাক্তা ফমথ ফমথনা হায়রকই—"রাজেশ্বর নহাক্কা চন্দ্রসখীগা পরিক্ষা ঙম্লক্লবনি।"

মেত্রিক্কী পরিক্ষা ঙম্বগী পাও অসি তারগা রাজেশ্বরনা হবাওনা মাইথোং মকা লাম্না ওঝাত্থু পাগংলত্থুনা হায়রকই—"ওঝানা হোৎনবিবদগী ঙমজবিবনি।"

নিল্লমনিনা নোক্ল-লোক্লত্থুনা হায়বকই—"...ঐনা নত্তে, নহাক্লা হোৎনজবনি, ঐদি তাকপদনি।"

অম্থুম্না হরাও তয়াম্না নুংঙাইবা ফোংদোক্লরবা ... নিল্লমনি শকফম হঞ্জিল্লত্থুনা হায়রকই—"রাজেশ্বর ঐহাক্না হৌ... মন্নরকপা নিপা অত্থু য়ুম্নুংদা ফমহল্লম্লি। নহাক উহৌব্রা, মহাক্না নহাকপু তঙাইফদবদগী উনবা লাক্লিবনি।

রাজেশ্বরনা ইতপ তপ্না হংলকই—"কনানো! করিগী ওইরবনো?"

নিল্লমনিনা খুম্লকই—"নিপা অত্থু রাধামনিগী মপুরোইবা শ্যামকান্থাই হায়বত্থুনি। রাধামনি অত্থু নুমিৎ হুম্নি শুরক্লে চাবোকশঙদা অঙাং উনবা ঙমদত্থুনা লৈরে হায়। রাধামনিগী অন্নাবত্থু কোকহনবিনবা নংগী নফমদা লাকপনি। মাইবা মাইবীনা চিংনরকপদগী অকুপ্পা মরোল হংবদা নহাক্কা রাশকখিবা অত্থুগীদমক্তা থাজনরক্লে। মসি পুম্নমক অসি মহাক্কী মপুরোইবা শ্যামকান্থাইদি তশেংনা, 'হান্নলা 'খংই'। মানা ঐঙোন্দম্থু ন্নারী কয়ামরুম শাত্থুনা খঙহল্লি। অসিগুম্লবা নিপী ওইবীগী খ্বাইদগী অন্নাবা 'লাংফম অসিদা নহাক্না মহাকপু কনবিফম থোকই। ঐগা লোইননা অমুক্তা চংলুসি?"

রাজেশ্বরনা নিল্লমনিগী ৱাহৈ কয়ামরুম অসি তারুরগা মমাইহু থকমক মকশিনখ্রে। অহুম্মক মথুংনা লাইবক্তা শৌরক্লে।

রাজেশ্বরগী মপুক্লিংদা খোইরাং খোইশাওনবা অমা ফাওরক্লে, মতোমতা মণ্ডল মণ্ডল থরক্লে; হায়রকই—"মানা ঐগী পুন্সিদা অব্রাবা পিরম্বনি। ঐগী পুন্সিদা অব্রা-অনা নংহল্লিবা অসি মহাক্লা মরুনি। মহাক্লা ঐঙোন্দা কায়না মৈচাক নংহল্লবনি, অহুগীদমক্তা থল্লুরবদি মহাক্লা হৌজিক ফাওবা শিদ্রিবা করিগীনো, মহাক শিবদা মতিক চারবীনি; মহুতদা ঐগী মুংশিবগী মতৌক চাবা মহৈ য়ানগদবনি। ঐ মাগী মশক্তু অমুক উনিংদে।"

নিল্লমনিনা তপ্না তপ্না হায়রকই—"রাজেশ্বর নহাক্কী ৱাখল্লু লাল্লে, মহাক্লা, থাঙ্গৈশেংবমক্তি নহাকপু মুংশিবনি। মরমস্রি করিগুম্বা অমতা চিংনবা লৈতনা মপুরোইবগী মফমদা অতোপ্পা নিপাগা মুংশিনরকপগী অমদি ৱাশরুরকপগী ৱারী শাদোকখি। মহাক্কী মপুকচেল শেংলবীনি। নংগী মরমদা অতোপ্পগী মফমদা ৱারী শাহুনা মিংতা পি তাবা ওম্বা হায়বসিদগী করি অমুক মঙোন্দগী থাজদ্রিবগে?

রাজেশ্বর করি অমতা খুমদ্রে, মফম অহুদা অহুম্মক লুক্তুনা লৈরে। মতম অসিদা শ্যামকহ্লাই য়ুম্নুংদা ওাইওমদহুনা লৈকোম্নুং তম্বা লাক্লে। মাগী মাইথোং অহু হম্বাংনা মরিক মরিক কারি, থমোইহু তহা তহারক্লে। থুনমক রাজেশ্বর অমসুং নিল্লমনিগী মনাক্তা চংলক্তুনা হায়ররে—"মতম অসি শ্লৌরবদা অমুক শাংথনা ৱারী শারগুমসি ইনাও ইবুঙো, হৌখি, ওই

খিবা অহুগীদমক্তা মুংঙাইতবা পোল্লুরগনু। রাধামনিবু অমুক্তা কন্নু ?"

নিল্লমনিনা রাজেশ্বরদা অমুক হায়রকই—"চৎলসি রাজেশ্বর।" মতম অহু ফাওবা রাজেশ্বর ল্লাখন্না ফুম্বংনহুনা লৈরি। তপথবগী মতৌ অহু উবদা শ্যামকহ্নাইনা হায়রকই—"ইনাও ইবুঙো এনা ল্লুমুক্লেইবা অমনি হায়বতনি, অহুগা মহাক্কী মুংশিজবদি ইনাওনি; ল্লারবা মতম অসিদা অমুক ল্লারোবগী ল্লাখলহু থাদোক-পিরো। অচুম্বা ল্লাশক অহুগীদমক্তা ইনাওনা অমুক্তং লেংবীয়ু, মসি লাইবক্তা থোল্লুরবনি। ল্লাশক্ক্ অমুক্তা কোকচরো হায়না মানথিয়ু। ইবুঙোগী পুকচেল চাওবনা জীব অমিবু কন্দুনা মুংশিবগী অচুম্বা মিংচৎ অহু লৌথিয়ু।"

রাজেশ্বরনা শ্যামকহ্নাইগী তপথত্রবা ল্লাহৈ কয়ামরুম অসি তারগা অমুক মাগী থমোইদা অল্লাবা চৈনা অমা ফাওরক্লে, হায়রকই—"এনা মতৌ করম্না মহাক্কা উনগনি, অহুগুম্বা লাংকম অহুদা নিপীদি থমোই শোনবী ওইরিবনী ?"

শ্যামকহ্নাইনা হায়রকই—"মহুগীদমক্তা করি অমতা চিংনবীরুগনু।"

রাজেশ্বর, নিল্লমনি অমসুং শ্যামকহ্নাই মথোই অহুম, ল্লাকম কয়ামরুম ঙাংনরবা মতুংদা থুনমক রাধামনিগী চাথোক শও তম্না থোংনাল্লক্লে।

শ্যামকহ্নাইগী থুমদা মানা মাং থারহুনা রাজেশ্বর অমসুং নিল্লমনি মথোই অমুক চংনিল্লরক্লে। মতম অসিদা, মকম অহুদা

মী অপুন্বা ন্না অমফাওবা ভাংনদনা মফম মরাং থংদনা চংনবা, লেপ্পনা লেপ্পা ; অহুগুম্বা মীওইনা অয়াম্বা ওইনা লৈবা উই। করিগুম্বা সন্ধ্যাগী মতমদা উচেক ন্নায়াশিংনা ময়ক মরক্তা থোং-লকপা মতুমা করিগুম্বা খোঞ্জেল অমতা মফম অহুদা ভাবা ফংলমদে। ইচিকচিক্না লৈনরম্বা অহু উরবদা মপুক্লিং ভয়াং তশোইবা হৌরক্লে। অপনবা লৈতনা শ্যামকহ্বাইগী কাদা মথোই অহুম চংলক্লে। চাবোকশঙগী সেবা চংলিবা মী অমনা শ্যাম-কহ্বাইগী থোংজিনহুদা চংলক্লগা হায়রকই— "ইবুঙো লেংশিনবীবা য়ারগনি ?"

ন্নাহৈ অসি তারগা রাজেশ্বরনা হায়রকই—"য়াবুং এখোই অনি লেংশিনমীন্নসি ?"

শ্যামকহ্বাইনা—"ইবুঙোতমক লেংশিনবীয়ু। অসিদা করিবুম্বা অমতা চিংনবীবা তৌবিগনু। লাইবক মিতুমা কত্তবা থোক্লবনু মহু ঐহাক ইশামক্লা য়ারি" অসি হায়রতুনা রাজেশ্বরবু চাবোক-শঙ অহুগী থোংজিন ময়াফাওবা খিনজিলকক্লে।

রাজেশ্বরনা চাবোকশঙগী কা অহুদা ভপ্পা ভপ্পা চংলক্লে। কা মনুংদা মাইথন অমগী মরুম ওইরপ্পা রাধামনিনা চাবোক-কমদা ভপ্পোইনা অন্না মৈচাক থাংহুনা লাংফম অহুগী নাম্থোক-ভমদনা নাহেহুনা লৈরমই। মরক মরক্তসু থম্মোই শোক্লা হায়-রকই—'ঐদা শিজন্নগে'। অন্নাবগী মতৌ, লানভমদবগী ন্নাহৈ অসি তাক্লরগা রাজেশ্বরগী পুক্লিংদা অন্নাবা ভুংভাইতবা ফাওরক্লে। ভপ্পা হপ্পা রাধামনিগী মনাক্তা চংশিল্লগা হায়রকই—"রাধা য়াম্না

ঙারবরা, করিগী ঙাখন্নু অহুক পিকথরি। ঐহাক লাক্লে করিমত্তা চিংনরুরগন্নু।"

রাধামনি মুমিৎ হুম্নি অহু করিগুম্বা অমত্তা চাদ-থক্কবমথৈ কপ্পুনা অল্লাবহু খাংলকপনা মিৎতা তন্দন পাইরে। মমিৎতসু প্লি তত্তনা শিম্থরি। মহুগী মরক অহুদা রাজেশ্বরগী মখোল অহু তারগা মমাই লৈথোরক্কুনা মপি তৈথোক্কুনা য়েংলক্লে। মনাক্তা রাজেশ্বর লেপ্পুনা লৈরম্বা অহু উরক্লে; অনৌবা থল্লাই ফংবগুম থল্লক্লে; রাজেশ্বরগী মখোং পায়রহুনা হায়রকই—"ঐনা লানবা ঙাক্তনি—ঐগী ঙাশক্ত কোকহনবিরো।"

রাজেশ্বরনা মমিৎতা মপি ঈরা চেল্লহুনা "লাইবক্লা তমলম-দবননি, নহাক্লা করিসু ঐগী ইফমদা লান্দে, নহাক্কী ঙাশত্ত-কোকচরো" অসি হায়রহুনা রাধামনিগী কোকথক্তা হন্না হন্ন নানবিরম্নগা, থুনমক মফম অহুদগী থোক্লক্লে। রাজেশ্বরনা মপান-থোক্লগা শ্যামকহ্নাইগী কাদা হেক চংলকপদা অঙকপা খোঞ্জেল অমনা "ওঃ ইমা!" হায়না তারক্লে। মফম অহুদা, লৈরম্নিবা মীপুম খুদিংমক মুংশা থিবগা লোইননা তুমিন তুমিন লৈনখ্রে। অহুগী মতুং ঙহাক লৈরগা "ইঁঙা-ইঁঙা" হায়না, অঙাং কপ্পগী খোঞ্জেল অমুক তারক্লে। অঙাংহু নিপানি হায়না থংহল্লক্লে।

লোইরবা